# মৈতৈ লাই হরাওবা

---

ইথোকচবা :—

শ্রীওারিয়ামবম কুলচন্দ্র সিংহ [ পণ্ডিত ]
মনিপুর রাজ পণ্ডিত লোইশং
মনাকোন্নুং।

মমল লুপা ৪৲

# হিরম লমাই

# অয়ানবা চুমথোকপা

| অয়ানবা | অচুম্বা | লমাই | পরেং |
|---|---|---|---|
| শেম্থা | শেন্থা | ৩ | ২ |
| পুয়াইমন | পুয়াইমগী | ৪ | ১৭ |
| য়েংবী | য়েম্বী | ১৪ | ১২ |
| য়াকোল্ | য়াকোল্ | ২৫ | ১৭ |
| কোমাই | কোন্য়াই | ১৬ | ৪ |
| শেম্থাউ | শেনথাউ | ১৬ | ২১ |
| লাম্থোকউ | লান্থোকউ | " | " |
| শনতুন | শম্তুং | ১৭ | ১৫ |
| থম্বাল্ | থম্বাল | ১৯ | ১২ |
| ইথগনি | ইম্থাগনি | ২৩ | ১ |
| কেন | কোয়া | ২৬ | ১৭ |
| তিংথোকতুন | তিংথোকতুনা | ২৮ | ১২ |
| খদোং | খুদোং | ৩০ | ২০ |
| শেম্শিন্নতুনা | শেনশিন্নতুনা | ৩৫ | ২১ |
| কবা | কয়া | ৪১ | ১৬ |
| লাউতুনা | লাউতুনা | ৪৭ | ১ |
| উংনগদি | উংনগনি | ৫৩ | ১৭ |
| চিঙডু | চিঙডু | ৫৯ | ২১ |
| খনন, | খনব | ৬৪ | ২ |
| তিংলিবী | তিংলিব | ৭০ | ১৫ |

| অরানবা | অচুম্বা | লমাই | পারেং |
| --- | --- | --- | --- |
| নাকয়েং | নায়েং | ৭৫ | ৩ |
| নপা | মপা | ৮০ | ২২ |
| হায়নগি | হান্নগি | ৮৫ | ১৬ |
| মডা | মতা | ৯০ | ৯ |
| লয়গিল্লকনি | লয়শিল্লকনি | ৯৭ | ৭ |
| শাননদ্রে | শাননদ্রে | ১০০ | ১২ |
| নও | নাও | ১০৩ | ১৯ |
| য়া শাবা | য়ান শাবা | ” | ২০ |
| তুক্তঙবোল | তুতংরোল | ১০৪ | ৮ |
| চাক্ | চচাক্ | ১১০ | ৫ |
| .কালেলে | কোললো | ১১৬ | ১১ |
| হনম্ | হনব | ১২০ | ২০ |
| তোংজে | তোংজ্জে | ১২৭ | ৭ |
| চিবোল | চিরেল | ১৩২ | ১৩ |

---

# মাওজোনব ৱাহয়খল্ল



মনিপুরগী লাই হরাউব হায়ব ৱা অসি চংনখ্রব ৱানি। থাক্লে শেংবদি 'লাই হোই লাউব' ৱাহয়দগী থোকপনি। লাই হরাউবগী চংনব অর্থদি লাইনা হরাউব' নত্রগ 'লাইবু হরাউহনব' হায়বনি। মনিপুরদ চিঙ তম অনিন অকাউব লৈতন চহী খুদিংগী লাই হরাউব করিগীনো? লাই হরাউবদগী ঐখোয়গী কুষ্টিনচিংব পোং উব ফংই। লাইনা পেনবিতুন ঐখোয়গী য়াইফব পীবি। মাতৃগীদমক লাই হরাউবনি। অতুদ হৌজিক্কী মতমদ লাইন হরাউরগ মীওইব ঐখোয়দ চানবিতুন ঙুংঙাই য়াইফব পীবিগদব হরাউব অতু তাকতুন মীন হরাউ-রগ লাইবু ভাবোক ওইহনবগুম্ব মওঙ অমা তৌখ্রে। ক'য়হৈদব, লাইবৌ. লাইবেল মখেক পুন ইরায় লায়ন তৌবগ লাইরোলগী জগোই থাদোকতুন মশাগী মহয় তান্নবগুম মফম খঙদব জগোইত পঙশা শাব অতুগ লাই হরাউবগী মমুং চন্দব কুম্মন মপুঙ ওইন তৌখ্রে। মসি-গুম্ব অকায়ৎ অসি উবদগী লাই হরাউরিব লৈকাই. খুল, শাগৈনচিংব মী পুম্নমক্ক মরম চুম্ন লাই হরাউবীনব লাই হরাউবগী মরম অসি লাইরিক ওইন ইথোকতুন থম্ননব খৃষ্টাব্দ ১৯৫৬ ত ঐহাক্ক পণ্ডিত অচৌব ওইরবদ "মৈতৈ লাই হরাউব" ইরিব শ্রীকুলচন্দ্র সিংহন মহাক্কী মবাই শ্রীৱাংখেম চাউবী সিংহগ তানবনি। অফব থবক্ক ঘৈথায়ব য়াম্মন মতম চান ফোঙব ঙসদ্রেবস্ন নীপা অসিগী আইন কনব হোংনব কন্বদগী গুরু অম্ভয় কৃপা তৌতুন লাইরিক মচা অসিম থোক্লে।

থবক হায়ব অসি অহৌবন অরুবনি। অহৌব লাইরিক মচা অসিমা লৈশ্রবদি মথং মথং থোরকপগী আশাসু লৈরে।

হৌজিক্তি লাইরিক মচা অসি লৈরবনিন পুমচুম্মক চুমদ্রবসু থরগী মথৈদি চুম্ন হরাউহুন লাইগী থোজান ফংবগী আশা লৈরে। লাইরিক অসিন লৈত্রিংঙদি লাই হরাউবগী মবম থঙব মাইব মাইবীন তাকচরবসু বৈজ্ঞানিক যুগত পোকপ ঈচিন ঈনাওশিংন য়ানিঙদে। অদুগা মৈতৈন তৌব থবক্ত ইংরেজীগী লৌশিং হেজদব মাইব মাইবী-নসু য়ানিংদব কাঙবুব য়াহনব ঙম্মনব তাকচবসু ঙমদে। অদুবু লাইরিক অসিমা লৈরব মরম্ন য়ানিঙদব মীসু য়ানিংলগনি। অদুগা তাকপ ঙমজরমদবা মাইব, মাইবীসু লাইরিক অসিন ওজা ওইন তাকচব ঙম্মগনি। লাইরিক মচা অসি "লাই হরাঙব" হায়ব অচৌব লাইরিক অদুম্মক নত্রবসু হরাউবগী মক্ত ওইব মবমদি শুন য়াওরে। লাই হরাউব লাইরিক্ত কংলৈ, মোইরাং অমসুং চকপ অহুমগী থেম্নব য়াওন ইব অদুদি য়াওদ্রি। মরম অদুদগী লাইবিক ইব নীপ অসিন লাইরিক অসিগী মমিংবু 'মৈতৈ লাই হরাউব" হায়ন থোনবনি। লাইরিক মমিং অসিন তাকপদি লাইরিক ইব নীপা অসিগী পুক্নিংদ মোইরাং চকপ অনিগী হরাউবগী লাইরিকসু ইবগী ব্রাথল লৈ। কনা কনাগুম্ব পণ্ডিতশিংন হৌজিক চৎনরিব হরাউবগী থেম্নবগী মরমদ হায়নিংবসু য়াওরম্ব য়াই। অদুবু লাইরিক অসিবু পোক্লিব লাই হরাউবগী লাইরিক অসি লৈবন অসিদগী হেনবা অচুম্ব অমা পুথোক্লকপগী ব্রাথল উদে।

মনিপুরদ মনিপুরীশিংন চহি খুদিংগী লাই হরাউবা অসিগী থরায় য়াওন হোংনরিব অসি গুরু শিদবন ঈশিং তরুংদ মখম্তু লৈরকপ বদগী তাইবঙ পানব অসি শেমথিবগী থৌরম পরেং অমু মিওশিংবুন লাইগী মগুন চাউহনবনি। মতুদ লাইন পেনবিদুন মীওইব ঐথোয়বী য়াইফব পীবীবনি। মনিপুরগী লাই হরাউবদ কনানসু লাই হরাউবগী মহয় নিনদে। লাই হরাউববু গুরুন লৈশেম্বগী পরেংনি হায়ব অমু য়াথল তৌবিবদ খুদোং চানব ঈকৌবগী থৌরম মতেক অসিদ থরদং উৎচরি।

লাই হরাউবগী অহানব থবক, পুখ্রি নত্রগ তুরেন্দগী লাই ঈকৌবনি। ঈকৌবদ তৌরিব থবক অসিন লৈশেম্বগী অহানব থবক উৎলি। থয়োম লাকপন ঈকৌবগী অহানব থবক্নি। থয়োমদা য়াওরিব পোংচঙ অসিদগী ঐথোয়ন খঙব ঙমই। থয়োমদ লারোন অহুম চেঙ, য়েরুমবু য়োম্বদি তাইবঙপানব মপুম্বু মশিঙ লাকওরদব তাইবঙপান কয়ান কোয়দুন লৈরিব অসি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুম য়োমদুন থম্ব উৎপনি। অদুগ য়েরুমন মরু ওইব গুরু শিদবগী মশকনি। সনা লুপা অনিন য়েরুম মখুংদ হাপদুন অমত ওইব গুরুগী মশাদ গুরু লৈমরেল অনী পুম্ব লৈ হায়ব তাকপনি, অদুগ য়েরুম মতোন্দ লাংথরৈ মতোন অহুম থেৎতুন গুরু শিদবগী মশাদ গুন অহুম হায়বদি লৈশেম্ব, লৈঙাকপ, লৈতাকপ অহুমবুক পুম্ব লৈ হায়ব তাকপনি। চেঙন য়েরুমবু য়োমবন গুরুগী অকোম্ব বদ মশিং নাইদন জগৎ কয়ান য়োমদুন লৈব উৎলি। মসিন গুরুন জগৎ পুম্নমকপু য়োকপিবসু খঙহল্লি।

ঈকৌবদ য়াওবিব ঈহাইফন্ গুকন শেম্ব পৃথিবী অসি চফুগী মওংগুম অতূম্ব পোংনি হায়ব উংলি। ঈহাইফুগ লৈয়োনগ অনী তূন তিংলিব হিবী লংন তাইবা লানবদ লৈবিব পোং পুম্নমক অসি অমগ অমগ চিংশিন্নবগি পাঙ্গল অমন ফাদূন লৈবগি ফিবম তাকপনি ঈকৌরমদাইদ ঈশিংদ কোনয়াই থাবন লৈপাক নোংথৌ থানদবগুম গুক লৈমরেল থানদব উংলি। লাই হনাউনমদাইদ ঈশিংদগি লাই ঈকৌব অসিন তাইবং পানব অসি শেমদিউদ ঈশিং তকদে লাই ন লৈবমই, তাইবং পানব শেম্নগ কংফান্দ কাথংলি হায়ব তাকলি। ঈকৌবমদাইদ মাইথীন ঈশিং মপান্দ জগোই শাবন হাবাবন লৈপাক থুগাইববু নোংথাউ লৈমন কনত্নন লৈপাক শেমখিব অদুগুমন হনাউব অদূ কায়দন শাম্নব নোংথাউ লৈমগি জগোই অদূ শাবনি।

অত্থগ ঈকৌব মতম্দ মাইথীন লৈযোম অনী পুন্ন পায়শিন-তুন ঈশিংদ লপ্তুনা ঈকৌবগ কোনন থাইদোকতূন লাইনিংথৌ লাই-বেম্মগি ঈহাইফুদ তোপ্প তোপ্প হাপপন মতোমত লৈবম্ব গুকশিদবন অনী থোক্ল চোংথোকতুন তাইবংপানব শেমখিব অদূ তাকপনি। লাইশঙ য়োনবদ লাইনিংথৌগি লৈযোমদগি লৈপোপ মাপলন য়েক্ত থমখিব, লাইরেম্মগি লৈয়োমগি লৈপোপ তম্বেংন পযদ থমখিবন অহানব গুক লৈমরেল শুরবদ লৈশেম্নব গুকুদগি লাইবঙথৌ ৯ লৈংবেলদগি লাইন্দ্রনা ৭ পুথোকখিব অদূ উংলি। অদূগ লাই-নিংথৌগি লৈয়োমদগি গুকুগি লৈপোপ মগাদগি অগুমন লাইনিংথৌদ অনিন লাইরেম্মদ ইম্বদুন কমদেংবন তাখবঙপানব চাকপদি নীপা মপী অনীন চাকপ হায়ন টংগি।

স্নমিৎ খুদিঙ্গি হরাউব পরেংদ মাইবীন অহান্‌বদ জগোই শাদুন, নোংথাঙ্ নৈমন ইহান্ হান্‌ন লৈশেম্‌ব মতম্‌দ জগোই শাখিব অদু উংলবা লৈথোনবদ লাইবড্ থৌ লাইরুবান তৌখিব অদুগি মশক উত্তুন নীপান শারগ নূপীন জগোই শাই। ম'দু লোইবগ লাইবৌ শাদুন জীব শেমখিবগি থবক্ অদু উংলি। লাইবৌ লা থারিবা অসি ঈশিং তবড্ এইবিডেদ গুরুন মতৌ করমন লৈরম্বগে হায়ব অদু উংলি।

মাদুদি লারোল্ ৩ থারগা ফিথূপ ৩ থূপ্প ফি অমা থাহ্নন মথক্ত লৈহুল তম্ই। মাদুন গুরুন মৈ, ঈশিং, নুংশিং তবড্ অহুম্‌গি মথক্ত গুণ অহুমবু ফিদা ওইন থাদুন মাদুগি মথক্ত লৈখিব উংলি। অদুগ মাইবীন চোঙ্‌থোঙ্ মরিগি মরক্ত কারল্ কারল্ চত্তুন শান্নবন লৈশেম্বগি অহানবদ মিরাংগুমন পাফল শেমখিব অদুনি। মথক্ত থনব ফিন ঈশিং তরড্ মথক্ত অহাঙ্‌বন থনব উংলি। লাইবৌগি মতাংদ পেনা শকপন হোইবৌ হয়া শক্লগা অনোয়রোল্ শক্ই। অদুগ মাইবীন মী শাব অঙাং পোক্‌প, য়ুম্ শাব, পাম্ য়ানত্নন লশিং থারগ ফি শাদুন লাইদ কৎপ ফাওবগি থবক্ জগোই খুং-গেকন উংলি। হোইরৌন গুরুগি পূরুংদগি অশীবন জীব ময়াম্ হোইদোক্‌পা; অদুগ হয়ান লৈমরেন্ন য়াব অদু উৎপনি।

শমন হায়রবদ লাই হরাউবদগি জাতি অসিন করম্‌ন চাও-খৎলক্‌পগে হায়ব থঙ্ব ঙমই। য়ুম্ শাবদ মথোঙ্ য়ুংব, উরা থাবনচিংব য়াওরিব, য়াওরিব অসিন অমগ অমগ মতেং পাংনদুন

সম্রাজ অমা ওইবগি পুকচেল্ তিন্নব উব ফংই। পাম্ থাবগি মতম্দ মৈবা চিংদুন মৈ ঙৌদগি ব্রা য়াওব অসিন মতৌ কবম্ন হৌনবা মৈ .থাকহনদুন শীজিন্নবকপগে হায়ব অদু তাকলি অদুগ ঈশৈদ পান্থোইবী লওতাবোনগি "চানাল্ চায়িল্ লওনি য়াল্লো হে" অসিনচিংব ঈশৈ অসিন মহয় মরোং থাবগি মস্নংদ চানাল্ চায়িল ন অহানবনি হায়ব তাকলি। অসুম তৌন পান্, মাইবেল, ফৌ নচিংব মথং মথং থাবগি ব্রা ইবি। মরম্ অসিন 'মনিপুরবগি চাওখৎপগি থাক্ থিসি হায়ববস্ত লাই হরাউবদগি ফংব ডমই।

অরোইবদ হায়জনিংবদি মৈনৈ ওইন .পাকপ ঐথোয়গি মবম্দ লাই হরাউব হায়ব অসি থাব য়াদব থবক্ অমস্তড্ পোংনি। লাইবিক অসি মুনন নৈনববদি মৈতৈগি লাইনিঙ্ লমচৎ অমস্তড চাওখৎলকপগি মবম্ পুন্নমক্ শুন উবিগনি।

ইম্ফাল — শ্রীমোইবাংখেম চন্দ্র সিংহ

তাং ১৩। ১০। ৬৩ ইং — পণ্ডিত অাচৌব

# খ্বাহৌদোক

লাই হরাউবা কৌবা লাইরিক অসি ফোংদোকচবগি মরমদা থরদং :—মৈতৈগী লাই হরাউবা হায়বা অসি মৈতৈনা থাদোকপা য়াত্রবা, য়াম্নস্থু লুখ্রবা মুংপা লৈররোইদবা থৌরম অমনি। উঝাশিংগী মফমদা চংজহু। লাইগী লাইরোল শকপা শোনবা নিংথিনা তমজরগা মতুংদ লাইগী থৌগল ফংজবনি। মরম অসিনা লাই হরাউরিব খুল, নম্রগা লৈকাই অমস্তুং শাগৈ অতুনস্থু লাই হরাউবগি মংম অসি য়াম্না কুপনা থংজিনবনা লাইগী মরমদা থোয়দোক্ক কান্নবা ওইগদ্রা হায়না থঞ্জরুব মরমদগী অরিব ময়েক্ক ইতুনা লৈরম্বা লাই হোই লাউবা কৌবা লাইরিক অসি ১৯৫৭ ইংদা শ্রীযুক্ত পণ্ডিত অচৌব মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ উঝানা লাইরিক অসিদা লৈরিবা মরোন লাইরোল অসিগা হৌজিক্কা লাই হরাউরিবা মওং অসি য়াম্না থেম্নমনখ্রে। মসিগী মরমদা থজিক্কুংদা ওইরবস্থ হান্নগি অরিবা মওংদা চংলিবা মাইবা, পেনা থোংবা অমস্তুং মাইবীশিংনা পুক্লিং চংবিহুনা হান্নগি মওং অসি করিনো হায়বা থজিক্কুং হেক খনবিরকপা মতমদা নহাক্ক হোৎনজবগি মহৈ য়ানজগনি। অমস্তুং মওং অসিবু কাইদনা লাইরোল তিলস্লোল অসি শেংনা হেক লাইগী হরাউ থৌগল তৌজবা মতমদা লৈপাক্কি নিংথৌগী য়াইফবা ওইগনি। হায়না তাকপিবদগী অরিব ময়েক্কগী ইথোকচরুবনি।

অতুবু লাইরিক অসি কণ্ট্রমগী অথোরিটিগী য়াথং য়াউদনা ফোংদোকপা য়াদব মরম্না তাং ২০।৬।৬১ ইংদা শ্রীযুত সনা চরন্দ হংগৎচরুবদা সনা অফিস মেমো নং $\frac{136 \mid P \mid 2 \mid V \mid 61}{22\text{-}6\text{-}61.}$

দা মাইবা লোইশং অমস্তুং পেনা লোইশং মাইবী লোইশংগা তাল্লরপা ফোংদোকচবা য়াগনি হায়না হুকুম তাকপিরকপদগী পাঃ লঃ রেঃ নং ৩০। তাং ২০। ৭ ৬১ ইংদা পণ্ডিত লোইশংগী উঝা-শিংনস্ত্র ফোংদোকচরো হায়না তাকপিরে। মরম অসিদগী পেনা লোইশং, মাইবী লোইশংনচিংবা পুম্নমক্না তেংবাংবিত্তুনা লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনজবদ মনিপুর গবর্ণমেন্টনা লুপা ৭০০৲ পিন-বিত্তুনা লাইবিক অসি ফোংদোকচবিব অসিগীদমক উমংলাই ৩৬৫ মক্ত মনিপুর গবর্ণমেন্টব্ য়াইফবা পিনবিনবা নিজরি।

লাই হবাউবা কৌব লাইরিক মচা অসি ফোংজবদ সনা কোম্নুংগী পানা মরিগী পেনা শংলাকপা শ্রীচিংথাম অহোংজাও সিংহ লাইফম পানাগি শংলাকপা শ্রীলাইশ্রম পিশক সিংহ, নাহারুপ পানাগি শংলাকপা। শ্রীতোংত্রম থাদোই সিংহ, থাবম পানাগী শংলাকপা শ্রীনিংতোম্বম মেরা সিংহ অহল্লুপ পানাগী শংলাকপা। শ্রীকোইজম চন্দ্রহাস সিংহ হঞ্জবা। শ্রীশারুংবম গোকুলচান্দ সিংহ হঞ্জবা শ্রীশাপম লৈরেঞ্জাও সিংহ হঞ্জব। শ্রীযুতকী পানা ৪ গী ওঝাশিংনা য়াম্না ব্রানা লাইরোল অমস্তুং পেনা মরোলনচিংবদা হোৎনবিথিবা অসিগি দমক্তা পুনসিগী লমন তোঞ্জরি।

অত্তুগা অন্নাবদি ঐনা দমক্তদত্তুনা পুংলোন অমস্তুং পেনা মরোলনচিংবদা হোৎনবিথিবা অসিগি দমক্তা মক্তুংগি থুংনমদা হাপচনবা হোৎনজরিবা অসিগী দমক্ত ব্রাবৌবিদনবা ওঝাশিংগী মফমদা তৌবিমল ফোংদোকচবি।

শ্রীযুক্ত মাইত্রম সেথো সিংহ মাইবা হনবা।

শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম ইবে চা সিংহ—অশৈবা।

শ্রীমোইরাংথেম বোনমালি সিংহ— মাইবা।

তাং ১১। ৬। ৬৩ ইং

মোইরাং মাইবা লোইশং।

---

শ্রীযুক্ত থোংডাম মাধোব সিংহ—পণ্ডিত।

শ্রীযুক্ত নামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ—পণ্ডিত ইনচার্জ্জ পণ্ডিত অচৌব।

শ্রীযুক্ত নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ—পণ্ডিত।

শ্রীযুক্ত য়াংথেম চাওবি সিংহ—পণ্ডিত।

শ্রীযুত সনা কোম্বুংগী পণ্ডিতশিংনা পাংজদ্রবা ননাইবু তাকপি তম্বিরকপগি দমক্তা শিংডমদ্রবা লমনবু শিংথাজরি।

শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবনা লাইরিক অসি ইথোকচবা লোইজরবা মতমদ অচুম অরান অমস্তুং ময়েকনচিংবা য়েংশিনবিদুনা অৱাং অহেন কয়াবু শেম্বিরকপা অৱাব থিবিকপু থিৰিদনা হোৎনবিরকপগি দমক্তা পুনশিগি শিংজবা ডমলরোইদবা লমনবু পাংজদ্রবা নচাগী হৈজদ্রব য়ারেংন পন্থৌ উঝাগি তৌবিমল ফোংদোকচরি।

য়াই হুয়াওবগী লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনৱৃন্না ত্তেংবাংবিরকপা অমস্তুং য়াবিরকপাশিংগী তৌবিমল ফোংদোকচরি।

শ্রীডারিয়াম্বম কেরানি সিংহ সনা কোম্বুংগী মাইবা।

শ্রীসেরাম কালাচান্দ সিংহ „ „ „

শ্রীমোইরাংথেম থোইদুম সিংহ „ „ „

শ্রীরাহেংবম লুখোই সিংহ সনা কোম্পুংগী মাইবা।
শ্রীকোন্থৌজম পাপুচান্দ সিংহ ,, ,, ,,
শ্রীওংনাম শামুডৌব সিংহ ,, ,, ,,

শ্রীযুক্ত শামুরাইলাংপম গোপাল শর্ম্মা লাইয়েকপা, লাইরিক অসিদা জগোইগী শরুক কয়াম্মরুম য়াউরিবা অসি ব্লোক ওইনা হাপ্পবগিদমক্তা অচৌবা থৌদাং পুবিরক্লিবা শ্রীযুক্ত ব্রহ্মচারি ময়ুম অমুসনা শর্ম্মনা অৱাবা কোঙ্গাই থাংবিতুনা মশাগি ওইজবা থাদোক-পিতুনা য়াম্না কন্না হোংনবিখিব অসিগীদমক্তস্ তৌবিমল ওইনা কোংদোকচরি।

জগোইগী খুৎথেক ব্লোক ৩৬৪ অসি শুনা অমস্তুং মকম চান হাপচবা নংহৌদবগি দমক্তা ভাকপিনবা মতুংগী খুৎনমদা হাপচনবা নোঙ্গুক্রা হায়জরি।

---

| | | |
|---|---|---|
| মৈতৈ | লাই | হরাউবা |
| চিঙুড় | লাইগী | লাইরোম্না |
| লিক্লাং | পয়েং | ওয়রিবা |
| খোয়য়ুম | মিংথৈ | কয়ানা |
| লৈরাং | লৈথল্ | ওয়তুনা |
| পায়মা | উনবিনা | য়েতুমওয় |
| খোরজৈ | থাংদিল্ | লংলা ওয় |
| অনজি | লাইয়ুম | থারম্বা |
| লাইরেন | সেনবি | থাগেম্বা |

| | | |
|---|---|---|
| মৈদিঙঙু | সনা | মহাকথক্ |
| পোয়রৈ | মায়চৌ | অথোইবা |
| কোলোয় | মিংলেন | নিংথিবা |
| মাইচৌ | মঙানা | ইরম্বা |
| পুয়া | লাইরিক | মঙাদগী |
| মশু | ইবুঙেঙা | য়াইফবা |
| পোইরৈ | নিংথৌরেন্ | অথোইবা |
| মৈদিঙঙু | লোইমনাই | চিংথংথোম্বগি |
| মদাইরেম | পাইমা | থোইজংবা |
| তয়ুম | তিল্লাং | থোইদাবা |
| য়াহেংব | মাধব রায় | শিনজবা |
| পুয়া | লৈথল্ | মঙানা |
| অমদা | পুয়া | ইরম্বা |
| সনা | কোলোয় | ময়াথংবু |
| মালেম | লৈদ | তাফদবগি |
| চকপা | মোইরাং | কংলৈসি |
| লাই | হোই | লাউবা |
| পুযা | কোলোই | নিংথিবা |
| ভক্ত | বৈষ্ণব | নিংথৌরেন্ন্ |
| সনা | মিংয়েং | তাথিবা |
| লাইরোল | পুয়া | নিংথিবা |
| চকপা | মোইরাং | থাক্লগা |

| | | |
|---|---|---|
| কংলৈ | লাইরোল | ফোংজবা |
| চিঙডু | থোগল | তৌজবা |
| মঙাং | লুরাং | থুমন |
| ইয়ু | অহুমগি | ঙাংলৌথাদা |
| ইনিংথৌ | য়াইফরেন | য়াইফবা |
| নারা | পান্দম | ওয়রিবা |
| মৈতৈ | কংলৈ | লৈমাবা |
| য়াইরা | শাফা | তেল্হৈবা |
| হুয়েন | লানঙম্ | অথৌবা |
| নঙু ইবুংঙো | লাইরেন | নোংয়াই |
| তাইবং | শোরারেন | নমু পোংহনবা |
| ময়াই | শুমতোং | পানবা লম |
| য়াংগোই | শরুক | পুং মায়োল্ |
| তাইবং | মিৎলু | তোংনা |
| ফমফম | রায়েল | ফরিবা |
| হিরা | য়াইদি | য়াইমাবা |
| মনি | য়াইদি | য়াইওয়বা |
| তম্ফা | য়াইদি | য়াই নিংথৌ |
| লিক্লাই | তুবি | ইনিংথৌ |
| শ্রীযুত | য়াইফরেন্ | য়াইফবা |
| লাইরেন্ | নঙু | ইবুংঙোগী |
| পোয়রৈ | হেন্না | পান্বা |

| | | |
|---|---|---|
| য়াঙম্ | থোয়না | পান্‌বব |
| তান্‌থোং | ময়ুং | কুইবা |
| লৈমথোং | মফৈ | পাক্‌পা |
| য়াম্না | পুনসি | চৈরেশাংবব |
| পোয়রৈ | মরাতপনা | পানথঃ |
| নিংথৌ | পুন্‌শিবব্ | পিনবিবা |
| চিঙঙ্ | থাদা | নিজরি |
| চৈরে | ফিগাও | শাজহুনা |
| খোয়য়ুম | ডাংলৌ | থাদবু |
| হন্ন | হন্না | নিজরি |
| লোইদাম | কুমজা | অনৌবনা |
| থাজা | নোংহৌরকপদা | কচবা |
| শজিবু | লাক্‌য়েন | তাইরক্‌প |
| হিদাম | চাওবগি | কুম্ |
| শকাব্দ | ১৮৮৬ | শুরকপদা |
| ফোংজরিবা | লাইরোন | লাইরিক |
| মৈতৈ | লাই | হরাউবা |
| চিঙঙ্ | থৌগলগী | দমক্তা |
| লাইরেন | মৈদিঙঙ্গী | মদাইরেম্ |

শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ—পণ্ডিত

ইম্ফাল — মনিপুর রাজ পণ্ডিত লোয়শং.

তাং ১। ৫। ৬৬ ইং — সনা কোন্নুং।

গান্ধি মেমোরিয়েল প্রেস !

লাইরিক অসি ছাপা নম্বগী মরমদ পাংত্রব ঐগী ইতিক ইপা ওইখিদ্রব অসিগুম্ব লুম্নব ভার অসি পুবিরকলিব ইকায় থুম্নবগি মশক ওইরব "গান্ধি মেমোরিয়েল প্রেস" কী লমনবু ঐগী পুন্সি অসিমগী শিংতমদ্রবনি খঞ্জতুনা তাইবংপানব মপুগী ভাংলো থাদা অসিগুম্বা পুক-চেল চাউরবা প্রেসকী য়াইফ থৌরম্বু নিজরি ।—

থৌজাল হৈরবঃ পুকচেলগী  
ভাকপি হৈবা য়াথলনা  
মাহাত্মা নীতি নিংথিবা  
তাইবং শিন্‌বা থুংখ্রবা  
কোলোয় মিংলেন্‌গ চান্নবা  
গান্ধি মেমোরিয়েল প্রেস  
পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কা  
মউ চাউবা তালাগুম  
মনা পুংবা পামেলগুম  
পোয়রৈ থোদাং পুন্থনা  
য়াতম্ শুদোন্ তান্‌ফংনা  
পোয়রৈ চাদোন ফাউ'বু  
পোয়রৈ থোগল তৌজববু  
তাইবং মপুগী ভাংলোথা  
হন্না হন্না নিজরি ।

---

# মৈতৈ লাই হরাউব

## অহানব তাংকক্।

### লাই হৌবা।

#### মৈতৈন লাই হরাউব করিগীনো?

অশীবন পৃথিবী শেম্ব লোইরগ তাইবঙ্পান্ অসিদ পান্নব জীব শেম্বাগী মরম্দ হুংবড়্নন লৈরিবৈদ গুরুন ময়া কাথোক্লুন গুরুগী পীপূক্লুংদ তাইবঙ্পান্দ পান্গদব জীব পূন্নমক্ উৎপিব অদূ উবদ অশীবন হুংগাইবগ লোয়নন লাউহুন হৌদোক্লকুপ অদূবু 'লাই হোই লাউব' কৌই। মাহুগী মতৌ তম্হুন মীওইবন লাইন পেন্নব শান্নবু লাই হরাউব কৌই।

লাই হরাউবদ জীবন মমাগি পীপুক্লুংদ ঙী মতুম ওইন লৈ-ঊৈদগি পোকপ, পোক্লগ য়ূম কয়্ শাহুন লৈব, লও উব, ফি শাব অমসুং লৈশেম্বদ করম্ন চংহুন শেমখিব হায়ব অদূ তাক্প লাইরেল্ মথেক্ চংপনচিংব উংহূন শান্নবনি। মাসিন মীওইববু হুংঙাইব খুনজাউ-লৈচাউব পী। মরম্ অসিন মৈতৈন ধর্ম্ম, লল্, অপাম্ব অমসুং অরাধ্য ধংব ডমব লাই হরাউব অসি শান্নবনি।

লাই হরাউবদগি মথক্কি অসি শোয়্দ্রন ক'ংবগুম হরাউবগি নিয়ম্ কায়ক্বন মী হরাউব তাববদি মঙয়্ লৈতে। ম'দুন লৈবাক য়া থাকপ অশি অনা ন'ংব ক'ই।

## লাই ফি শেৎপ।

লাই হৌগদব নোংম য়াংলিংডদ হরাউগদৌবিব লাই অদু ফিংজেৎ লৈতেংব লোইগদবনি। পোলা' নম্রগ উন শাব কিভমদ কোন্মায়্ হাপ্‌ন ফিজেৎ লৈতেংব লই গি শেৎপ কোই। অদুগ ফি শেৎপ লোয়বগ লাইনিংথৌ লইংম্ম অনা সিংহসন (পম্বাল) মথক্ত থমব্ব ফমদেংব (লৈতেংতুন ফম্ব) কোই। ন ইং অংতন লাই ভৌব য়াংদ।

## লাই ঈকৌব।

হরাউগদব লাইগী মথক্কয় ঈশিংদগি লওখৎপব লাই ঈকৌব কৌই।

লই ঈকৌব অসি পৃথ্বি নম্রগ তুরেলদগি ম'ইবা-মাইবী পেনা থোংব, থোগল মশিড্ শুন য় হুন ঈকোগনি। অহানবদ লাই হরাউব অদু কায়্দনব লৈবাক-খুনগি য়াইফব পীবিনব (১) লৈবাই য় খাড্গনি, (২) খয়োম লাক্কনি। মাসি তৌনমদাইদ তৌগদৌবিব ঈশিং অদুদ (৩) কান-য়াই তুনগনি। খয়োম লাকপদ হৈরম, লৈনম, কবোক্ ন'চল ৭, য়ম, তয়বাঁমন। শিংজুনচিংব য়াভই।

---

১। লৈবাই য় খাড্ব=লাইবড্থৌ লাইকবাগিদমক্ খাড্-দোকপ থবক্নি। উতো' ৯+৭ গংলগ প্রকয় য়াইম্ চাইবা কবোক্-নচিংব খাড্দোক্পনি।

লাই ঈকৌবদ খ্বাইগি মাঙ্দ নীপা ২ ন (১) থাঙ্ ফান্-গনি, মথংদ (২) শেন্‌থা পুবী লৈশাবী অনী চৎকনি। অদুগি মথংদ, কাম্বশেল্ হুমাই পুবী অনী চৎকনি। অদুদগি লাই পুব নীপা অনীন (৩) লৈয়োম্ থেংপ (৪) ঈহাইফ্ পুগনি। ঈ-হাইফ্ অদু ফি অশেংব অমন কিরগ ইন্নফিগি ওয়্ থংব ফিজিন কোনগনি। লাই পুব মী অদু চোঙ্ থৌগল্ তৌগনি। ফিদা পুবী নুপী ২ মরেংবাল ওয়্দা ফিদা য়াম্লগ মখুং য়েংন উগি লেপ্শুম পায়্তুন চৎকনি। অদুগ নহা অহল্ নাইন লাইনিংথৌ লাইরেম্মগি থৌগল্ তৌতুনা মী অয়ামব চৎকনি।

---

২। লারোন ৭ ত চেঙ্ হাপ্লগ কোনয়াই চনব য়েরুম খিল্লগ লাংথৈ্ ৩ ন লৈহুন্ অমতুন য়োম্লগ পয়ান পুনব ময়োমবু খয়োম্ কৌই। লাইবঙ্থৌগিন লা উপ্কনি। লাইরুরাগিন লা লোংগনি।

৩। সনা মচেৎ অমা, লুপা মচেৎ অমা, অনিবু কোনয়াই কৌই।

১। থাঙ্ ফানব হায়্বদি থাঙ্ থৌগল্ তৌবনি। অদুবু থাঙ্ ফানব হায়্দন, থাঙ্ খনব হায়্রবদি থাঙন য়ানবগি অর্থ অমা লৈ। য়েং থাঙ্, ওয়্থাঙ্ খনব হায়্বদি য়াই।

২। **শেন্‌থা—** পানা হাপ্পব শেনন শাব মনা পানব শেন্‌গি পোৎ অমা মাঙোন্দ লাইগি, অচৌ-অশাংগি কাকোক্ হাপ্পবগি শেন্‌থা ( মখা থাব শেল্ ) হায়না খঙ্‌নৈ।

৩। **লৈয়োম্—** লাইগি মথক্রাই কৌবদ ঈহাইফ্দ থেংনব লাইয়িংথৌগী উন্ন থাব লারোন্ ৩ দ লাংথৈ্ মতোল্ ১৪ হাপ্লগ

ঈহাইক্নগি মপাল্ অকোইবদ মন্নুংদগি লৈ মচেৎন লৈনা শান থেক্থগনি। অতুগি মঙক্ত লাইরিংথৌগিন লং অহিংব লংজা মা-পল্লন ফাইব লম্ অনী শাংব লংন পুন্নগনি। লংগি মতোন্দ লাইরিংথৌগি লৈয়োম্ পুনগনি। অতুগা লাইরেম্মগি ঈহাইক্নন লংজা ৭ ন ফাইব লংন পুনগনি। মতোন্দ লাইরেম্মগি লৈয়োম্ পুনগনি। লাইয়িংথৌগি লৈয়োম্ন হুরকগি লৈপোপ্ ৫ গ লাইয়িংথৌগি লৈপোপ্ ৯ গ ১৪ য়োম্গনি। লাইরেম্মগি লৈয়োম্ন লৈপোপ্ ৭ হাপ কনি।

লাইগি থোগল্ তৌগদৌরিব মা পুন্নমক্ থোগল্ পোংলোই অমুব শেংকনি। নীপান কোয়েং, ইন্নফি, কৈজাম্ ফরিং ফিডৌ ডাক্ত শেংকনি। নুপীন ফনেক্, ইন্নফি, নিঙ্ কুপ্প খ্বাংজেং অমা শেংকনি।

**য়েংগদব ঃ—** কোয়েং হায়্রবন চা থ্রঙ্ তানীনি। ফরিংন পুময়াৎ, থাজিন পান্থাক্তুমব, কৈজেম্ মপাল চন্দবনি। ফনেক্ন ময়েক্ নাইবনি। পুমডে ফনেক্তি মাইবান শেংকদবনি।

**লাইপুব ঃ—** শাগেন হরাউব লাইদি পিবান লাইয়িংথৌ, পু য়ায়্মন লাইরেম্ম পুগনি। পিবা নুপীন ঈরাং পুল্, পু য়ায়্মন

অতুগ লাইরেম্মাগি লোংন থাব লারোল ৩ দ লাংথে্র মতোল্ ৭ হাপ্পগ য়োম্ববু লৈয়োম্ কোই।

(৪) ঈকোবদ, হিরি ফাল্লগ ঈশিংদ হাইহ্নন লাই কোব অদুবু ঈকোব কোই।

নূপীন নাহৈক্ পুগনি। মাসিন ঈকৌবগিনি, অতুগ লাইবৌদন লাই-য়িংথৌ লাইরেম্মগি কিদা পুগনি। লাই পুবদি চারো মোরো শেংগদবদি, করিগুম্বব শাগে অদূন পিবা অনী পান্ব, অতুগ লাইফম্দি অমতদ পূম্ম হরাউব শাগে ওইরবদি পিবারেনন্ লাই-নিংথৌ, নাউদা পিবান লাইরেম্ম পুগনি। ঈকৌবদ পু য়াইমগি নূপীন পুব পোৎ অদূ নাউদা পিবা নূপীন পুগনি

অতুগ খুনন্, লৈকাইন হরাউব লাইগি মরম্দি খুল্ অমদি লৈকাই অদূ মাঙ্শোক্ ফম্লেন্ থায়্দোক্লগ ফম্লেল্ লোম্গি মীন লাইয়িংথৌ, মাঙ্শোক্ লোম্গি মীন লাইরেম্ম পুগনি। য়েক্ মুংনব লওব, তূমল্-সুখ্রা লওব মী, অমম্ভুং মথোয়্ অসিগি মচা মশুন লাই পুব য়াদে।

লাই পুব নীপান ইন্ব ইন্নফিদি য়েৎলোম্দগি ওয়্দ হাইগং-লক্প ফিজিনন্ য়েৎকি লেংবান্দাগি পুথরগ ওয়াগি ফিজিন্গ থবাক্ত পুন্গনি। লাই পুখ্রবদি ফি শেম্ব য়াদবন ফি ইন্ অসি তৌবনি। লাই থৌগল্ য়াওব নূপী মচা লৈশাবীশিংস্থ ফনেক্ ময়েক্ নাইব (মপাল্ নাইব) শেৎকনি। খ্বাংজেৎ অমমম্ কিগনি। ইন্নফি ইন্গনি। ফনেক্ পূম্মক্ থাউ তুগদবনি।

ঈকৌব চৎলম্দাইদ লাইমাঙ্দ লাই পুগদব নীপান লা মচেং অমমম্দ মথোঙ্ন নেৎলগ লাইশঙ্ লোম্দ ওন্শিন্ম লেপ্কনি। অতুগ মাইবীন (১) হিগাউ ফিন লওথোক্ লওশিন্ য়ানব য়োম্ব,

---

১। হিগাউ ফি হায়্বদি ঈকৌফ্ (ঈহাইফ্) য়োন্দূন লাইপুব মীগি মঙক্ত পুল্লিব ফি অতুবু হিগাউফি কৌই।

লাংগোম্দ য়েৎপ হিরী লং হাপ্প চক্ অহু লাই পুব মীগি মঙকশম্দ পুনগনি। মথোয়ন তাদনব মথুংন কোনজুন পায়্গনি। অম্বুন্ তৌরগ মাইবীন লাইদ জগোই ওক্কনি। জগোই ওকপ লোইবগ মথক্ত হায়্খিব থৌগল্ অতুগি মতুং ইন্ন পরেং লেপ্লিব অদোম্দ লাই পুব নীপা অনী অদু মফম্ মফম্দ চঙ্জুন লেপ্পব মমাই হেক্ ওস্থোক্পদ পেনা খোংজুন মাইবীন লাইহৌ জগোইন লাই হৌগনি। মাসি লোইরগ মাইব, মাইবী, পেনা খোংবন মাঙ্ থাজুন ঈশিং মপাল্ তান্ন চৎকনি। খয়োম্গি পোৎলম্গ (১) তুরেল হয়্রুক্কদি নূপী অমমমন পুগনি। ঈশিং মপাল্ য়োরগ পরেং অনী থোক্ন ঈশিংদ ওন্শিনজুন লেপ্কনি। মাইবন কোন্-য়াই থাগনি।

**কোম্থারোল:—** "হৌ লো ঈ মদোম্বু ঈম্হল্-ও, ঈমু-রোল্ ৬ মক্ ঈঙৌরোল্ ৫ মক্ ঈথাবী ঈরাম্বী ঈথা ঈনমন্ তাইরবনে। চিঙজ্রু ঈবুংঙো (লাই মমিং) খোয়ুম্ ঈবেম্ম (মমিং) অনীমক্কি হরাউ শক্শেম্ তমগে থৌথোক্ কুম্মৈনগে হায়্বগি নদাইরেম্ নখুন্ খুনবুক্লেন্ অচঙ্বন লাইজ ঈরোনজুংদ সনা কোন্গ কোনজল্লে, লুপা কোন্গ কোম্থারক্লে। লাইজ ঈরোন্-জুংদগি সনা 'শঙ্গাই জুংঙাইবদ হিরী তোংদম্ ফান্ন চিঙজ্ নকা-ফবিরো হায়্বগি কোরও নোং লুপা অঙৌবন ক্ষোরও নোংবু তাই, মালেম্ লৈ সনা অঙাঙ্বন সনা য়াইগ চল্লবনে। হৌ ঈ কৌ।"

---

১। **তুরেল হয়্রুক্**=লফোই লফাং চঙ্ খোক্প ১, হয়্-লৈ, কবোক্ অথুম্ অহাউ।

রাহয় অসি শোল্লগ সনা লূপা ঈশিংদ থাদগনি। ঈশিংদ থাদব অসিদ সনা লূপা তাউব ফত্তে। মরম্ অদূন কোনয়াইগি সনা লূপা অপাবন তৌব ফত্তে। মাসি লোইরগ মাইবন নত্রগ মাইবীন থয়োম্ লাক্কনি। লাইনিংথৌগী থয়োম্ন খূৎ য়েৎন পায়্গনি পয়া ৯ ন পুন্গনি, লাইরেম্মগি থয়োম্ন খূৎ ওয়্ন পায়্গনি, পয়া ৭ ন পুন্গনি। লাইনিংথৌগি থয়োম্ন নোংথক্কি, লাইরেম্মগি থয়োম্ন লৈখাগি থয়োম্ কৌই। মাসিবু লৈথক-লৈখা লাক্পা কৌই। থয়োম্ অনী অসি লাইশোন্ অমতন লাৎকনি। শোন্ব হেক্ লোইবদ চপ্ মান্নন ঈশিংদ থাদগনি।

থয়োম্ লাক্প লোইরবদ মাইবীন লাই পুব মীগি হিগাউ কি মত্তুংদগি ঈকৌফ্ অনী অত্ লওতুন লাইয়িংথৌগিন য়েৎন, লাইরেম্মাগিন ওয়্ন পায়্রগ থাংজিং, মারজিং, রাংব্রেন্, কৌব্রু মায়্কৈ মরিমক্ত ওন্ন ওন্ন থাংজিংদগি হৌতুন খোঙগি জগোই শাগনি। অতুগি মত্তুংদ চফ্ অদূ হিগাউ কি মত্তুংদ অমুক্ হাপ্চিল্লগ মাইবীন লাই থেম্গৎকনি।

---

## লাইথেম্গৎপ

লাই থেম্গৎলমদ্রাইদ, মাইবীন লাই পুব অনীন পায়্রিব ঈহাইফ্ অনীদগি হিরী লং অদূ তিংথোক্লগ হিরী চন্ অনী অদূগ লৈয়োম্ অনীগ লং অদূন অহুমলক য়েৎলগ পুন্নগ পায়্গনি। লং মরী অনী অদূন লৈপাক তাদনব মাইবীগি লেংথন্দ তাহন্গনি। মত্তুংদ লাই পুব অনীগি ওয়্ ওইরপ্ন খূৎ য়েৎন লৈয়োম্ পায়্রগ ঈশিং মপান্দ নিঙ্গাংন কম্তুন মখূৎ ওন্ন

শরিক্ খিংলগ লৈয়োম্ অদূ ঈশিংদ চুপ্ চুপ্ লুপ্কনি। মাইবীগি ইন্নক্তি অদূ মতি অমন মমায়্ খর কুপ্‌ন কোক্শেং শেংকনি। মকোক্ খুম্লিব ফিজিন শরিক্ক পায়্গনি। লৈয়োম্ ঈশিংদ লুপ্প মতমদ "লৈহৌরোল" লোন্গনি। মাসিদ মাইবী লাইপাউ চেন্গনি। অসুম্‌ন লাই পাউ চেন্‌ব লোইরগ মাইবীন, শরিক্ অদূ লৈপাক্ তাহন্দন মফম্ চান করিগুম্‌ব লানচিংব অমগি মথক্ত থম্লগ লৈয়োম্ অনী অদূ তোংঙাল্ তোংঙাল্ লোথোক্লগ য়েং ওয় কায়্দন ঈকৌফ্দগি লং (হিরী) অদূন লৈয়োম্ অদূ য়োম্শিল্লগ ঈকৌফ্ মন্নুংদ হাপচিন্গনি। মাসি মাইবন লাইয়িংথৌগি, মাই-বীন লাহরেম্মগি লৈয়োম্গি থবক তৌগনি। লৈয়োম্ ওন্নব য়াদে। মাইবী মাইবস্থু ওন্নব য়াদে।

অতুগ মাইবীন শরিক্ খিঙ্তুন লাই হৌগংপগ পেনা খোংগনি। পূঙ্ য়াওরবদি পূঙ্স্থু য়ৈগনি। মাইবীন লাইরোল্ তাতুন লাইপাউ চেন্‌ব হেক্ হৌবগ পেনাস্থু পূঙ্স্থু লেপ্কনি।

ঈশিংদ লাই ঈকৌব অসি লোইরগ ঈকৌফ্দ লৈয়োম্ হাপ্প অসিবু লাই লওথংপ (ঈকৌব) কৌই অতুগ লাই লৌশংপ লোইরগ লাইশঙ্ য়ৌনব লাক্পা অসিবু হিগাব কৌই। লাইন হিগারক্প মতম্ অসিদ থেংথাঙ্ অহুম্লক্ লেপ্তুন লাইবুঙ্থৌন অমুক, লাইরুরান অমুক অমস্থুং লৈকংলাইন অমুক্ জগোই অহুম্লক্ ওক্কনি। মাসিবু খুঞ্জাউ-লৈচাউ জগোই কৌই।

ঈকৌরগ হল্লক্প অসি লাই পুব মী অনী অদূ মমায়্ ওন্‌শিন্নতুন লম্‌রক্লগ (লাইরেম্ম পুব মীন য়েংলোম্‌দ লাইনিংথৌ

পুব মীন ওয়্রোম্দ লয়রগ ) হান্নগি পরেং অদূ কায়্দন লাক্কনি। জগোই ওক্পা লোইরব মতুংদ লাই শুমাং চঙ্লক্পদ ঈকোফম্দগি শোক্লক্প ঈশাইফ্ ওইনব পুল মকোক্ত পুরক্পী নূপী অদূন মাঙ্দ চংথংলক্লগ ঈকোফ্দগি হিরী অদূ তিংথোক্লগ লৈয়োম্ অনী অদূ ঈশাইফ্ মমুংদ হাপ্লগ তপ্ন তপ্ন চংকনি। লং অদুদি মথুং অনীন পুল্ মপাল্গ লোয়্নন পায়্গনি। লং অদূ লৈপাক্ তাব অমদি তংপ য়াদে। করিগুম্ব মাসি তৌব থোক্লবদি অমুক হন্ন ঈকৌগনি, মাইবন অনম্ অথৌ কোক্কনি। ঈশাইফ্ পুবসু মশাদ শৈনাইদবী নূপীন পুগনি।

## লাইমাঙ্ য়োবদগি তৌগদব থবক্

লাইমাঙ্দ ( লাই শুমাঙ্দ ) ডা পরেং হাপ্প, থুম্ কাগুপ্, শেল্ কাগুপ্ হাপ্প ফৌদাং থুম্মুক্ ১, য়োং থূনেৎ, শেল্ থূনেৎ, ডান্নু থোঙ্গাল্ ১, খুন্নু থোঙ্গাল্ ১ থম্গনি। ঈশাইফ্ পুবী নূপীন মাঙ্ থাদুন লাক্প অদূন লাই শুমাঙ্দ থারম্লিব পোৎ পুন্নমক্ অসি ঈশাইফ্ পুবীনচিংবন মথোঙ্ন কাল্লগ লাইশঙ্লোম্দ চুম্ন চঙ্শিন্গনি। নূপী অদূ নত্তব অতৈদি লাইনিংথৌগি কাঙবুন য়েৎ থংব থোঙ্ন, লাইরেম্মগি কাঙ্বুন ওই থংব থোঙ্ন কান্গনি। মী পুন্নমক্ন পোৎশিং অদূ কান্ব লোইত্রিব ফাওব শরিক্ থিংগনি, পেনা থোংগনি। হিগাবদ থোংব পেনা ময়োন্দি হিগারোন্ থোঙ্গনি।

পোৎ কান্ব লোইরবদ ঈশাইফ্ মমুংদগি মাইবন লাইনিং-থৌগি লৈয়োম্ হিরী লওথোক্লগ লং অদূ তিংথোক্ন পায়্গনি।

মাইবীন লাইরেম্মগি লৈয়োম্ হিরী লওথোক্কূন পায়্গনি। মাইবন পায়্ব লাইয়িংথৌগি হিরীদ নীপা ৩, মাইবীন পায়্ব লৈয়োম্ হিরীদ নূপী ৩ ন কোক্শেৎ শেৎলগ খ্বাংজেৎ শেৎতূন নীপান মাইবগি মথংদ নূপীন মাইবীগি মথংদ মথং মথং পায়্রগ ফম্দেংলিব লাই অদূ য়ৌনব খোঙথাং মান্নন চঙ্শিনগনি। মাতুদ মাইবন (১) হিরী লাউগনি। মাইবীনচিংব ময়াম্ন খুম্গনি। মাসিবু হিরী ফান্ব কৌই। ঈশাইফ্ অদূদি লা থারগ কায়্দনব থম্গনি।

হিরী ফান্তুন চঙলকপ অদূন লাই য়ৌরবদ লৈয়োম্ন ফমদেংলিব লাই অদূগি খোয়দঙগি মপাদ মাইবন লাইয়িংথৌদ, মাইবীন লাই-রেম্মদ শোক্কনি। মাসিদ ফম্দেংলিব লাই অদূগি মথন্নাই হাপ্লে। মাইবন হায়্রগ মাইবীন খুম্গনি। অসিগি মতুংদ ঈকৌফ্ অনী অদূ হিগাউফিন য়োম্নগ লাইয়িংথৌগি চফ্ন লাইয়িংথৌগি য়েৎত, লাইরেম্মগি চফ্ন লাইরেম্মগি ওয়্দ থম্গনি। লৈয়োম্ য়েৎপ লং অদূন কোন্শিল্লগ ঈকৌফ্দ হাপ্তুন থম্গনি।

অহান্বদ, মাইবীন লাইয়িংথৌগি লৈয়োম্ থোক্পদ গুরুগি লৈ লাংথৈ্র মপোপ মঙা অদূ লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম অনীগি মরক্ত থম্গনি। মাসিবু নম্ঙা লৈ কৌই। অদুগ লেম্হৌব মতোন্ ৯ ন লাইনিংথৌগি হক্চাং শোক্ন মাঙ্লোম্দ থম্গনি। লাইরেম্মগি লৈয়োম্গি লাংথৈ্র মতোন্ তরেৎন লাইরেম্মগি হক্চাং শোক্ন

---

১। হিরী লাউবদি মাইবন "ও: ও: ও: লে ও:"। ময়ামন "হি হি"। মাইবন "এ: এ: এ, ওলে ও"। ময়ামন "হি হিহি।

মাঙলোম্দ থম্‌গনি। মাসিবু লৈ হুন্‌ব কৌই। অসিগি মতুংদ মরক্ত থম্‌লিব লাংথৈ্র মপোপ্‌ ৫ অতুদগি অহুম্‌ন লাইয়িংথৌদ, মপোপ্‌ ২ ন লাইরেন্মদ থম্‌গনি। মথংদ লাইয়িংথৌদ থম্‌ব লাংথৈ্র মতোল্‌ ৯ অদূন য়েংত খুভম্‌ য়ারিব লাইবুঙ্‌থৌ ৯ দ থম্‌গনি। লাইরেন্মগিদ থম্‌ব লৈ মপোপ্‌ ৭ অতুন লাইরেন্মগি ওয়্‌দ খূভম্‌ য়ারিব লাইরুরা ৭ ত থম্‌গনি। মাসিস্তু লৈ হুন্‌ব কৌই।

ফম্‌দেংলিব লাইগি ফান্‌থোং মরিমক্‌কি মনাক্ত লা অমমম্‌ লোংন থাগনি। লাই অনীগি মরক্‌কি মপাদ ফাল্‌ মথাদ লা লাতোন্‌ন উপ্‌ন থাগনি। মাসি চনিঙ্‌ থাব কৌই। অতুগ লাইগি মমাঙ্‌দ লা লাতোল্‌ অহুম্‌ তাইশিনতুন পাক্‌ন থাগনি, মাসিবু লূক্‌মাঙ্‌ থাব কৌই। লূক্‌লেনস্তু কৌই।

লূক্‌লেন্‌গি মনাক্‌ য়েংলোম্‌দ লা ৯ উপ্‌ন থাগনি। মাসিবু লাইবূঙ্‌থৌ ৯ গি লা থা কৌই। অতুগ লূক্‌লেন্‌গি ওয়্‌দ লা ৭ লোংন থাগনি। মাসিবু লাইরুরা তরেৎকি লাথা কৌই। লাইবূঙ্‌থৌ লাইরুরাগি লা অসিদি মায়্‌ ওন্‌শিন্নবগি মওঙ্‌দ থাগদবনি। থারিব লা পূন্নমক্‌ অসিদ লফোই লফাং, চু-হয়্‌ কবোক্‌ অথুম্‌ অহাউনচিংব হাপ্‌কনি। অতুগ লোংন থাব ল্যাগি লফোইদি লোংন হাপ্‌কনি। উপ্‌ন থাব লাগি লফোইস্তু উপ্‌ন থাগনি।

**য়েংগদব :—** উমং লাইগি মন্থুংদ পুরৈরোম্‌ব, খোরিফাবনচিংব মৈ চঙ্‌ব কবোক্‌নচিংব কৎপ য়াদব লাই য়াওরি। লাই নিংথৌ খোরিফাবদি ঙা কৎপ য়াদে। মাসি য়েংন লাইগি থবক তৌগদবনি।

লূক্ থাব লোইরবদ মাইবন অনম্ অথৌ কোক্কনি। অনম্ অথৌ কোকপদ ফি মরাক্ তাইব অমন অহুম্ থোক্ল থুপ্লগ লা লাতোন্ অমগি মথক্ত থাগনি। ফি মথক্ত চেঙ্ হৈগনি, লফোই লফাং চঙ্ থোক্প ১, হয়-লৈ, কবোক্ অথুম্ অহাও হাপ্‌কনি। খুনেং শেল্ মরি হাপ্‌কনি। কোন্য়াই হুন্গনি।

**শোন্গদব লাইশোন্ :—** ঈশিং হাপ্ল নাহৈ ফ্ অমদ নাপী, শিঙ্বী, তাইরেন্, পুংফাই, নাপু, নাশেল্, লৌদ্রে, চাদ্রে মনা ময়াম্ অসি লূপ্লগ লাইশোন্গ লোয়্‌নন থিক্কনি। অহান্ব ঈরু লাইশোল্, মথংদ য়ুম্দাই নাকশেং, মথংদ নাহৈরোল্ শোন্-তুন কোক্থোক্ শেংদোক্কনি। অতুগি মথংদ খুনথোক্লোন্ লম্মিং লোন্ শোল্লগ অতাই লাইশোন্ন লোইশিন্গনি।

অসিগি মতুংদ পেনা শক্পন ঈকারক্পগি ফম্মাং থৌগল্ তৌগনি। লাই অতুগি মতিক্ মগুণ থাতুন পেনাগ কোল্লন শক্ক-দবনি। মাসিদ য়াকাইরোল্ শক্প য়াদ্রি। পেনা থৌগল্গি ফিদা দি চক্ল, ইন শাব লফৃৎকি ফিদাদ ফম্তুন শক্কনি। অতৈদা ফম্-দুন শক্প য়াদে। অসিগি মতুংদ মাইবীন লাইপাউ চেন্গনি। মাসিগি মতুংদ মাইবীন শরোয়্ থাঙ্‌হৌগনি।

---

# অনিশুব তাংকক্

## নুমিৎ খুদিঙগি থৌরম্।

অয়ুক্ক পেনান্ন লাই য়াকৈগনি। মাদূদ য়াকাইরোন্গি 'হয়ি হয়া হয়ুম্' নচিংব 'মালেম্ লৈশেম্ লৈরোইশৈ' নচিংবন হৌতুন তেংথাতুন য়াকাইগনি। য়াকাইব লোইরবদ মাইবীন লাইমাঙ্ ফম্তুন লাইপাউ চেন্গনি। অতুগ লাই লুক্ চন্গনি।

মুংথিনদ্ মাইবীন, মীয়াম্ তিল্লব মতমদ লাইগি জগোই ওক্পাগি জগোই শাগনি। মাইবীন জগোই ওক্তন অতোপ্প মী অমন জগোই শাব য়াদে। মথংদ লৈরোই হণ্ডব হিদংন ফিরোয়্ শুন শেৎলগ লৈ লাংগনি। লৈ লাংবগি মওঙ্দি :—

অহানবদ নীপারোম্দ্ চোঙ্ থোঙ্দ লৈ কৎকনি। মথংদ লাইগি পুঙ্দ লৈ কৎকনি। অতুদগি মাইব, পেনা থোংবদ পীরগ লাইবুঙ্ অতুগি ফম্শাং অদূ অহনদগি হৌন মথং মথং লাইয়িংথৌগি লৈমল্ন য়েন্গনি। অতুগ লাইরেম্মগি নাকল্ হায়্বদি নূপী রোম্মগিস্ লাইরেম্মগি চোঙথোঙ্দ লৈ অমা কৎলগ মাইবীদগি হৌন নূপী ফম্শাং অদূ অহন্দগি মথং মথং লাইরেম্মগি লৈমল্ন য়েন্গনি।

অসিগি মতুংদ মাইবন ফিরোয়্ শুন শেৎপ মী খরগ লোয়্নন্ন পূঙ্গ কোম্নন লাইবুঙ্গি সম্থোঙ্ পাংব মায়্কৈদ মথাগি ব্রাহয়্শিং অসিন হোই লাউগনি।

## হোইগি মরোল ঃ—

হৌ—হো—হোই—হাহা—হা, হেরিলো হেরিলা, হায়ুতে খুলা তে হে হয়াহে। সিবু থোইন হরাউব লৈবরা লৈবনে। শে শে নসে শয়া নসে দা। নোংথৌরেন্গি শগোল্নে মমৈদ গে গে লাউবনে অঙৌব আঃ শাগোন্নবরা ভূম্বী ভূম্বী নাতুম্বী শিংজু গুরম্মু। নঙ্গি শিংজু য়াইনম্বী কনান চাবিগনি। খোংনাং চম্প্রা য়ুবী খূদোপ পাম্মুব খূত্ত পানা পীব নুংশিদবরা? অরাংলোম্দ কাখিব থাঙ্জে লেংথোং নাখিব, কায়্রংবু য়ান্গে চংথিব, কায়্রংবুদি য়াল্লক্কে পাথৌ মচল্ তোম্বীদো, শমু ওইরম্ থংবদ তাল্লোয়্নি হায়্ পাচূনরেদা।

ঙাপ্রুম্ন উকাব উতোল্ লোম্হৈদা। থরোইন মীচিক্প চীক্ থোক্তন চীক্পোইদ শরূ ফংহৈদা। উদা কাব কক্চেং ও কক্চে নিঙ্কাঙ্বী। নিংথৌ য়েংবী চাগম্নু খূনিংথৌ কাঙগনি। শা কোম্ প্রেক্ চাগম্নু নশম্ শাংগনি। লফু মরুন মংগ্রা ওই, মংগ্রান অঙা ওল্লি। অঙাংগি মমা মাঙ্দ থারো জগোই শাসি লাউ। শে শে লাউবম্নু লাউমিন্নসিদা।

লৈস্নু নিঙ্থিরে, কোঙ্য়াঙ্স্নু নিংথিরে। শাবন্ন লৈরি লৈ খোঙ্শাং কোঙয়াঙ্ লৈন্নুংশি। লম্কেল্ নাউব্রা কোম্বীরৈ তাক্য়ে শাৎপী কোন্দোল্ লৈ লৈরাং চূনৈদা। পোংনারে পোংনারে পোং হৌনরে। য়েংউ য়েংউ শাৎলিব লৈসে শাইগি মতেং পাংনব লৈ নূরা তথেল্লৈ।

পেম্ম লৈহাউম্ম, পেম্ম লৈহাউম্ম লৈহাউ য়োন্‌গে চৎথিব লৈ-হাওবুদি য়োল্‌লম্‌দ্রে মান পাম্ব নীপাদ খূদোল্‌ থোল্লম্‌লে। নোংন নোং চুবনে শাবিন লৈরাং হেক্‌খিব করম্‌ন লাক্‌কবা। লওরীদ উপ্‌থু শাবন্দ লোংথাক্‌ অস্থুম্ন মরাক্‌ই। চিঙ্‌গি পামেল্‌ উ থম্বাল্‌ তম্‌দ শাৎচরো। মোদোল্‌ লৈ, মোদোল্‌ লৈ পূম্ন চিন্‌সি চাউমল্‌লি, তংখাই চিন্‌সি পীক্‌মল্‌লি। শাবিন লৈপাম্নরিডৈ ননাউন কেজগে। ম্নারক্‌ হয়্‌জাং নম্বোন্‌বী হয়্‌জাং উম্থাবী। ঐন থাগে থাবরা লাইন থাবনে। ইংথোন্‌ম্ম শম্বন্‌ম্ম নম্বুল্‌ ম্নাইশেন্‌ম্ম।

অস্থুম্‌ তৌন হোই লাউগনি।

হোই লাউরগ লাইবৌ লা থাদুন লাইবৌ চোংগনি, অনোয়্‌-রোল্‌ শক্‌কনি। মতুংদ লাইরেল্‌ মথেক্‌ চৎলগ, ম্নাকোল্‌ শক্তূন লাইবূঙ্‌দ শাম্নরিব লাইবু শঙ্‌গাই মম্নুংদ পুশিল্লগনি। অদুগ পেনান্‌ ফম্মাঙ্‌ চঙ্‌তুন নাউশুম্‌গনি।

মতম্‌ শাংন ৫ নি তরানি হরাউরবদি হুম্‌নি চন্‌ব, মঙানি, তরেৎনি, মাপল্‌নি চন্‌বদ মাইবীন শরোয়্‌ থাঙ্‌গনি। অদুগ মা-পল্‌নি চন্‌ব নত্রগ তরামাথোইনি চন্‌বদ কংলৈ থোক্তূন লাই নূপী থিগনি।

লাই লোইরন হুমিত্তু লাইবৌগি থবক্‌ লোইরগ ম্নাফোল্‌ থাবগি ঈশৈ শক্কনি। তাংখুল্‌ শাব, পাম্‌ য়ান্‌ব শাম্নগনি। অদুদগি ঔগ্রি হংগেল্‌ শক্তূন খেন্‌চো, পাওশা শক্লগ হিয়াল্‌ লোল্‌ শক্তূন লাই লোইশিন্‌গনি। লাই নোংগাবদ কোন্‌য়াই থাগনি। লাইগি থবক্লন মতোল্‌ লোম্‌লবদ মাইবীন্‌ শরোয়্‌ থাঙ্‌গনি।

লাই লোইব মতুং নোংডাল্লগ থওরী চিংনৈ, পৌ চিংনৈ, অমম্ভুং লম্জেল্ মুক্লা শান্নৈ।

**য়েংগদব ঃ—** চয়োন্গি লূক্ কৎপ লাইদি নোংগাব য়াদে। শাম্নরম্ব অতুদগি লাইশঙ্দ চল্লগ কোম্মাই চনতুন লোইগনি।

লাইরোই মুমিৎ অসিদ ফুঙ্গারেল্ জগোই শাই। শাগৈগি লাই ওইরগ পিবাগ পিবা নূপীগন পূন্ন শামিন্নগনি। অতুগ খুন্গি লৈকাইগি লাই ওইরগ লাই পান্নব নত্রগ লাই শেলূংব মতৈ মনাওন শাগনি। মাসিবু ফুঙ্গারেল্ জগোই কৌই। জগোই অসি লাই-রোই মুমিত্তুদ শাগনি, অতৈ মুমিত্ত শাব য়াদে, জগোই অসি শাগৈ চাউনব, খুঞ্জাউ লৈচাউনব শাব জগোইনি। মরম্ অতুন মথোয়্‌ন জগোই শারম্‌দাইদ মাইব, মাইবী, পেনা থোংবনচিংব হোই লাউ-বগি মীয়াম্ অদূ চঙ্তুন খূবাক্ খূতুন "সনরেম্বী থোরক্লো, নহুম্ পোম্দেল্ শাবিগে লাই খূবাক্ খূবিগে।" ঈশৈ অসি শক্তূন নীপা নূপী অনীবু কোথোক্লগ জগোই শাহন্গনি।

লাইরোই মুমিৎ অসিদ লাই নাক্ক থেংব হায়্‌ব অমগ লৈ-রি। ফুঙ্গারেল্দ নীপা নূপী কোথোক্প কাঙ্বু অতুন লাইবুঙ্ অতুদ ফম্লিব নীপা নূপী ফম্শাঙ্ অনীদ মাইবন ঈশৈ শক্লগ পেনা থোঙ্তুন মাইবী অমন শরিক্ থিংলগ অমন শেনখা পায়্‌তুন শেল্ নি। মাতুবু লাই নাক্ক থেংব কৌই।

**ঈশৈ ঃ—** "য়াম্ব ময়ুম্ চংলুসি নাক্ক থেংলুসি লৈতে-মুংদে হায়্‌গম্মু, তঙৈৎ শেম্থাউ মুংদগি শে শে লাম্থোক্উ। পারি শাংতব শাংহনগে। ঈমোম্ পোম্দবসু পোম্হম্গে।

ঈশৈ অসি শক্তুব নীপা রোম্‌দগি হৌরগ নূপী রোম্‌দ চত্তূন শেল্ নি। মান মান ঙম্‌ব হুয়্‌ লৈ, শেল্‌নচিংব কৎকনি। মাহু লোইরবদ লাইদ পূন্ন কৎলি।

হায়্‌রিব ফুঙ্গারেল্ শাব, নাক্কক থেংব অনী অসি লাইবৌগি মমাঙ্‌দ তৌগদবনি।

---

## অহুম্‌শুব তাংকক্

## লাইবৌ খূংথেক্।

লাইবৌ শারম্‌দাইদ মাইবীন লা লাতোল্ অহুম্ লোল্লগ মথক্ত অহুম্ থোক্ত থুপ্ল ফি অঙৌব অমা থারগ মথক্ত লাংথৈ মতোম্‌ন মথাগি লৈহুল্ অসি হুন্‌গনি। অদুগ লাই শুমাঙ্‌দ পুখোক্‌লগ অহান্‌বদ থাংজিং লোম্‌দ ওন্দূন লেপ্ল লেপ্ল লাগ কোন্নব ফিদ হুল্‌লিব লৈ অম্ কৎকনি। মথংদ মারজিংদ, চিঙ্‌থৈ ওন্দূন কৎ-কনি। অদুদগি মৈরম্ ওন্দূন ব্লাংব্রেন্দ, কৌব্রু ওন্দূন কৌব্রুদ কংলগ অরোইবদ লাইনুংদ ওন্‌শিনদুন কংলগ লাইবুঙ ময়ায়্‌দ (শুম্মাঙ্) ব্রাই তৈদুন শেম্‌লিব মফম্ অদুদ থম্‌গনি। মাসিবু লাইবৌ লা থাব কৌই। লাইবৌ লা থারবদি লাইগ লাগ মরক্ত শন্দূন চৎহৈদে। লাই লম্‌লান্‌ব কৌই। শম্‌লিব মী-গি ফক্তে।

## ( লাইবৌ লাগি লৈহুল )

**লাইশঙ্**



লাইবৌ লা থাব লোইরবদি ঈকৌবদ তৌথিব থৌগল্ পারেং অনী অদূ মথং মনাও কায়্দন লেপ্কনি। লাই পুব নীপা অনীন মখোঙ্ অনীন লা মচেং অমমম্ থারগ নেংতূন লাইদ মায়্ ওন্-শিনতুন লেপ্কনি। মাইবীন লাইদ অহানবদ হুন্থিব লৈশিং অতু-দগি লৈকা মনা অমমম্ লওথোক্লগ খূদৈ মচা অনীদ লৈকা অমমম্ য়োম্লগ কিশিনতুন লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাগি লৈশক্ কায়্দন লাই পুব অনীগি মঙক্তা পুনতুন য়েং ওয়্ কায়্দন পুহন্গনি। মাসিবু লাই হাপ্প কৌই।

---

## লাই হৌব।

মাইবীন খুরক্ লৈ হাপ্পবদ লাই হৌনব তৌরগনি। মাইবীন লাইমাঙদ লাইদ ওন্শিনতুন লেপ্কনি। মকোক্ন লাইনিংথৌগি মমাঙ্দ লেপ্কনি। অতুগ লাইহৌ জগোই শাগনি। জগোই অসি

শাব মতম্দ লাইবৌ লা থাবগি লৈ হুন্বদ ইকোন্ কোন্ন হুন্ব লাইনিংথৌ লাইরেম্মগি লৈপোপ্ নিপাল্ অদূ লওতুন মাইবী অনীন মথূং নাম নামদ লৈ অনী অনীম খূদোনবী খূংয়ায় অতুগ খূংয়ায় খূংনিংথৌ অনী অনীগি মরক্ত লৈপোপ্ অমমম্ য়েপ্-কনি। মতোনন খূংসম্ লোম্দ যিন্দোক্হনগনি। মাসিবু খূরক্লৈ য়েপ্প কৌই। মতাং অসিদগি পেনা খোংব হৌরগনি। মাসিদগি লাইচিং জগোই শারগনি।

অহানবদ খূরক্লৈ য়েপ্পগ লাইদ মায় ওন্শিনতুন খূদোন্ ফাক্ন খূনিঙ্ অনী শম্নন লেপ্কনি। অতুদগি খূং অনী ফন্দোক্লগ নিঙগাংননা কম্থগনি। মাতুগ লোয়্নন খূং অনীমক্ তিংন মাঙ্দ পুশিল্লক্তুন লৈবাক্তগি খূবাক্ অমরোম্ ৱাংন খূবাক্ মরু অনী শম্নহল্লগ খূবাক্ অনীন খয়োম্ শান (থম্বাল্ শাংকাইবগি মওঙ্) পুথংতুন হান্নগি মওঙ্ তানব লেপ্খৎকনি। খূংন মিংকি মপা য়োন পুখংলগ হক্চাং লোম্দ খূবাক্ ওন্শিল্লগ খূদোন্ন থবাক্ মপাদ লৈ-শিল্লক্তুন হান্নগি ফিভম্ তানব খূজেং লৈথতুন নাকন্দ থাদগনি। মাসিবু 'লৈপেক্ শগোই' কৌই। অম্মন লৈপেক্ জগোই অহুম্-লক্ শারগ য়েংকী খূদোনন মাঙদ লৈপাক্ত নেংকনি। অতুগ লোয়্নন য়েংলোম্দ হক্চাং লৈথোক্লগ খূবাক্ অমুক্ খূগনি। অতুদগি য়েংকী থোঙ্ন হাননগি মফম্দ হন্জিনতুন লেপ্পগ হক্চাংসু হন্জিনগনি, অতুগ খূবাক্ অমুক্ খূগনি। মথংদ ওয়্গি থোঙ্ন য়েংন তৌখিবগুম্ মাঙদ লৈপাক্ত হেক্ নেংপগ হক্চাংসু ওয়্দ লৈ-থোক্লগ খূবাক্ অমুক্ খূগনি। মাসিবু 'খূবাক্জগোই' কৌই।

খুবাক্ জগোইস্সু অহুম্ লক্ শাগনি। খুবাক জগোইগি মথংদ লাইচিংগনি।



য়েংকী খোঙ্দোনন মাঙদ নেংপগ লোয়্নন য়েংকি খূৎস্সু ওয়্গি খূৎ মপাদ খাঙ্ মপা চুম্ন মাঙলোম্দ তিংথোক্লগ খূৎয়ায় খূৎনিংথৌ অনীবু খূৎপী মতোনন শোক্লগ খূদোন্বী খূনাউবী অনীন তিংথোক্কনি। খোঙ্ন পুশিল্লক্কন লৈপাক্ক নেং-পগ খূৎস্সু চিংশিল্লক্কন খোয়্দংগি য়েং থংবদ খূৎঙঙ্ অতুদ অতুম্মক্ থম্গনি। য়েংকি খোঙ্ন তুংলোম্দ পুশিল্লক্পগ লোয়্নন য়েংকি খূৎন তৌখিব অদূ ওয়্গি খূৎন তৌগনি। হল্লক্প য়েংকি খোঙ্ন লৈতাবগ ওয়্গি খূৎস্সু তিংথোক্প লোয়্গনি। ওয়্গি খোঙ্ন হনজিল্লক্পগ ওয়্গি খূৎস্সু খোয়্দংগি ওয়্দ থম্গনি। অস্তুম্ন শিন্নন শিনন তৌব অসিদ ওয়্ন অনীরক্ হল্লগ য়েংন অহুম্লক্ শুরক্পদ খোঙ্-ফম্ অহুম্ মাঙদ থাঙ্জিন্বগ লোয়্নন খূবাক্ অহুম্লক্ খূগনি। অতুগি মথংদ লাই অমুক্ক চিংগনি। অস্তুম্ তৌন লাই অহুম্ লক্ চিংগনি, খূবাক্ খূবস্সু অহুমলক্ খূগনি। অতুগ লাই চিংবগি খূৎ শিন্নব অসি খূৎ য়েংন মথক্ থংন থংন শিন্নগনি। খূৎ য়েংকী জগোই লাইয়িংথৌগিনি, ওয়্গি জগোইন লাইরেম্মগিনি। অদুন মথক্ মথা ওন্নব য়াদে। মাসি পেনা মরোল্দি লাইরোরোল্ খোংগনি।

লাই চিংব লোইরগ নোংদাই জগোই শাগনি, য়েৎলোম্দ হক্চাং লৈথোক্লুনা য়েংকী খোঙ্না ওয়্গি খোঙ্ মখাঙ্দ চপ্-তিংনা লৈত্তারগ ওয়্গি খোঙ্না কপ্লাক্ কোন্থতুনা মাঙ্লোম্দ হক্চাং কোন্থতুন য়েংকি খোঙ্দোল্ মপাদ কোক্ নোন্থরগ খোঙ্ মথক্ত বাক্ অমুক্ খূগনি। অতুদগি থূহক্চাং খর খর তিংখৎলক্-পদ ময়ায়্ য়োরক্পদ হান্নগি মায়্ওন্দ খুবাক্ অমুক্ খূগনি। মথংদ হকচাং তিংখৎপ লোইরবদ লাইরোম্দ মায়্ ওন্শিনতুন লেপ্লগ কোক্তোন্দ খুবাক্ অমুক্ খূগনি। অসুম্ন ওয়্রোম্দ হকচাং লৈথোক্লুনা ওয়্গি খোঙ্না চপ্ তিংলগ য়েংকি কপ্লাক্ কোন্থতুন ওয়্রম্দ হক্চাং অমুক্ কোন্থগনি। কোক্ নোন্থব হেক্হৌবদ খুবাক্ অমুক, খোঙ মপা য়োন কোন্থরক্পদ খোঙ্ মথক্ত খুবাক্ অমা সুমন য়েং ওয়্ অনীমক্ত খুবাক্ মঙারক্ খূগনি।



পেনা নোংদাই-লৈতাইরোল্ খোংগনি।

মথংদ হানন্ তৌথ্রিব অসিগ চপ্ মান্নন খুবাক্ খূন খূন অমুক্ হাইগৎলক্লগ লাইদ ওন্শিনতুন লেপ্কনি। কোক্তোন্দ খুবাক্ খূগনি। য়েৎলোম্দ অমুক্ নোন্থগনি, হান্নগ চপ্ মান্নন খুবাক্ খূগনি। মাসি লোইরগ লেপ্খৎতুন হান্নগি তাল্ (খোঙ্-থাং) অতুদ অতুম্নক্ য়েৎলোম্দ হক্চাং তংখাই অমা লৈথোক্লুন খোঙ্ থাংলগ ওয়্রোম্দ হক্চাং পূম্লৈ লৈগনি। অসুম্ তৌন

য়েংলোম্দসু অমুক্ লৈথোক্কনি। মাস্তুম্ন হক্চাং পূম্লৈ লৈব অনি অহুম্লক্ তোগনি। খোঙ্ খুৎ তাল্ চাহন্গনি। খোঙ্-থাং খুদিংগি খুবাক্ খুগনি, মাসি পেনা খোঙ্গনি, পূঙ্ য়ৈগনি।

খুবাক্ খুত্তুন লৈব অসিগি মওঙ্দ য়েং ওয়্ ওম্ন ওম্নন হাম্নগি তাল্ অত্তুদ খুৎচা জগোই শাগনি। খুদোন্বীগ খুৎয়ায়্গ পুন্-শিন্নরগ খুৎপীন মতোন্দ শোক্লগ খুৎনিংথৌ অমস্মং খুৎনাউবীদি তোপ্প মচা তান তিংথোক্তুন থম্গনি। মাসি খুৎচা জগোই কৌই। য়েংথংব হক্চাং নাকন্দগি লওরগ ওয়্ থংব নাকন্দ থাগনি। অহান্ব লওবদ য়েং থংব খুৎন মাঙ্ থংগনি, খুৎ লোংগনি। ওয়্ থংব খুৎন য়েংকি খুজেং মপান্দ কাপ্ অরুম্ লাপ্ন উপ্প থম্গনি। থাব মতম্দ ওয়্রোম্দ ওয়্গি খুৎন লোংন মাঙ থংগনি, য়েংকি খুৎন ওয়্গি খুজেং মপান্দ কাপ্ অমরোম্ লাপ্প লৈগনি। অত্তুগ ওয়্গি খোঙ্দোনন লৈপাক্ নেৎপন্দ য়েংলোম্দগি লওগনি। য়েংকি খোঙ্ন লৈপাক্তঃ থাব মতম্দ ওয়্রোম্দ থাগনি। মাসি অহুম্লক্ থাগনি। মথংদ খুবাক্ জগোই অমুক্ শাগনি।

অত্তুগি মতুংদ নাপ জগোই শাগনি। খুৎ হাইগৎতুন না-কোঙ ময়াদ খুৎনাউবীদগি হৌত্তুন খুৎচা পুম্নমক মথং মথং কোন্-শিনবন খুৎশীগ খুদোম্বীগ শম্নরব মতম্দ খুদোল্ পূম্নমক্ মথা ওন্থত্তুন লৈথোক্থিগনি। মাসিবু নাপ্ জগোই কৌই। য়েংকি খোঙ্দোনন মাঙ্দ লৈপাক্ শোক্লগ হক্চাং লোম্দ চিংশিল্লপ্ তোগনি। অত্তুগ য়েংকি খুৎন মথক্ত হায়রিব জগোই অসি শাগনি। য়েংকি খোঙ্ন হেক্ থাংদোক্পগ কোন্শিল্লিব খুৎচা পূম্নমক

তিংথোক্কুন য়েৎথংব নাকন্দ কেন ফজন াইথগনি। য়েৎকি খুৎন হাইথরকপগ লোয়নন ওয়গি খোড়স্থু মাড়দ য়েৎন তৌখিবগুম্ তৌগনি। অতুগ ওয়গি খুৎস্থু ওয়গি নাকোং মপাদ জগোই শাগনি। ওয়গি খোড়ন হৈক্ থাংদোকপগ খুৎচা তিংথোক্কুন খুৎ থাদগনি। অস্থুম্ন য়েৎন হৌরগ ওয়ন লোইবদ ওয়রোম্দ হকচাং লৈগনি। মথংদস্থু হান্নগুম্ন য়েৎন হৌরগ ওয়ন লোইতুন জগোই শাগনি। অদূগ য়েৎলোম্দ হকচাং অমুক লৈগনি। হকচাং পুমলৈ লৈব অসি অহুম্ হঞ্জিনন তৌগনি মাসি লোইরগ হান্নগি মওঙ অদূদ খূবাক্ জগোই অমুক শাগনি।

অসিগি মথংদ খুৎ য়েৎন মাড়দ তিংথোক্লগ খূৎচা পূম্নমক লোংন উম্শিনব ওয়রোম্দ লৈগনি। অতুদগি ওয়গি খুৎন তিং-থোক্লগা খুৎচা কোন্শিনতুন য়েৎলোম্দ লৈগনি। মফম্ লেঙদন লৈগদবনি। মাসিবু ফিবুল্ জগোই কৌই।

মথংদ নাপ জগোইগি মেঙচৎত য়েৎকি খোড়দোন্ন লৈতাব মতম্দ য়েৎকি খুৎন মাঙদ শাঙন তিংথোক্লগ খুদোন্বীদগি খু-নাউবী ফাওব খুবাক্তা কোন্শিল্লগ খুবীন মথক্ত চপতিংন থম্গনি। ওয়গি খূৎস্থু মাসিগ মান্নন শাগনি। মাসিবু খূৎতুম্ জগোই কৌই। মাসি অহুম্লক শাগনি। ফিবুল জগোইগ খূৎকি মওঙ মান্নব্রবস্থু খোড়দি অমতনি। মাসি লোইরগ হান্নগি খূবাক জগোই অদূ অমুক্ শাগনি। অদুদগি অমক্ হনন হান্নগ মান্নন খূৎচা জগোই শাগনি।

মাসিগি মথংদ খুজেঙ্ লৈবী জগোই শাগনি। হক্চাং থেক্‌ন থেক্‌ন ফমথরগ খোঙ্‌দোনন্ লৈপাক্ত নেংলগ ব্রাংখংলিব খূনিঙ্ অনীদ ফম্লগ মাঙ্‌দ কোকন্ লৈবাক্ শোক্ত খূং অনীস্থু কোক্-কি ব্রাংমদ লৈপাক্ত খূজেঙ্ ওয়্‌গি মথক্ত য়েংলন ননত্তুন খুরুম্‌গনি।

য়েংকি খোঙ্‌ন মাঙ্‌দ খূদোনন লৈপাক্ত নেংথব মতমদ য়েংকি খূংন মথক্ গংন খ্বাঙ্ মপাদ মাঙ্‌লোম্‌দ খূংচা পূম্নমক তিংথোক্‌লগ ওয়্‌গি খূংজেঙ্‌দ খূপাক্ ওনশিন্নন ননগনি। য়েংকি খোঙ্‌ন তুংদ হন্থখিবগ মান্নন ওয়্‌গি খূজেঙ্‌ন য়েংকি খূজেঙ্‌গি মথক্ অমুক্ থংগনি। ওয়্‌গি খোঙ্‌ন্ য়েংকি খূনিঙ্ মপাদ খূ-দোনন্ নেংপগ লোয়্‌নন ওয়্‌গি খূজেঙ্‌ন য়েংকি খূজেঙ্‌গি মথক্তগি লৈথগনি। অসুম্‌ন লৈথোক্ লৈশিন্ তৌরগ খূকুউ অনীন লৈপাক্ তাতুন ফম্থরগ কোক্ নোম্থতুন কোক্‌কি ব্রাংমদ খূং অনীমক্ত লৈপাক শোক্ত ল্যাই খুরুম্‌গনি। মাসিগি মথংদ লাইবৌ শারগনি। মতাং অসি লৈরোইরোল্ খোংগনি। তাল্ অনীদ চংকনি।

## লাইবৌ।

মাইবীন লাইচিং জগোই শাব লোইরবদ লাইমাঙ্‌দ লেপ্-লিব লাই পুব নীপা অনী অদূ মথক্ত হায়্‌খিব থৌগল্ লেপ্লিব পরেং অনী অত্তুগি মরক্ত চোং পুরিব নীপা অনী অত্তুগি মমাঙদ লেপকনি। মাইবীন মাঙ্‌থান্ পরেং অনী থোক্ত লাইনিংথৌ লাই-রেম্ম, য়েং-ওম্ কায়্‌দন্ চংলগনি। পরেংগি মথং মনাউদি ঈকৌবদ চংখিব অদূ কায়্‌দন চংকনি। পরেংদি লাইনিংথৌগিন নীপান, লাইরেম্মগিন নূপীন চংকদবনি। অসুম্‌ন মাইবীন মাঙ্‌থারগ মাইবন

য়াওদনা পেনা থোংবন ওয়্বোম্দ চংলগ লাইবৌ লা থাবিব অদূবু ওয়্ওইনন ৩ লক্ খূবাক্ মথোল্ থোক্তুনা খূতুন কোয়্বগ লাইগি মপা য়ৌরক্পদ মাইবীন মথোঙ্ খূনিঙ্ অনী শম্নন খূদোল্ ফাক্লগ লেপ্কনি। ময়াম্সু লেপ্লগনি। অতুগ পেনা শক্প অদূন লাইবৌ লা থাবিব অতুগি মপাদ লাইরোম্দ ওন্শিনতুন খূদোল্ ফাকনা খূনিঙ্ শম্নন লেপ্লগ হোইবৌ হয়া লাউনব তৌবগনি। মাতুদ মাইবীন ময়াম্দ "হো লাইয়িংথৌ মদাইবেম্শা, লাইবেম্মগি মদাইবেম্শা," হায়্ন কৌগনি। ময়াম্ন 'হাউ' হায়্ন খূম্গনি। "হোইবৌ হয়া লাউগদৌবি, নথোঙ্ নখূৎ লেঙ্গন্নকো" হায়্ন লাউগনি। মাতুদ ময়াম্ন 'হোয়্ হোয়্' হায়্ন খূম্লগ মাইবীনচিংব মী পূম্নমক্ লেঙ্দন চুম্ন লেপ্তুন লৈগনি।



মাসি লোইরগ পেনা থোঙ্বন হোইবৌ হয়া শক্প হৌগনি। হোইরৌ লাউব লোইবগ অনোয়্রোল্ শক্নি।

## হোইরৌ হয়া।

ও হোইরৌ ও নাগে। হোইবৌ হোইবৌ নাগে। হোইরৌ হোইবৌয়ে নাগেদা, লাইয়িংথৌ ও হোইরৌ নে সে শুম্। ( মতম্ অসি য়াওরিব মী পূম্নমক থোঙ্ খূৎনচিংব লেঙ্ব য়াদে) হা হয়া আ, হয়া হয়া আ, হয়া হে নাগেদা আঃ য়োয়্বুবীগি হয়া নে।



মতাং অসি য়োরকপদ মাইবীনচিংব মী পুন্নমক্ মখুৎ অনীন খয়োম্ জগোই শাগনি। মাসি থোঙ্ খুৎতি লেঙ্‌ব য়াদ্রি খয়োম্ জগোই ত শাগদবনি। লাইগি থৌগল্ ভৌরিব মী ময়াম্ তাদ্নদি খয়োম্ জগোই শাব য়াওরোই। মাসি থবাক্ মপাদ হক্‌চাংদগি কাপ্ অমরোম্ লাপ্ন থমগনি। "খুবাক্ অনী ওন্‌শিন্নরগ খুবাক্ মরু থেংনগনি, খুৎপী অনী, খুৎনাউবী অনী থেংনরগ খুৎচা অতৈন মচা ভান লন্ন লৈগনি" মাসিবু খয়োম্ জগোই কৌই। মাসি শাবদ মাইবীগি খুরক্ লৈদি তাহন্‌ব অমদি থাদোক্‌প য়াদে।

অসিগি মথংদ পেনা শক্‌পন "হয়িঙৈদ নোয়্‌বদি মৈন রায়ন্ন নোইয়ে। হে তাংন শমঙৈগি নোইয়ে।" মাসি শরুক্‌প মতমদ হক্‌চাং কৈ নম্‌লপন্ন থোঙ্ য়েৎন হান্‌ন, মথংদ ওয়ন্ন চৎতি চৎতন মফম্ অদুদ হক্‌চাং য়েং-ওয়দ হাইদোক্ হাইজিন্ তৌতুন লয়্‌রম্‌লগ কেন থোঙ্ থাংগনি। থোঙ্‌থাং খুদিঙ্‌গি থোঙ্‌ন লৈপাক্ত থাবগ লৈরপ্ লৈরপন্ন হকচাং ঈপোম্ ফজন পীদুন্ন শাগনি। লাইপোৎ পুরিব মীশিংদি জগোই শাবদি য়াওদন থোঙ্‌থাং চান লৈবনচিংবদি য়াওগনি। অহুমন্ন চৎপন ওম্মাঙ্ চিথেক্ য়োবদ থোঙ্‌থাং



কায়্দন ওয়্রোম্দগি হাঙ্গগি মণ্ডঙ্ তানব হক্চাং পুম্নৈ নৈগনি। মাসি চিথেক্ মরিমক্ত তৌগনি। লাইগি মমাঙ্ য়ৌবদ ভক্ নোনন্ খুরুম্ম্গনি। অঙুম্ন কোয়্ব অসি অহুম্লক্ কোয়্গনি। মাসিন অহুম্লক্ শুবগি অহুদ লাইদ মাই ওন্শিনদুনা কোক্ নোলন খুরুম্লগ থাগনি।

মাসি লোইরগ পেনা শক্পন অনোয়্রোল্ শক্রুগনি। অতুগ মাইবীনচিংব য়াওবিব মী পুম্নমক্ন হক্চাং শাবগি লাইবৌ থুংথেক্কি জগোই শাগনি। হকচাং শাবগি জগোই হৌরক্পদ অহানবদ নৈশি জগোই শাগনি। শুমাঙ্ চিথেক্ মরি হেক্ হেক্ য়ৌবদ উপ্নৈ নৈদুনা হকচাং শাবগি হৌনবী তৌগনি। হকচাং কায়াৎ খূদিঙ্মক্ শাব হেক্ হেক্ লোইবদ নৈশী জগোই অমুক্ অমুক্ শারম্গনি। নৈশী জগোই মওঙ্দি— য়েংকি থুংন হৌরগ খুজেঙ্ অনী শম্নহন্দন নৈরক্লুন



থুংপী খুদোম্বী শম্নরগ থুংচা অতৈন মচা তান্ তিংন থম্লগ ওয়্গি খুংল মথা থংন থুং অনী কাপ্ অমরোম্ লাপ্পন থবাক্ মপাদ য়েংভগি লওরগ ওয়্রোম্দ খোঙ্থাং অমদ থাগনি হায়বদি থুংচা পুম্নমক্ তিংথোক্লনি।

মতাং অসিদ অনোয়্রোন্গ হক্চাং শাবগ অনী অসি মতম্ অমত্তদ খোক্পন হক্চাং শাবগি জগোইন হান্না ইরগ অনোয়্রোনন কোনন ইজরি।

## হক্চাং শাব ( লাইবৌ খুৎথেক্ )

লৈশী জগোই শাখ্রব মতুংদ খোঙ্ অমন খোঙ্ফম্ অনী অনীরক্ মাঙ্দ হাইফেৎ চঙ্শিনন থারগ অমুক্ পুথোক্প অসি হল্লিনন্ তৌগনি। অহানব খোঙ্থাং অসিগি মতুংদ জগোই অমসুং লাইরোন্গি মতুং ইন্ন খোঙথাং হোংগনি। মাইবীন 'হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি মনাইশা' ময়াম্ন 'হাউ' হায়্ন খুম্বগ 'হক্চাং শারসে' হায়্ন লাউগনি। ময়াম্ন ' শারসে ' হায়্রগ লৈশী জগোই শাগনি। অদুগ চিথেক্ মরিমক্ত মথক্ত হায়খিব হক্চাং পূম্লৈ লৈব অদূ তৌগনি। হক্চাং শাব মতম্দ হক্চাং কয়াৎ খূদিংগি শারম্দাইদ মাইবীন ময়াম্দ তাক্কনি। ময়াম্সু মাইবীন হায়রক্প অদুগি পাউখূম্ খূম্গনি। জগোই শান শান লাউগনি। জগোই শান শান খুম্গনি। হক্চাংগি মফম্ অমা শাব লোইবদ মাইবীন ময়াম্দ " জগোই লঙরো " হায়্গনি। ময়াম্ন লৈশী জগোই শাগনি। মতৌ অসুম্ন হক্চাং শাবগি মথং মথং লাক্পদ হক্চাংগি শরুক্ অমগ অমগ তাইনবগি মরক্ত লৈশী জগোই অমুক্ শাগনি।

১। ইহান হান্বদ খূৎপী অনীগ খূদোন্ অতৈগ মতোল্ মতোল্ শম্নহল্লগ ফন্দোক্তূন খোয়্দঙদ থম্গনি।

২। খূৎ অনীমক্ন উপ্ন লরাইদ থাংগৎলগ খূৎপী অনীগ খূদোন্বী অনীগ মতোল্ মতোল্ শম্নহল্লগ ফাক্তোক্তূন খূৎচা অতৈন শম্নরগ থম্বাল শান হোহন্গনি। অসুম্ন লরাই শাগনি।

৩। **চিরা শাব**—খূৎ অনীমক্ন লোংন লৈথৎলগ খূদোনবী অনীন তিংথোক্তূন চিরা অনীদ শোক্কনি। খূৎচা অতৈদি কোন্শিন্গনি। খূৎপীন খূদোন্বীগি মখোঙ্দ তিংন থম্গনি।

৪। **কোকুচি শাব—** চিরা শাবগি কিভম্দ খুৎপী খুদোন্বী পুল্লম্বদগি খুদোন্বীন কোন্শিন্থিবদ খুৎশা অতৈস্তু কোন্শিল্লগ খুৎপী অনীন লোংন লোংন কোকুচি শোক্কনি।

৫। **লাইবক্ শাব—** খুৎ অনীমক্ন খুৎ লোংন থাংগৎলক্তূন খুৎপী কোন্শিল্লগ খুদোন্ মরীন উপ্প লয়্থৎলক্তূন খুবাক্ লোংলগ খুৎ মতোম্ অনীন লাইবক্ত শোক্কনি। খোঙ্থাং ৩ থম্লগ মথং লওগনি।

৬। **পিশুম্ শাব—** খুৎপী অনী তিংথোক্লগ খুৎচা অতৈ কোন্শিন্দূন পিশুম্দগি মিৎমৈ রোম্দ অনীরক্ চিংথোক্কনি। খোঙ্-থাং ৩ থম্গনি।

৭। **মিৎচি শাব—** খুৎপী খুদোন্বী অনী চপ্শিল্লগ খুৎচা অতৈন তিংন মরক্ লনন্ থম্লগ খুৎ অনী মক্ন মিৎ অনীদ মিৎলুদগি মিৎমৈ রোম্দ চিংথোক্কনি। খোঙ্থাং অহুম্লক্ত অহুম্লক্ চিংথোক্-লগ থাগনি।

৮। **মিৎ শাব—** খুবী খুদোন্বী অনীন মরক্ত খুবী অমগি মকম্ মরুম্ ফাক্লগ তিংথোক্লগ ফন্দোক্তূন মিৎকি মপাদ মিৎলুদগি মিৎমৈরোম্দ খোঙ্থাং অহুম্লক্ত অহুম্লক্ চিংগনি। মিৎমৈ মপাদ লেপ্কনি।

৯। **নাথাঙ্ শাব—** য়েৎকি খুৎন খুবী তিংথোক্তূন খুৎচা মরিন কোন্শিল্লগ খুবীন লাইবক্কি ময়াদ পিশুম্ অনীগি মরক্ত খুবাক্ন হক্চাং লোম্দ উপ্থতুন খোঙ্থাং অহুম্লক্ চিংথগনি। ওয়গি খুৎ য়াওরোই।

১০। **নাতোন্ শাব—** য়েংকি খুবীগ খুৎয়ায়্গ চপ্লগ

খূদোন্বীন তিংন নাতোন্ মতোন্দ শোক্কনি। থূবী থূয়ায়্ অনীন শোর হোনকম্ শোক্কনি। খোড্থাং অহুম্লক্ থম্গনি। থূং ওয়্দি তিংন থাদগনি।

১১। **নাকূচি অনী শাব—** থূং অনীগি থূবী থূংয়ায়্ চপ্নগ থূংচা অতৈন তিংন নাতোন্ নাকূচিদ শোক্ন মখারোম্দ অহুম্লক্ লৈরপ্ন শাগনি।

১২। **থজাই লেংওল্ অনী শাব—** থূং অনীমক্ থূবী কোন্শিল্লগ খূদোল্ মরি মরিন তিংথোক্নন থজাই অনীদ অহুম্লক্ থূবাক্ন হকচাংলোম্দ উপ্ন খূজেং লৈবপ্ন নানথবগুম্ তৌগনি। খোড্থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

১৩। **নাতোল্ শুম্নাং শাব—**থূবী থূনাউবী কোন্শিল্লগ খূদোন্বী, থূংয়ায়্ থূংনিংথৌ অহুম্ তিংথোক্নন নাতোল্ শুম্নাঙ্দ শোক্কনি। খোড্থাং অহুম্লক্ থাংগনি। থূং ওয়্দি তিংন লৈগনি।

১৪। **চিম্বাল্ থক্-থা শাব—** থূং অনীগি থূবী অনীগ থূংদোন্বী অনীগ মতোন্ নতোন্ শোক্নগ চিম্বান্গি মপাদ শোক্কনি। থূংচা অতৈদি খূদোন্বী মপাদ তিংন থম্গনি। খোড্থাং ৩নি।

১৫। **য়া-শাব—**থূদোল্ ভবান তিংথোক্নন য়া মপাদ উপ্ন থম্গনি। খোড্থাং ৩ লক্নি।

১৬। **থদাঙ্ শাব—**থূং য়েংকি থূংয়ায়্গি মখোঙ্দ থূবী কোন্ন থম্নগ খূদোল্ মরিন তিংথোক্নন থদাং মপাদ অহুম্লক্ কৈন হাইগনি। ওয়্দি থাদহন থম্গনি। খোড্থাং অহুম্ লক্নি।

১৭। **নাকোঙ. শাব**— খ্ৱীন খ্দোন্বীগি অরোইব তান্দ শোক্লগ খ্ংচা অহুম্ন ফনদোক্কন নাকোঙ্ মপা মপাদ খ্ং অনীমক্ সেং শুয়.দ অহুম্লক্ খ্জেঙ্ লৈরপ্ন তৌগনি। খোঙ্থাং ৩ লক্কি।

**১৮। নাকোঙ. চক্র শাব**- খ্ংপীন খুংয়ায়্গি তাং মতোন্দ শোক্লগ খ্ং মতোনন্ নাকোঙ দ ওন্শিন্জুন অহুম্লক্ লয়্গনি। খ্ং অনীন নাকোঙ্ অনীদ অমমম্ তৌগনি। খোঙ্থাং ৩ লক্নি।

১৯। **লুথম শাব**—খ্ং অনীমকন্ উপন্ খ্দোল্ খ্দোল্ শম্নন লুথম্ শেকনি। খোঙ্থাং অহুম্নক্ থাংগনি।

২০। **খোরি তোংদম্ শাব**—খ্ং অনীমক্ন খ্বাক উপ্ন খ্বী ফন্দোক্কন খোরী মপাদ হঙ্গং হন্দা অহুম্নক্ চিংথগনি। খোঙ্ থাংদি অহুম্নক্ থাংগনি।

২১। **লেংজুম্ শাব**—খ্ং অনীমকন্ উপ্ন হাইগংলক্কন খ্ংয়ায়্গি খ্দোম্ন খ্বাক্ তিংন লেংজুম্ শোক্নি।



২২। **লেংদোন্ শাব** --খ্ং অনীমক্ন মাংলোম্দগি উপ্ন হাইগংলক্কন খ্ংয়ায়্গি খ্দোন্ম খ্বাক্ক কোম্নন লেংদোন্দ শোক্নি। খোঙ্থাং অহুম্নক্ থাংগনি। খ্ংতি অহুম্নক থাদগনি।

২৩। **লেংপাক্ শাব**—খ্ং অনীমক্ য়েংকি খ্ংন মথক্ থংন কারম্নন লেংপাক্ত খ্দোল্ মরিন শোক্নি। খ্বীদি কোন্শিন্গনি। খোঙ্থাংদি অহুম্লক্ থাংগনি। খ্ংতি অহুম্নক থম্গনি।

**২৪। পাম্বোম্ শাব**—য়েৎকি



খূৎন খূবীগ খূদোম্বীগ ফাক্লগ খূৎচা অতৈদি তিংন ওয়্গি পাম্বোম্ মরুদগি খূনিঙ্লোম্দ হন্থন অহুম্লক্ নাম্থ-গনি। ওয়্গি খূৎন অমুক্ য়েৎন তৌবগুম্ন য়েৎকি পাম্বোম্ মরুদগি খূনিঙ্ ফাওব অহুম্লক্ চপ্না নাম্থগনি। থোঙ্থাং ৬ লক্ থাংগনি।



**২৫। খূৎনিঙ শাব**--- ওয়্গি খূৎন মাঙ্দ খূৎনিঙ্ থেক্-কংতুন খূজেঙ্ হাইগৎলগ য়েৎকি খূৎন লোংন খূবীন খূয়ায়্গি মথোঙ্দ শোক্লগ খূৎনিংথৌন ওয়্গি খূৎনিঙ্দ শোক্কনি। খূৎনাউবী-দি হাইথন থম্গনি। য়েৎকি খূৎনিঙ্দসু ওয়্গি খূৎন শোক্কনি। থোঙ্থাংদি অহুম্ অহুম্লক ৬ লক্ থাংগনি।

**২৬। খূৎকি খূবোম্ শাব**



খূৎপীগ খূদোম্বীগ ফন্দোক্-তুন খূৎচা অহুম্ তিংন অহুম্

অহুম্লক্ খুজেঙ্ লোম্দ চিংথগনি। য়েৎন হান্নু ওয়্গি খূৎত তৌরগ ওয়্ন কোন্ন য়েৎত তৌগনি। খোঙ্থাঙ্দি অহুম্ অনী তরুক্ লক্ থাংগনি।

**২৭। খুজেঙ্ শাব—** খূদোন্বী, খূৎয়ায়, খূৎনিংথৌ, খূবীন খুজেঙ্দ চপ্নগ খূৎনাউবীন ফন্দোক্কুন অহুম্লক্ হন্ন চিংথগনি। খূৎ য়েৎ ওয়্ অনীমক্ন অহুম্ অহুম্লক্ শাগনি। খোঙ্থাংদি তরুক্লক্ থাংগনি।



**২৮। খূৎনম্ শাব—** য়েৎকি খুবীন খূৎয়ায়গি মখোঙ্দ শোক্লগ খুদোন্মরীন ওয়্গি খূৎনম্দ নপ্নন ৩ লক্ নাম্থগনি। অতুগ ওয়্গিখূৎনস্থু মওঙ্ অসিদ য়েৎত ৩ লক্ নান্থগনি। য়েৎ ওয়্দ অহুম্ অহুম্লক্ নাম্থগনি। খোঙ্থাংস্থু ৬ লক্ থাংগনি।



**২৯। খুবাক্ শাব—** খূৎপীল খূৎয়ায়গি তাং ময়ায় শোক্লগ খূৎ মতোন্ন খুজেঙ্ লোম্দগি খূৎতোল্লোম্দ অহুম্লক নান্থগনি। অস্তুমন্ য়েৎ ওয়্ অনীমক্ তৌগনি। খোঙ্থাং ৬ লক্ থাংগনি।



৩০। **খুৎপী খুৎনাও শাব**---ভয়্গি খুৎন নাঙ্কন্দ খ্বাঙ্-মপাদ উপ্লপ্ন থম্নগ খুৎ য়েৎন খুবীগ খুদোন্বীগ নপ্-লপ্ন খুদোন্বীগি মপাদ হনথন চিংথগনি। খুৎপীন খুৎয়ায়্গি তাং



অরোইবদ শোক্লগ খুৎয়ায়্গি মপাদ চিংথগনি, খুৎপীন খুৎনিং-খোগি অরোইব তাং শোক্লগ খুৎনিংখোগি মপাদ চিংথগনি। খুৎনাউবীগি অরোইব তাংদ খুবীন শোক্লগ খুৎনাউবীগি মপাদ চিংথগনি। অসুমন য়েংকি খুৎন উপ্লপ্ থম্নগ ভয়্গি খুৎন শাগনি। খোঙ্থাং তরারক্ থাংগনি।

৩১। **খুজিল্ শাব**—খুৎপী খুৎনাউ শাবগি খুৎথেক্ন



খুদোন্গি অরোইবদ কোইরপ্ কোইরপ্ন লৈথৎকনি। খোঙ্-থাঙ্সু মান্নন থাংগনি।

৩২। **খুৎপাক মরী হাপ্প**—খুৎপীন খুৎয়ায়্গি অরোইব তাংদ শোক্লগ খুৎনা লোংন থম্নগ খুজেঙ্দগি হোন খুদোল্

লোমদ অনীরক চিংগনি। অরোংব থুং অতুগি থংগী থংদোনবী ফনদোক্লগ থংচেক্লোমদগি অনীরক চিংথগনি। মথংদ খুংগী খুদোনবী তিংথোক্লগ খুদোনবী খুংয়ায় ফাক্লগ খুংচা অতৈন নপ্পরগ মরক্ অতুদগী খুংচেক্লোম্দ অমুক চিংথগনি। অসুম্ন য়েংন ওয়দ হানন তৌরগ য়েং-ওয় অনীদ ময়ি হাপকনি।

৩৩। থদোনগি ময়ি (চক্র) হাপ্প—থংগী থংনাউ শাবগি থংথেক্ন থদোন্ পুম্নমক্কি মতোনদ অমুক্ অমুক্ উপ্প লৈগনি। মাসি য়েং-ওয়গী অনীমক্ তৌগনি। থং ওয়দ হানন তৌগনি। খোঙথাং তরারক্ থাংগনি।

৩৪। য়াঙ শাবা—থুং অনীন তুংদ খ্বাংগি মপাদ থদোল্ ১০ মক্ শোক্লরগ থনম্ অনীমক্ থেংনন খুদোনন মথক্ক ওনথংকনি। খোঙথাংদি অহুমলক্ থাংগনি।

৩৫। থবাক্ মিহুন্কম্ শাব— খুং অনীমক্ন থবাক্ মিহুনকম্দ থম্গনি খোঙথাং ৩ থাংগনি।

৩৬। থবাক্ শাব— খুং য়েংন মথক্ থংলগ খুং অনী কারল্ কারন্নন থবাক্ত উপ্প নমগনি। খোঙথাং ৩ লক্নি।

৩৭। ঙানফম্ শাব— ওয়গি খুংন নাকন্দ থাদরম্বদগি হাইগংলক্পগ খুং য়েংক্কি খুংয়ায় খুংনিংথৌ অনীন ঙানফম্দ শোক্কনি। অতুগ য়েংকি খুজেংদ ওয়গি খুংয়ায়ন শোক্কনি। খোঙ-থাং ৩ থাংগনি।

৩৮। থজিল শাব— খুং অনীন খুংনম্ খুংনম্ ওম্শিন্নদুন: খুদোন্ শোক্লন থজিন্দ শোক্কনি। খোঙথাং অহুমলক্ থাংগনি।

৩৯। **লকা শাব—** থূবী মতোল্ অনীন উপ্ন লকা মপাদ শোক্লরগ থূংচা অতৈন উপ্ন কোল্লপ্ তৌগনি। মতম্ অসিদ খোঙ্-থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৪০। **চনিং য়াকম্ শাব—** ওয়্গি থূংন লোংন তিংখোক্লগ য়েংকী থূংন মথক্ত উপ্ন তিংখোক্তূন কূপ্লগ চনিঙ্ মপাদ থম্গনি। খোঙ্থাংদি ৩ লক্ থাংগনি।

৪১। **থ্বাঙ্ শাব—** থূবী থূদোন্বীন ফাক্ন, থূংচা অতৈন তিংলগ থূং অনীমক্ থ্বাঙগি নাকন্দ শোক্কনি। খোঙথাংদি অহুম্ লক্ থাংগনি।

৪২। **নিঙ্জোল শাব—** থূং অনীমক্ন কোল্লপ্ তৌন তুংদ থূনম্ন নিঙ্জোল্ শোক্কনি।

৪৩। **লৈনুং খোঙ্লোন্ শাব—** থূং অনীমক্কি থূবী থূদোন্বী অনীন মতোল্ মতোল্ শোক্লরগ ময়ায়্ অহোবন তুংলোম্দ খোঙ্ মপাদ থম্গনি। খোঙ্থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৪৪। **মীপোক্ লম্বী শাব—** থূবাক্ অনীমক্ থেংনরগ য়েংকি থূংপী হাইগংলগ ওয়্গি থূংপীন য়েংকি থূংপী মরুদ নম্ন কোন্শিনহুন মতোল্ লোংলগ থূদোল্ পূন্নমক্তি মতোন্ মতোন্ থেংন-হন্গনি। থ্বাঙ্ মথাদ খোঙ্ অনীগি মরক মপাদ থম্গনি। খোঙ্-থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৪৫। **কময়া শাব—** থূং অনীমক্ থূদোন্ থূদোন্ ওন্-শিন্নদূন্ কময়াদ শোক্কনি। খোঙ্থাংদি অহুম্লক্ থাংগনি।

৪৬। **কৈগল্ শাব—** থূং অনীমক্ মতোল্ মতোল্ শম্নরগ

থ্ংচা, অতৈন লেঙ্ন লেঙ্ন য়েংওয় অনীমক্কী ফৈগনদ ইস্থগনি। খোঙ্থাং ৩ লক্ থাংগনি।

৪৭। **ফৈরু শাব**—থ্বাক্ অনীন ফৈরু মপাদ উপ্প থম্গনি। খোঙ্থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৪৮। **ফৈবোম্ শাব**—থ্ংপী ফনদোক্লগ থ্ংচা অতৈন তিংলগ উপ্প লয়ন্ লয়ন্ ইস্থগনি। খোঙ্থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৪৯। **থুকুউ শাব**—থ্ংপী থ্নাউবী অনীন কাঙ্লগ থৃংচা অহুম্ন থুকুউ মপাদ লৈরপ্ লৈরপ্ তৌন শাগনি। খোঙ্থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৫০। **থ্রাই শাব**—থৃং উপ্প থৃংচা মডামক্ তিংন থুকুউ-দগী থুরাই মপাদ অহুম্ অহুম্লক্ ইস্থগনি। য়েংকি শাবদ য়েংন মাঙ্থারগ থ্ংয়েংন অতুগ ওয় শাবদ ওয়ন মাঙ্থারগ থৃং ওয়ন শাগনি। খোঙ্থাং তরুক্লক্ থাংগনি।

৫১। **থ্বোম্ শাব**—থ্বী থ্দোন্বী হাইগংলগ থ্ংচা অহুম্ন থৃবোম্দ অহুম্লক্ নাস্থগনি। খোঙ্ ফৈরপ্ ফৈরপ্ থাংলগ য়েংকি খোঙ্দ ওয়্গি থ্ংন, ওয়্গি খোঙ্দ য়েংকি থ্ংন শাগনি। খোঙ্থাং অনীদ শাগনি।

৫২। **থ্জেং শাব**-থ্বী ফনদোক্লগ থ্ংচা মরিন তিংলগ থুজেংগি মপাদ থ্ং লৈরপ্ লৈরপ্ন হকচাং থরা নোস্থরগ শাগনি। খোঙ্থাং ৩ নি।

৫৩। **থুমিং শাব**—থ্বী থ্দোন্বী অনী মতোল্ শোক্লন থ্মিং মপাদ লৈরপ্ শাগনি। য়েংকি থ্ংন ওয়্গি

অতুগ ওয়্গি থ্বৎন য়েৎকি থ্মিৎ শাগনি। শাব মতম্দ মাঙ্লোম্দ খোঙ্ থাংদোক্কনি। অহুম অহুমক্ শাগনি। খোঙ্থাং ৬ লক্ থাংগনি।

৫৪। **খুনিঙ্ শাব**—ওয়্গি খোঙ্ন মাঙ্ থারগ য়েৎকি থ্বীন খুৎনাউবীগি মখোঙ্দ শোক্লগ উপ্লপ্প খোঙ্গি থ্নিঙ্ মপাদ লৈরপ্ লৈরপ্ শাগনি। য়েৎকি থ্নিঙ্সু ওয়্গি থ্ৎন অসুমন্ শাগনি। খোঙ্সু লৈরপ্ন থাংদোক্কনি। খোঙ্থাংদি ৬ লক থাংগনি।

৫৫। **খোঙ্নম্ শাব**—থ্বী কোনশিল্লগ থ্দোল্ মরিন তিংন খুদোল্লোম্দ ফৈন হাইগনি। খোঙ্থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৫৬। **খোঙ্পাক্ শাব**— খুবাক্ লোংন খুৎচা পুম্নমক্ তিংন খুদোন্দগি খুনিঙ্লোম্দ চিংথৎকনি। খোঙ্থাং অহুম্লক্ থাংগনি।

৫৭ **খুদোন্ শাব**— খুৎপীন খুৎয়ায়্গি মতোন্ শম্নরগ খোঙবীগি মপাদগি কোল্লপ্ন খুৎ উপ্প নাকল্লোম্দ লৈথোক্কনি অসুম্ন খোঙ্ য়েৎন মাঙ্ থাবদ খুৎ ওয়্ন, অতুগ খোঙ্ ওয়্ন মাঙ থাবদ খুৎ য়েৎন তৌগনি। খোঙ্থাংদি অরুক্লক্ থাংগনি।

৫৮। **খোঙ্শা শাব**— খুৎশা শাবগি খুৎথেক্ন খোঙ্ শাসু শাগনি। খোঙ্থাং ৬ লক্ থাংগনি।

৫৯। **থ্জিল শাব**— থ্ৎশাবগি থ্ৎথেক্ন খোঙ্দোনা লৈরপ্ লৈরপ্ শাগনি। খোঙ্থাং ৬ লক্নি।

৬০। **খোঙ্শা মতোন্গি ময়্ হাপ্প**— মথককি থ্ৎথেব অসিন্ থ্জিল্ শাবগুম্ শাগনি। খোঙ্থাং অরুক লক্ থাংগনি।

**৬১। থৱা থম্বাল্—** খুবীন থৱায়গি তাং অরোইবদ শোক্লরগ খোঙ্য়াদ লৈরপ্ লৈরপ্ন শাগনি। য়েংকি থুংনা ওয়্নগি খোঙ্দ, অতুগ ওয়্গি খুংনা য়েংকি খোঙ্দ শাগনি। খোঙ্থাং ৩ লক্ থাংগনি।

**৬২। হকচাং লাংবুম্ব—** য়েংকি খুংনা মথক্ থংলগ খুৎ অনীমক্ল থবাক্ত কোন্শিন্দুন খুদোন্ন পাম্বোম্ মরুদ শোক্কনি। খোঙ-থাং ৩ লক্ থাংগনি।

মতাং অসিদ হকচাং শাব লোইরে। লোইদাম্ থাবুম্ ১০ নি, মুমিৎ শিঙ্বুম্ ৩০০ নি শুরে। অচাং কুম্ থা শুরে। তাইবঙ পান্বদ কাওগে হায়্রক্লে।

**৬৩। অতিয়া শিদবদ থবায় নিব—** হকচাংদগি কাপ্ অমরোম্ লাপ্ন থয়োম্ জগোই শাহুন য়াগনি, খোঙ্থাং হোংদে।

**৬৪। থবায় হাপ্প—** খোয়্দও মপাদ খুৎ অনীমক্ ওয়্ন মখা থংলগ কাওপ্পন খুৎ অমগি খুদোন্গ খুৎ অমগি খুবাক্ মরুগ থেংনন থম্গনি। খোঙ্থাংস্ত হান্নগি হোংদে।

মতাং অসিদ লাইবৌ খুৎথেক্ ৬৪ লোইরে। মাসিবু লাইবৌ খুৎথেক্ ৬৪ কৌই।

হকচাং শাব, থবায় হাপ্প লোইরবদ মাইবীন্ "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা," ময়ামন্ "হাউ" হায়্ন খুম্লবদ "হৌজিকতি থবাই ইহুন্ তম্ব (থবায় হাপ্প) লোইরে। কুম্শিঙ্ থাশিঙ্ ওরক্-লে। তাইবঙ্পান্বদ ফাওগে হায়্রক্লে। রাংগোন্শঙ্ শারো।" ময়াম্ন "শারে" হায়্ন খুম্লগনি। (লৈশী জগোই শাগনি)

মাইবী —ঙ্গাংগোল্ শঙ্ চঙ্লে।

ময়াম— চঙ্লে।

মাইবী—চাউওল্ নাঙ ওল্লকলে। সনালিকক্ পুশিল্লো।

ময়াম— পুশিললে, পুশিল্লে। (লৈশী-জগোই শাগনি)।

মাইবা মাযোরুবী চঙ্লো।

ময়াম— চঙ্লে, চঙ্লে।

মাইবী —লাইজ তবঙ্ ঈ হঙবে। ঈশিং যাবা তাবে।

ময়াম— (লৈশী-জগোই শান শান) তাবে, তাবে।

মাইবী - নাউরা ল্থোংলে। মকোক্ উবে। (মত, অসিদ ভুংগি ফিবাল্ থুং অনীন পায়্বগি মওঙ্ উহন্গনি। অতুগ থুবাক্ অনীন নিঙ্জোল্ পায়্গনি)।

মাইবী—হো অঙাং পোকলে।

ময়াম্— পোক্লে।

মতাং অসিদ মাইবান "খায়বী ককলে হায়্রন মথৃং য়েংন ঙ্গাকথৌ পায়্বগি মওঙ্ উৎলগ মথং ওয়ন খোয়রী পায়বগি মওঙ্ উৎকনি। মাসিগি মথংদ মাইবীন "ঙ্গাংথ্দেং পুশিল্লো" হায়্গনি। ময়াম্ন লৈশী-জগোই শান শান "পুশিল্লে, পুশিল্লে, হায়্গনি।

মাইবী—ঈশিং হৈবো।

ময়াম — হৈবে, হৈবে।

মাইবী—অঙাং ঈরুজবসে।

ময়াম— লুবসে, লুবসে।

মতাং অসিদ খুবাক্ অনী শম্নরগ লেংজুম্ মপাদ ঈশিং চাইথং-পগি মওঙ্দ জগোই শাগনি।

**মাইবী**— অঙাং মচুম্ তৈথোক্লসে।

**ময়াম্**— হো তৈথোক্লসে।

খুৎ নাম নাম্মন য়েৎ ওয়্গি লেংবান্দ, ওয়্ন য়েৎকি লেংবান্দ হাইন হাইন তৈথোক্পগি মওঙ্গুম্ন তৌগনি।

**মাইবী**— অঙাং ফি কোন্শিল্লো।

**ময়াম্**— হো কোন্শিল্লে।

থবাক্ মপাদ খুবাক্ অনিন অঙাং পম্বগি মওঙ্দ লৈগনি।

**মাইবী**— পন্থৌ মপাবু নাকোঙ্ থোঙ্লেল্ অনীমক্ত মিংথৈ পীহল্লো।

**ময়াম্**— হো মিংলেল্ পীরে।

**মাইবী**— অঙাংবু খোম্লাং মায়োক্লরসে।

**ময়াম্**— হো খোম্লাং ঈনৌ হুল্লে।

( অঙাং পম্তুন খোম্ পীথক্পগি মওং তৌগনি )।

**মাইবী**— অঙাং অসি নোংম নোংমগি চাউরক্লে। মখুৎ মশা হাইরক্লে। ( পাম্বোম্ অনী হাইদোক্কনি )

**ময়াম্**— হাইদোক্লে, হাইদোক্লে।

**মাইবী**— অঙাংবু চোংগনি। লাইরোল- সোরারেন্গি মপারি থবিন কারিদৈ কাহোরো, নুমিৎন রাংলিদৈ রাংহোরো তিং তিং চাউরো" অসি হায়্ন খুৎ অনীমক্ লেংবান্ মপা য়োন মাঙলোম্দ থাংগৎলগ খুৎপী অনী ফন্দোক্লগ খুদোল্ তিংন ইনথৎ ইনথা তৌদুন অঙাং চোং-বগি মওঙ উৎকনি। ( লাইয়িংথৌগিনি )

**ময়াম্**— সোরারেনগি মমোমলোয় থবিন কাবিড কাহোবো, ঙুমিংনা রা লিটেং রাংতোরে, তিং তিং চাউরে। (লাইরেম্মগিনি)

অসি খুমহন অডাং চোংবগি মতৌ ওৌগনি।

**মাইবী**— লাউরা লেপতম ফারে। পাগি শারেপ ফারকলে। পুগি পুরেপ তালনলকলে। চউরে, শাংলে। নোংমাইতেংনা য়ুমগা লৌগা হায়রে। চইব কি শেংনিঙ্লকলে।

**ময়াম্**— তো শেংলসে, শেংলসে।

(অসি হায়রবগ খাউদ কি শেংপ শুম ওগনি।)

**মাইবী**— কৈরা য়েন য়া য়া চংলসে। হা য়া য়া হে য়া।

**ময়াম্** – হে য়া য়া-য়ায়।

মাসি খাউ অনীমক কৈন কৈন খাউকম অনী অনীরক চোংহন লাউগনি। অসিগি মতুংদ মাইবীন জগোই লডবগ য়ুম শাবগি জগোই শানগনি।

লাইবৌ খুংথেক হায়রব অসি অডাং পোকপদগি চাউব ফাওবদ জগোই ও ন মথং মন ও কায়দন লাইবৌ খুংথেক ৩৬৪ শুক। মাসিদ ও ইবাং, চকপ, ককচিঙ নচিং অকোয়বদ লৈব খুনগি খুংথেক কবা অমা য়াওদ্রে। মথক্ত হায়রিব অসিদি কংলৈতাগিনি। মাহু পুম্নমক ইগদবদ লাইরিক চাউব কিবদগি ইজদ্রে।

---

## য়ুমশারোন খুংথেক।

মতাং অসিদ য়ুমকাম য়ুংদ পারি, থাবু, লাংশঙ, হুনব, য়ুমকম থোনবদগি হৌন য়ুম শাহুন লাইদ কংপ ফাওব জগোই ওইন শাবনু

যম্শাবোল থুংথেক্ কৌই। পক্লিজন নিঙব, চিন্দ হায়্ব পোংশক পু থুংন শাক্লুন তাক্পবু থুংথেক্ কৌই। মতাং অসিস্থ খোংদি খোঙ্থাং কায়্দন থাংগনি। পেনা খোংগনি, পুঙ্ যৈগনি। মাসিগী মাইবীন লাউক্লুন তাক্প, ময়াম্ন জগোই শান শান অতম্ম থমগনি।

**মাইবী**— হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা।

**ময়াম্**— হাউ।

**মাইবী**— নবংগোগি সন শংগাই শা বসে।

**ময়াম্**— ও শাবসে।

**মাইবী**--- তৌজিক্ত্রি সনা শংগাই শানব মম্ফম অফব য়ুংলসি। পবিং লাংশঙ্ক ক্লললসি।

**ময়াম্**--- ক্লললসি।

থুং অনীমক্ন খ্বাঙ্গি মপাদ কাবন্ কাবন য়েং ওয়্গি থুদোনন হাইদোক্লগ মপা চমন মঙ্লোমদ হুনগনি। মাসিন পবিং থাবনে। পুং ওয ন চুক্ পায়্বগ য়েংন থেঙ্গ পাম বগি মঙ্ উংকনি।

**মাইবী**-- ক্লমিং শ অফব য়ংক্লন মম্ফম্ থাললসি।

**ময়াম্**--- হ থাললসি।

১। মাইবীন মথুংন য়াং পায়ক্লন লৈপাক্ তঙবগি মঙ্ উংকনি। য়েংকি থুংন মাঙ্থাগনি। থাঙ্থাং থুদিঙগি মাঙ্লোমদ থাগংপ থাদবগি মঙ্ উংকনি। মাসিবু লৈতঙ জগোই কৌই।

য়েংথংব হক্চাংগি নাকন্দগি লৈপাক্ লঙবগি মঙদ থুংচা পুন্নমক্ মচা তান কোললপ পুবগ ওয়্বোম্দ লৈপাক্ হুনবগি মঙ্দ থুংচা তিংন থাববু লৈহুন জগোই কৌই। মাপুমন মম্ফম খোনগনি।

**মাইবী** — হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা লৈয়ৈ খূত্ত পায়্-দূন মালেম্ লৈমায়্ তেম্তুন লৈয়ৈ থারসি ।

**ময়াম্** — থারসি ।

২ । অসি হায়্রগ মাইবীন চিংতুন খূৎ য়েৎন মাঙ্ থারগ ওয়্ন মন্থুং চন্ন খূৎচা পূন্নমক্ কোন্শিন্দূন মাঙ্লোম্দ থাংগৎলগ থাদগনি ।মাসিবু লৈতেম্ ( লৈমায়্ ) জগোই কৌই ।

**মাইবী**— হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা ।

**ময়াম্**— হাউ ।

**মাইবী**— শঙ্গাই শানব লাংশঙ্ হুল্লসি ।

**ময়াম্**— হুল্লসি ।

৩ । অহুদগি খূৎ অনীমক্ য়েৎন মাঙ্ থাতুন খূদোন্ তিংন তিংন কা য়াংপগি মওঙ্দ জগোই শাগনি ।

**মাইবী**— হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা !

**ময়াম্**— হাউ ।

**মাইবী**— পরিং হুল্লসে ।

**ময়াম্**— হুল্লসে ।

৪ । মাসিগি মতুংদ খূৎ অনীমক্ খ্বাঙ্ মপাদ মাঙ্লোম্দ হঙ্গৎ-হন্দা কারল্ কারল্ হাইগনি । মাসিন পরিং থাবগি জগোইনি ।

**মাইবী**— হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি মনাইশা ।

**ময়াম্**— হাউ ।

**মাইবী**— পরিং কোনশিল্লসে ।

**ময়াম্**— কোন্শিল্লসে ।

৫। খূৎ য়েংন খূজেং লৈরপ্‌ন খূবী খূদোন্‌বী নপ্পরগ খূৎচা ও ফন্‌দোক্‌লগ খূৎচা অতৈন তিংলগ খনিঙ্‌দগি খূদোন্‌ ফাওবদ য়েংকি খূৎন হঙ্গৎ হন্দা তৌগনি। পরিং কোনবগি জগোইনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা!

**ময়াম**—হাউ।

**মাইবী**—চুপ্‌ য়ুংলসে।

**ময়াম**—য়ুংলসে।

৬। ওয়্‌গি খূৎচা পূম্নমক কোন্‌শিল্‌লগ য়েংকি খূৎসু খূৎচা পূম্নমক কোন্‌শিনদূন ওয়্‌গি খূৎতুম মথক্ত থাংগৎপ অমসুং থাদব অসি ও লক তৌগনি।

**মাইবী**—হো লাইনিংথৌ লাইরেম্ম মমাইশা।

**ময়াম**—হাউ।

**মাইবী**--উহৌ উরেপ্‌ য়ুংলসে। লাইয়িংথৌগি শঙ্‌গাই শারসি।

**ময়াম**—য়ুংলসে, য়ুংলসে।

৭। খূৎ য়েংন মথক্‌ থংন খূবী খূদোনবী মতোল্‌ শোক্লরগ খূৎচা অতৈ কোললপ্‌ তৌগনি। অতুগ ওয়্‌গি খূৎসু খূৎথেক্‌ অসিদ য়েংকি খূৎ মথাদ থম্লগ হঙ্গৎ-হন্দা অহুম্‌লক লৈপাক্‌লোমদ থাগনি। অতুগ য়েংকি খুদোম্‌বী থিনগৎলগ খূৎচা পূম্নমক্‌ কোন্‌শিনগনি। খূদোম্‌বীন মথক্‌লোম্‌দ থিন্‌গৎকনি। থোঙ্‌কাপ মান্নগনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা!

**ময়াম**—হাউ।

**মাইবী**—উহৌ উরেপ্‌কি মপা হাপ্পসে।

**ময়াম**—হাপ্পসে।

৮। ওয়গি থূৎচা মরি কোন্‌শিল্লগ থূদোন্‌বী তিংথৎতূন মথক্‌লোম্‌দ ওনথৎকনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাগি মনাইশা!

**ময়াম্**—হাউ।

**মাইবী**—খাঙেল্ হাপ্লসে। ময়াম—হাপ্লসে।

৯। থূৎ অনী মক্‌কি থূৎয়ায়্ নত্তব থূৎচা পুন্নমক্ কোন্‌শিল্লগ নাতোন্ মপাদ থূবাক্ অমবোম্ লাপ্ল থূৎয়ায় অনীগি মতোল অনি থেংনহনগনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা!

**ময়াম্**—হাউ।

**মাইবী**—য়ূম্বীরেল্ ৬ হাপ্লসে। লোয়্স্ত হাপ্লসে।

**ময়াম**—হাপ্লসে।

১০। থূৎবী থূৎনাউবী অনী কোনশিললগ থূৎয়ায়্, থূৎনিংথৌ থূদোন্‌বীন য়ংথৎতূন থূৎ অনীমক্‌ন থূদোনন মথক্ত ওনথৎতূন মাঙ্ লোমদ কাপ্ অমবোম্ লাপ্‌ন লেংবান মপাদ থমগনি। থোঙ্-থাংদি কায়্রোই।

অসিগি মথংদ থূৎচা ১০ মক্ তিংথেক্‌তূন থোঙ্‌থাং কায়্দন চংকনি।

মাসিগি মথংদ মাইবীন লাউরগ ময়ামন থূনতূন ফক্লাং থারগনি।

১১। থূবাক্ অনীমক্ চপ্ তিংন অমগ অমগ শম্নদনা মমায়্ ওন্‌শিন্নদূন থূদোনন থক্ত ওন্‌থৎন থম্‌গনি।

মথংদ থাঙ্‌ডবু হাপ্‌কনি। মাসিন্থু মাইবীন লাউগনি।

১২। থূং অনীমক্ লেংজুম্ মপা মপাদ মাঙ্‌লোম্‌দ নাইতোম্ নাইতোম্ তিংথোক্কনি। মাইবীন উাউহুন হুম্‌দাং য়াল্‌লসে হায়্‌রগ ময়াম্‌ন খূম্‌হুন হুম্‌দাং খূংথেক্ শাগনি।

১৩। থূং অনীমক্ থদাঙ্ মপাদ উপ্পগ খূদোল্ খূদোল্ থেংনগনি। খূৎপাক্ মরুদি থেংনরোই মাইবীন উরা থারসি' লাউবদ ময়াম্‌ন 'হো থারসে, থারসে' খূম্‌গনি।

১৪। থূং অনীমক্ থবাক্ মপাদ উপ্প খূদোন্ ওন্থোক্‌কনি। খূংপী অনী নরুগনি। থূংপী অনীন য়াংথংল্গ থূংচেপ্ লোমদ নেম্‌থগনি। থূংচা পুন্নমক অমগ অমগ নপ্পহল্‌লোই।

মাইবীন কোবদ ময়াম্‌ন খুম্‌লগ উরা থাব লোইরে। ই কূপ্পসে হায়্‌ন হায়্‌নরগ কূপ্‌কনি।

১৫। ওয়্‌গি থূং মথক্ত য়েংকি থূংন নম্‌হুন মাঙ্‌লোম্‌দ মতোল্ তাহনহুন ই কূপ্প মানন্ ওয়্‌ন মতোল্ থর হেল্‌হনগনি।

মাইবীন শাই ককপগি য়া লাউগনি ময়াম্‌ন খুম্‌গনি।

১৬। থূং য়েংন থদাঙ্ মপাদ থূংচা পূন্নমক্ কোন্‌শিন্নগ হকচাংদগি কাপ্ অমরোম্ লাপ্‌ন মাঙ্‌দ উপ্প থম্‌লগ থূং ওয়্‌ন থূং য়েংকি মথাদ থূবাক্ অমরোম্ লাপ্পন থূংচা পূন্নমক্ কোন্‌শিন্‌ন থূবীন নম্‌হুন থম্‌গনি।

মথংদ চিরোঙ্ ( চিরোং লাইয়েঙ্ ) হাপ্পব তৌগনি।

১৭। থূং য়েং ওয়্ অনীমক্ থূংবাক্‌তিংন লাইবক্ মপাদ য়েংকি থূংন মাঙ্ থান থূজেং অনী থেংনরগ কারল্ চন্‌গনি। মিংকি মপাদ তৌগনি।

মথংদ মাইবীন ব্রাই তৈবগি ব্রা হায়্গনি। ময়াম্ন খুমগনি।

১৮। খূবাক্ অনীমক্ মাঙ্লোম্দ ওন্তোক্তূন খূদোন্ন মথক্লোম্দ ওন্থৎলগ খ্বাক্ অনীমক্ থা মচেৎ শান শম্নহল্লগ অরাও অথ্ মান্নন য়েৎ ওয়্দ হঙ্গৎ-হন্দা হাইগনি

**মাইবীন**—লৈমায়্ ব্রাই তৈরসে

**ময়াম্**—তৈরসে।

১৯। খ্বাক্ তিংন্ মাঙ্লোম্দ য়েৎকি খূৎন মাঙ্ থান খ্বাঙ্ মপাদ ফৈন ফৈন হাইগনি।

য়ুম্ শাব লোইরবদ মাইবীন চিরেল্ লাইয়েঙ্ শাদুন মখূৎ অনী মিৎকি মপাদ ওয়্গি খূদাংবু য়েৎকি খূদাংন ননদুন ক'রল্ চল্লগ খুদোল্ অনী হাইদোক্তূন হক্চাংদগি কাপ্ অমরোম্ লাপ্ল থম্লগ "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি মনাইশা, চিরেল্ লাইরঙ্ হাপ্লসে" হায়্ন লাউদুন পেনা শক্পগ লোয়্নন পরেংদগি থোরক্তূন লাইমাঙ্লোম্দ খোঙ্থাং কায়্দন চঙ্শিল্লগ খূৎ লোন্নদুন লাইদ খুরুমদুন শঙ্ কৎকনি। মতুংদ লাইবোলা থারিব অদুদ খূরক্ লৈ লাংথৈ অদু হাপ্কনি। পেনা খোংবস্তু মাইবীন খুরুমদুন লোই-শিন্বদ লোইশিন্গনি। ময়াম্দি মাইবী পেনা খোংবন চঙ্শিন্থিবগ জগোই থাগনি। মাসিদ য়ুম্ শাব লোইরে।

## পানথোইবী জগোই।

নোংপোক্ পানথোইবী অনী পাউশানদুন ইশৈগ লোয়ননা শাব জগোই অদুব পানথোইবী জগোই কৌই। লাই হরাউবগি লাইরিক্ত পানথোইবী জগোইগি মথল্ য়াম্ন ইরি। অদুবু লাই হরাউবদ মরু ওইনা চংনরিব অসিত ইজরে।

**জগোই ঃ—** খোঙ নাম নামন খোঙথাঙ অনীরক্ থাংলগ মতুং থংব খোঙ্গন তুংদ কারল্ চনহুন লেপ্কনি। ওয়ন খোঙ য়েত্ত কারল্ চনব মতম্দ ওয়গি লেংজুম্ মপাদ, ৱাংতক্ন ওয়গি খুদোল্ তাহনগনি। য়েংকি খুংন থবাক্ মপাদ খর নেম্ন খুবাক্ অনীমক্ন মপান্দ ওনথোক্ন থমগনি। মিৎন ৱাংথৎলিব খুৎকি মতোল্ য়েংগনি।

অসুম্ তোন নাকুয়েং অনীমক্ত ওন্ন ওন্ন তপ্ন শাগনি। জগোই শাব মতম্দ মাঙলোম্দ খর খর চংখুংকনি। মাসি শুমাঙ অদু অমুক্ কোয়ব থুংন চংকনি। শুমাঙগি চিথেক্ মরিদ জগোই অতৈন পূম্লে লৈব অদু লৈরোই। পুঙ য়ৈরোই, পেনাত খোংগনি।

অহানবদ মাইবীন লাইদ শঙ কংপ লোইরবদ ময়াম্বু কৌরগ জগোই শানব লাউগনি।

**মাইবী—** হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্ম মনাইশা।

**ময়াম—** হাউ।

**মাইবী—** ঈবুংঙোগি সনা শঙগাই শাব অসি লোইরে। অহুন হৌজিক্তি শঙগাইসু কংলুরবনিন খুঞ্জাউনব লৈচাউনব ঈবুংঙো ঈবেম্ম অনীমক্ পাচুননব পানথোইবী জগোই শারসে।

**ময়াম—** শারসে।

অমুমন লাউরগ মাইবীগ পেনা খোংবগ ঈশৈ অরায় অখুম্ শকনহুন জগোই শাগনি। মাসিবু নোংপোক্ পান্থোইবীগি ঈশৈ কৌই।

( অহানব জগোই শাব হৌবদ শকপ ঈশৈ )

**লাইমাঙদ** – আ······নুমিদাংরাইগিন মতম্দ আঃ

নুমিৎন চিঙয়ান থাংলক্লে এ।
চিঙগিন মৈন তম্য়া থেং।
তম্গিন মৈনবু থোঙমৈনেম্।
চিঙগিন পামেন্ন নিঙথিবি হৈ।
তম্গিন পামেন্ন নাপুঙবী।
শাবিন মাঙ্গান পাম্মুব আঃ
থংলেন্গি চেংলোন উবরা?
মাঙ্গাগি কায়দোংফমবু তাক্পিয়ুদা।

**থাংজিঙদ**—আ—হা—কেগেনিদিন কসারেল্।

মোইরাংগি লাংবুম্ন অরিব আঃ।
মোইরাংগি থাংজিঙন কোইরেল্ লাই।
লোক্তাক্ন ঈশা মাপনন্
চেংলৌ শক্য়েংনব, লাইয়িংথৌ।
ঈশাবি মাঙ্গা পাম্মুবা,
নোংপোক্ন মালংন হুম্মোইবা।
কাওরেনন্ শনবোই থিববু।
কেগেন মায়গৈদ পাংলক্পরা?

রাংব্রেনদ — আ-হা খানবু চাউবন রাংবুরেল্।
লম্লেনন্ শুগ্ন্ন ঈরাইতা আঃ।
থম্নুংন শরান য়াংদোরম্।
থোংনাং মোংবিন চিঙ্নুংস্থং।
লাইজ ঈথোঙ্ন লোল্লিব।
লেম্লৈ ঙাথোঙ্ থিংলিবা।
ঙাচিক্ন কোন্শুম্ন কোন্থাব।
ঙারেন্ন কোন্বু কোল্লিংব।
পাম্মগি লম্দম্বু তাক্পিয়।

নোংপোক্ — আ-হা নোংপোক্ মালংন হুম্মোইব,
হাওরৈ নোংপোক্ন পাংবদ,
কাওরেল্ শন্বোই থিবগুম্,
চরৈন মচু নাইববু শেঙ্ন,
কোয়েৎ তোলোক্ন নাইহুন,
কাঙ্হুন লেংদ থোংহুন,
ময়ুম্নবু শেল্লোয় ভুং ওইন,
য়াংদোনবু থোঙ্দোয়্ন হুল্লকলে।
ঈকাইনবু চরৈন লম্থুম্নৌ।

ঈশৈ অসি শক্প লোইরবস্থু জগোই থুংথেক্ অদ্ কায়্দন অতুম্ শাগনি। চিঙ্থৈ পাংব মায়্কৈদ থূং থন্হুন য়েংলগ

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্ম মনাইশা,

**ময়াম্**—হাউ।

**মাইবী**-নোংপাক্ চিঙ্ থৈ পাংবরোম্দ চরৈ চোম্ন শেত্ত্নন কাঙ্হু লেংদ থোংতুন কোয়েৎ তোলোক্ নাইন লাক্লিব অসি নবুংঙো মান্ব্রা য়েংউ। (খুৎ থন্ন থন্ন)

**মাইবী** হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি মনাইশা,

**ময়াম্**—হাউ।

**মাইবী**—নবুংঙো লেঙ্লক্লে। হৌজিক্তি ঈকাই খুম্নব ওইন চিন্বাল্ খুম্মো।

ময়াম্ন 'খুম্লে' হায়্তুন ফিজিন চিন্বাল্ খুম্গনি। (মসি নোংপোক্ অপান্ব লেঙ্লক্পগি দমক্ পান্থোইবীন ঈকাইখুম্নব উৎপনি)।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা।

**ময়াম্**---হাউ।

**মাইবী**—নবুংঙো লেঙ্লক্পগি হুমাই থৌগল্ তোরো।

ময়াম্ন 'তোরে' হায়্ন খুম্লগ য়েংকি খুৎন ফিজি পায়্তুন হুমাই হুম্গনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্ম মনাইশা,

**ময়াম্**—হাউ।

**মাইবী**—নোংপোক্ চাক্মিংশেল চেংলৌ শক্য়েং পান্বু শম্ মাঙ্দ থারো।

ময়াম্ন 'থারে' হায়্রগ খুৎ ওয়্ন মাঙ্দ তিংথোক্ত্নন খুদোন্ন মথক্লোম্দ ওন্থৎলগ খুবাক্ত য়েংগনি।

**মাইবী**—খুগা শম্জেং তোনান্বী হাংলা।

**ময়াম্‌**—'হো হ'ংলে হাংলে' হায়ন খুম্‌লগ ওয়্‌গি খুংন হান্‌নগুম্‌ থম্‌লগ খুং য়েংন কোক্ত শম্‌জেৎ হাংপগি মওঙ্‌ উৎকনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা,

**ময়াম্‌**—হাউ।

**মাইবী**—নবুংভোদ হয়্‌রাং লৈরাং লান্‌শিল্‌লো।

ময়াম্‌ন 'লান্‌শিল্‌লে' হায়্‌ন খুম্‌লগ খুবাক্‌ অনীমক্‌ শম্‌নহুন খুবাক্‌তিংন লোংথোক্কনি।

লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম অনীমক্‌ন নুংঙাইমিন্নব অসিব্‌ পাউশানব্‌ কৌই। পাউশানবদ পাউরৌ তৌনব মরোন্‌বু পাউশা কৌই। জগোইদি হাননগুম্‌ন অতুম্‌ শাগনি। অতুগ পাউশাম্মু হৌরগনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা,

**ময়াম্‌**—হাউ।

**মাইবী**— নপা নপা খুবাক্‌ক খুবাক্‌ক মাল্‌হৌনরো।

**ময়াম্‌ন**— 'মাল্‌হৌনরে' হায়্‌ন খুম্‌লগ মী অনী অনী মায় ওন্‌শিন্‌নরগ অমগি খুং য়েংকি খুবাক্‌ক অমগি ওয়্‌গি খুবাক্‌ক খুবাক্‌ খুবাক্‌ উৎনগনি। মাতুগি মতুংদ লৈহৌরিব খুবাক্‌ অনী অদূ অমুক্‌ উৎনগদি। মাসিগি মথংদ মাইবীন ময়াম্‌বু কৌগনি। অতুগ ময়াম্‌ন খুম্‌গনি। অতুদগি—

**মাইবী**--নপা নপা খুদোল্‌ পায়্‌নহুন (তোরেরে) য়া য়া তৌরো।

ময়াম্‌— হো য়ায়া য়ায়া য়া।

মাসি তৌরগ মী অনীন ওন্‌শিন্‌নরগ অমগি য়েংকি খুংক অমগি ওয়্‌গি খুংক পায়নরগ অনীমক্‌কি হক্‌চাং পূম্‌লৈ লৈথোক্কনি।

**মাইবী**— হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্ম মনাইশা, লেংবাল্ লেংবাল্ পায়্‌ন লৈরসে।

**ময়াম্**— 'লৈরসে' হায়্‌ন থুম্‌লগ অমগ অমগ মায়্ ওন্‌শিন্‌নদুন অনীমক্ খুৎ ওয়্‌ন অমগি য়েং থংব লেংবাল্ পায়্‌নরগ হানন-গুম্‌ন ওয়্ ওইনন হকচাং পুম্‌লৈ লৈগনি। লয়্‌ব মতম্‌দ 'হো য়ায়া য়ায়া য়া' লাউগনি।

**মাইবী**— হো লাইয়িংথৌ মনাই, লাইরেম্ম মনাইশা, নপা নপা খ্বাঙ্ খ্বাঙ্ পায়্‌নদুন য়া য়া চেল্‌লে।।

**ময়াম্‌ন**— 'হো য়ায়' য়ায়া য়া' হায়ন লাউবগ হান্‌নগুম্‌ন মায় ওন্‌শিন্‌নরগ ওয়্‌গি খুৎন অমগি য়েংকি খ্বাং্‌দ কোল্‌লগ লৈনগনি। জগোই অসিবু পাউশা জগোই কৌই।

( মাসি নীপা অমগ নুপী অমগ শান্নরমই। লাইবৌদ য়াওব মী পুম্নমক্ অস্তুম্‌ন শাননৈ। হৌজিক্তি জগোই অসি শান্নবদ য়াওদ্রে।)

মাসিগি মথংদ পাউশা ঈশৈ হৌরগনি।

অহানবদ খোঙ্ নাম্‌মন অনীরক্ অনীরক্ কাঙ্‌লগ চোংবগি মওঙ্‌দ নাম্‌মগি খোঙ্‌বীন লৈপাক্ শোক্লগ খুবাক্ অনীরক্ নল্লগ অহুম্‌লক্ খুবগি খোঙ্‌থাংদ মাঙ্‌দ খুবাক্ অনীমক্ লোংথোক্কনি। অস্তুম্‌ন য়া য়া অহুম্‌লক্ শুরগ মথাগি অসি মাইবীন লাউরগ ময়াম্‌ন খুম্‌গনি। মাসি অরাই-অখুম্‌গি মওঙ্‌নি। মতাং অসিদ মাইবীন পরেংগি ময়ায়্‌দ চঙ্‌দুন লাউগনি।

১। শনম্ থোক্‌সে মথোক্‌সে।
শনম্ হনসে মহন্‌সে।
পাথং শমৈ রাইনসে।
নূরা শম্মৈ চূনসে।
চূনরে, চূনরে।
হো য়ায়া হোয়া।

## পাউশা ঈশৈ।

২। হা পেম্মা নিঙ্খিবী, খিংখিং লওজসে।
পায়্‌ন খূদাপ্ পীনসে, নূরা তাউজিঙ্ হয়্‌রানসে।

৩। হে নহাব অপিশক্, লৈক্ মরুম্ থোইচোপ্‌প,
লৈরাই মরুম্ থোই হাইব, লৈতূম্ হুন্ন পাউশাব,
ঈপল্ পুল্‌লাং কায়্‌রেদা, শিংবিরোইবু হায়্‌বরা ?
শিংবিয়্, শিংবিয়্ মশিংবিয়্‌দা, হো য়ায়া হো য়া।

৪। পেম্মা নঙ্বু হুন্‌দেদা, লৈপাক্ শঙ্‌দ লৈবীদো,
মনম্ নোংশা য়াইবীদো, লৈতূম্ হুন্ন পাউশায়ে।
নপল্‌গি পুল্‌লাং কায়্‌বদি কুম্‌শি মপাল্ শারগ
নোংমৈ মহয়্ য়াল্‌লগ শিংবিগে, মশিংবিগেদা।

৫। হে নহাব অপিশক্
থাওরঙদগি শংডাইন, মচি কেক্রু থোন্‌দ্রিয়ে।
লল্‌হাল্ পুঙ্‌গি কাক্‌ফৈন, মনা হুমাই শাদ্রিদো।
কোক্‌ফম্‌দগি ডমুন, খোইজু ভোলোং চিন্দ্রিদো।
কোংবদগি ডাখান, পোলাং কানক্ নাক্‌ত্রিদো।

৬। ওকথ্রবী মৈকাম্ও, ঈচিল্ তুম্ই কাম্ফদে।
থেংগুও অডাংপো, ঈনম্ পোল্লি পোফদে।
আরে আরে লাইকম্বা শগোল্ তোংব কাইরম্বা।
নড্রু তোংব য়াড্দেদা। চিঙ্য়া চৎপ লাইকম্বা,
তম্য়া কোইব খোড্শাংব, হা কৈদ তাগবা,
ঈতৈম কুঙ্গা শড্বীদা তাররে তাররে দে।

৭। লওরীদ চংপী পিডাড্ ইন্বী
তাদগি মতু ঈতৈম,
ইংথোল্লু শঙ্গনল্লু নপ্পল্ রায়্শেনল্লু,
য়ারক্ হয়জাং নম্বোন্বী, হয়্জাং উম্থাবী,
শাবিন করি হয়্নোদা,
শানৌ হয়্রাড্খোয়্।

৮। য়োয়্ময়ায়্দ পোম্লগ, তাউদনবদ শংনলৈ,
থবিরেংদ হেক্লগ, শেন্গোইরেংদ চিন্নৈরৈ,
শাবি শানৌ লৈচিল্-লৈ, পারি ঈমোম্ শুক্তালৈ,
পন্থৌগি পুন্শি ঈরাল্লৈ, পলেম্গি পুন্শি ঈথোম্লৈ,
য়েংউ য়েংউ শাংলিব লৈসে, শাইগি মতেং পাংব লৈনি,
শানৌ কুসুম্লৈ।

মথক্কি ঈশৈ ৮ অসি নত্তব অতোপ্পা ঈশৈ কয়াম্থু হাপ্চিন্দুনা শক্নৈ। অদুবু লাই হরাউব লাইহরিক্ক য়াওদবন মফম্ অসিদ ইজল্লে।

# লাই হরাউব
# মরিশুব তাংকক্
## অনোয়রোল।

পেনা খোংবন অনোয়্রোল্ শক্লিংডৈদ মাইবীন লাইবৌ খুৎ-থেক্কি মরম্ ময়ামদ্ তাক্তূন শাগনি। মাসি মথক্ত হায়্খিব অদূগি মতূংদ তৌগদবনি।

হয়িংডৈদ নোয়্বদি মৈন রায়ন নোয়্য়ে। হে তাংন শমন নোয়্বদি মালেম্ মদ নোয়্য়ে। মদাইমদ নোয়্য়ে। লম্লেল্ মহৌ-চিঙ্দ নোয়্য়ে। মহৌ ফাইবোক্চিঙ্দ নোয়্য়ে। নোয়্বী নোয়্তম্ চিঙ্দ নোয়্য়ে। কোন্দে খুৎচুম্ মাইবন নোয়্য়ে। হে লাইকনচিঙ্দ নোয়্য়ে। পূয়্তিংঙা তাংকা চন্নুন নোয়্য়ে। হে শায়োন্ চিঙ্দ নোয়্য়ে। য়োয়্বু তোইবী কৌবীবু নোয়্য়ে। তোইবী তাংকা চন্নবু নোয়্য়ে। তাংকা নুবী পুয়্তিং রাক্পু নোয়্য়ে। খুয়োই ফুক্টদিং লওবী, থাবী লেংনাউ মোম্বীন মপল্ লাইবু য়ু কৌই। তাউরোয়্-নাইবু য়ু কৌই। হনব লুক্থুংদবদ হনু লুক্থেক্তবগি নহানুবী নুংদ লিল্গাম্ লাইতুবু পক্ত তাইন লাইথুংলে, তোইবী তাংকা চন্নু কোরও নোংজং লেংবীন থাবী মথিবু নাইরে। অমাই মরাঙ্বু হৌরে। হয়্-রেম্ ফুনিঙ্ শিংবীগ, থূন্জান রান্নিঙ্শিংবীন, চাম্লৌ লাপোৎ পুন লাপোৎ ৫ শুন, শিঙ্পোৎ ৫ য়াওন, হে চেন্গে চেন্শিন্-থিয়ে। হে পাংগে পাংশিন্থিয়ে। মান্বী নিংতেক্মতুগ, কোরও লংমাইহন্বীগ লৈগি মরী পায়ন নোংগি মরী থিন খিক্-মরোক্ন খিক্পদি শায়াই লাল্য়াইবু খিক্থংলে। খিক্মরোক্ন

থিক্পদি হনব হন্তুমজ্রন হে থিক্কি থিক্থরে। হনব হন্তুমক্ত পোক্-মরক্ক পোক্পদি হে পোক্কি পোক্য়ে। মহৌ মহৌ পোক্য়ে। মহৌ ফাইবোক্ চিঙ্দ থাবী লেংনাউ মোম্বীন, তোইবী তংকা চন্নুন থিং-লৌ নিঙন তেন মপল্ লাইবু য়ু কোয়্রে, লাইরেল্ লাইবু য়ু কোই। তাউরোয়্ নাইবু য়ু কোই। হনন্নু নুক্কা থুংলে। হন্নু নুক্ থেক্কবস্নু হন্নু নুক্ক তেক্লে। নহা নুবী নুংদগি লিন্গাম্ লাইকাম্ লাইহুবু হে পাক্ত তাইনা লাইকোক্লে। তুবী ডাড্য়েক্ চন্নু থাবী লেংনাউ মোম্-বীন অমাই মরাঙ্ হণ্ডন হে লৈয়োন্ চিঙ্দ কোন্দে থুংচুম্ মাইবন হে লাইকল্ চিঙ্দ নোয়্বী নোয়্তম্ চিঙ্দ য়োংমু শলম্ চিঙ্দ তংকা নুবী পুয়্তিং রাক্ন থুয়োন্ পুইদিং লণ্ডবী তোলা নোংতম্ লেংবীগ মপল্ লাইবু নোয়্য়ে। লাইরেল্ লাইগ নোয়্য়ে। তাউরোয়্ নাইগ নোয়্য়ে। থোঙ্শিং মাম্পল্ হণ্ডন নোয়্ থূং থেক্ক নোয়্বু নোয়্তম্ য়ে। নোয়্ম লাংবু নোয়্তম্য়ে। নোইনা ঙম্দম্ হৌডৈদ, শবি লৈরাং মশেনন্ নুঙক্ পাইবং মশেনন, থূবিং থূবাই মশেল্, থৈরোয়্ য়ুচেং মশেল্, হুয়্রি য়ারাইথোং চাতুগ লাইথোং লাইহিংচাদুগ শিঙ্-জঙ্ রাথায়্ য়াণ্ডন পিথেক্ পিথাঙ্ য়াণ্ডন তোইবী তংকা চন্নুগ মপল্ লাইগ নোয়্তম্য়ে। লাইরেল্ লাইগ নোয়্তম্য়ে। তুবী চাগ নোয়্-তম্য়ে। থোঙ্শিং অমরক্ত মহৌ ফাইবোক্চিঙ্দুবু হে নোয়্গি নোই-থায়্য়ে। তুবী চান নোয়্বদি চারেম্নন নোয়্বদি নোয়্চুনে সে। নোয়্চুনে সে লাইয়িংথৌঙ, তুবী চান নোয়্বদি, লাইরেম্নন নোয়্বদি চারেম্নন নোয়্ববু শাবিরেনন নোয়্তম্য়ে। শবি য়াম্ব মঙাই তোমব, নোংদা চিঙ্থল্ য়াংন লাইরেল্ লাইগ নোয়্তম্য়ে। তাউরোয়্ নাইগ

মোর তন্‌ দৈ মথংলেনুন নোয়ৈদি মরুম্‌বীন ভৈনোক্‌নৈয়ে। মরুম্বীন নোয়ৈদি মপারিন ভৈনোক্‌নৈয়ে। ঈপল্‌ পলেম্‌ ঈমা-ও, চানোইবদি নিড্‌থিয়ে, শারেল্‌ য়ান চাওইদা। হে ভৈনোংনৈয়ে। শবি চিঙ্‌দ নোয়্‌ব, ভৈনোং চিঙ্‌দ নোয়্‌বদি নোয়্‌চুনেসে। নোয়্‌চুনেসে লাইয়িং-থৌ-ও, হুয়িভৈদ নোয়্‌ববু মৈন য়াইন নোয়্‌য়ে তাংন শম্‌ন নোয়য়ে। কোরও তোনদ নোয়্‌য়ে। নোংমদোনদ নোয়্‌য়ে। খোইমোম্‌ পাক্ত নোয়্‌রে, লাইরৈপাক্ত নোয়্‌য়ে। ফুংনাং কোনদ নোয়্‌য়ে। কৌথং কোনদ নোয়্‌য়ে। খোইমোম্‌ লাইগি লৈবাক্ত কোরও তাশিনলৈদ, য়াংবল্‌ তাংদতৈদ, চিঙঙ্‌ নোংখনলেনদ কোরও ভানন নোয়্‌য়ে। নোংদোন্‌ ভানন নোয়্‌য়ে। নোংথৌরেনন নোয়্‌য়ে। সোরারেন্ন নোয়্‌য়ে। থাক্‌প নিংথৌ তেনহৈব, য়াংব নিংথৌ পানচুম্‌ব, চিঙঙ্‌ নোংথৌ য়োয়্‌-রেন্‌ব, তল্মু ফম্‌শিংপ, মালং লৌতম্‌ হুম্‌ব, লাইবক্‌ থেল্‌লাই ইন্‌ব, কোরও নোংথোয়্‌ ফম্ব, নুং য়াইবিরেল্‌ শিদব, য়াইবী মথোয়্‌ লেপ্‌প থাক্‌প পুরৈরোম্ব, চিঙঙ্‌ পূরাং নাগাব, খোক্‌মরক্কি ওন্তের, খোক্‌মা-রোক্‌ হলয়াইব, চিঙঙ্‌ নোংথৌ সোরারেল্‌, কোরও নোংথৌ নোংশাব, য়াংব, নিংথৌ লিহৈব, খোইয়ুম্‌ লাইগি লাইনিংথৌ, খোইয়ুম্‌ য়াইবী হৌগি চিঙঙ্‌ থংব নোংনিংথৌ খোইয়ুম্‌ পাথং য়োয়্‌রেন্‌ব, চিঙঙ্‌ লাং-গোই মথুরেনং, লাংগোই ভৌব হেন্‌ব, শা মরি পান্‌ববু, লাংগোই থু-নেংনব, কোরও চয়্‌ থাঙ্‌ব, য়াংব তেন্‌থা চুম্ব, চিঙঙ্‌ নিংথৌন নোয়্‌-য়ে। নোং পাথংন নোয়্‌য়ে। অতেংবন নোয়্‌য়ে। হে খোইমোম্‌ লাইরেন্ম, মশানৌগ নোয়্‌য়ে। কোরও লৈমন্‌ নোয়্‌য়ে। নোংদোন্‌ লৌমগ নোয়্‌য়ে। কোরও নোংদোল্‌ লৈম, খোইথাং নোংখাই ফম্বী,

কোরও লৈমন নোয়্য়ে। নোংদোন্ লৈমগ নোয়্য়ে। নোংথৌরেন্গ নোয়্য়ে। সোরারেন্গ নোয়্বদি মপারিগ নোয়্য়ে। সনাহন্গ নোয়্য়ে। পারিহন্গ নোয়্বদি হে খোইমোম্ লাইয়িংথৌ চিঙজ্, হৈনা চাউব, হৈনা নউ চাউব, পামেল্ উচল্ হকপ, খোইমোম্ কোরওহনব, কোরও নোংদোল্ হনব, নোংথৌ খোয়্রী হাইব, নাউরা খোয়্দাং শিংপ, চিঙজ্ লৈশং খেক্রায়্ব লৈরাং খয়োম্ লৈনৌব, লাংগোই তু-থাই তোংবন, মপারিন নোয়্য়ে। খোইমোম্ লাইমুরাগ নোয়্য়ে। সনা লৈমগ নোয়্য়ে। থম্বাল্ লৈমগ নোয়্য়ে। চিঙজ্রেন্গ নোয়্য়ে। সোরারেন্গ নোয়্বব্ চরৈ ফিডৌ শেংন, তরা চা মাংদন, চরৈ ফি-ডৌ থনন ফিজঙ্ থান্থনন রাংলেল্ থিন্ন নোয়্য়ে। তড়েৎ যৈন নোয়্-য়ে। শেনফাং যৈন নোয়্য়ে। মোইবুং থিনকাম্নন, শরিক নোংদম্ থিঙন্ সনা চোংলেন্ থাননথাঙ্লেল্ য়াওথৌ ফান্ন, চিঙজ্ তম্ন নোয়্য়ে। মঙাল্ তম্ন নোয়্য়ে। খোইমোম্ মালেম্ তম্ন নোয়্য়ে। কোরও কুপ্ন নোয়্য়ে। কুপ্তুম্ কুপ্ন নোয়্য়ে। লংতুম্ নংন নোয়্য়ে। কোরও নোংদোল্ চানন্ চিঙজ্ মঙাইরোয়্দুগ খোইমোম্ মহীশাংগ কোরও লাইবুংথৌশিংগ চিঙজ্ মায়্কৈ ঙাক্পগ মায়্কৈ শুংদাই ঙাকপ লৈথিং নোংথিংবগ, চিঙজ্ শেম্দম্ শেম্ব হুপ্লেল্ য়াইবী মশেল্ মৈবী হাজন্ তোংয়াওন্ নোংলৈ ঈরৈ মশেল্, মালেম্ লৈশূব, কোরও নোংলী চিংবগ কাপ্তুবন নোয়্য়ে। লৈথৈবন নোয়্য়ে। চিঙ-য়োম্ লোয়্ হৌন অপোক্ চাদা য়াওন, চাদা লাইহুই য়াওন অশং অমান্ য়াওন, অতোং অরেংবগ কোরওলেনদ নোয়্য়ে। নোংথোংলেনদ নোয়্য়ে। তুংনাং হাকোনতুংদ খোইয়ুম লাইরুপ তিনন খোইমোম্

তিনন নোয়রে। ভাইরোয়নন নোয়রে। নোংতিন্নন নায়রে। নোং-তিন্নব নোয়বদি চিঙডু নোংথৌ সোরারেল, কোরও থংব নোংনিংথৌন য়ায়দ লাংন নোয়রে। খোইমোম্ কুপ্পুম্ কূপ্প চিঙডু ভানছুম্ ভানন কোরও থৌন নোয়রে। নোংথৌরেনন নোয়রে। কোনথৈবন নোয়-রে। অতাম্বন নোয়রে। শঙলেম্বন নোয়রে। অথাপ্পন নোয়বদি হুমিৎ চাউনব নোয়রে। হুমিৎ চাউনব নোয়বদি মালেম্ পাক্লব নোয়রে। মব্রা পাক্লব নোয়রে। কোরও কূপ্প নোয়রে। নোংলী কূপ্পব নোয়রে। খোইমোম্ থৌন নোয়রে। লাইয়িংথৌন নোয়রে। য়োয়রেনবন নোয়বদি নোয়চ্নে সে। নোয়চ্নে সে লাইরিংথৌ।

হয়িঙৈদ নোয়বদি সোরারেনন নোয়বব চক্পরেনন উরক্‌য়ে। চক্প সব্রাংবন কোরও নিঙথম্‌তোন্ লাইশা, য়াওরও শজিবু, লাব খুমন্ পুব, য়াংদৌ শারম্ লীবন কোরও লম্ব তানথৎলক্‌লে। নোংগ-রম্‌দ তানথৎখিঙৈ, খোইমোম্ থৌন নোয়রে। লাইয়িংথৌন নোয়রে। সোরারেনন নোয়ডম্‌য়ে। অহোঙ পূঙবু নোয়ডম্‌য়ে। পূঙফা পূঙবু নোয়ডাম্‌য়ে। পুল্‌লাং নোয়বু নোয়ডাম্‌য়ে। য়াইফা নোয়বু কোরও চিন্দগি পুরক্‌য়ে। কোরও মথোঙ চিন্দগি ব্রাংবল্ মব্রাক্ চিংদগি মেল্‌লাং মিংন উরক্‌য়ে। শজি তানবন উরক্‌য়ে। কুরাক্ তানবন থঙলক্‌য়ে। চিঙ থং নোংনিংথৌ পাথংবন নোয়রে। য়োয়-রেনবন নোয়রে। নোংথৌরেনন নোয়বদি সোরারেনন নোয়বব চক্পরেনন নোয়তম্‌য়ে। শব্রাংবন নোয়তম্‌য়ে। ময়ূম্ হেম্‌চেং নাক্ক, চক্প মশাইকোনদ চরৈ ফিজঙ থনন ফিঙৌ থাথল্লন চক্পরেনন নোয়রে। সব্রাংবন নোয়রে। মেলাং হামেঙ মিংন হয়ি হয়া তাংন

হেম্‌চেং চিঙ্‌দ নোয়্‌য়ে। শুপ্ন চিংন নোয়্‌য়ে। চক্‌প চা পাথুংবন, হেম্‌চেং চানূরাগ চক্‌প য়ূম্‌লোয়্‌ হওন কোরও নোয়্‌বু নোয়্‌য়ে। মুংনাং নোয়্‌বু নোয়্‌তম্‌য়ে। হেম্‌চেং নোয়্‌বু নোয়্‌তম্‌য়ে। পুক্‌পা নোয়্‌বু নোয়্‌তম্‌য়ে। হয়িচৈদ নোয়্‌ববু কোরও শম্‌ন নোয়্‌য়ে। ব্রাংবল্‌ ব্রাইন নোয়্‌য়ে। মৈন ব্রাইন নোয়্‌য়ে। তাংন শম্‌ন নোয়্‌য়ে। নোয়্‌ন হৌন নোয়্‌য়ে। ভম্‌দম্‌ হৌন নোয়্‌য়ে। খোইমোম্‌ থৌগি নোয়্‌দম্‌ব লাইয়িংথৌগি নোয়্‌তম্‌বদি নোয়্‌চুনে শে। নোয়্‌চুনে শে লাইয়িংথৌ।

হয়া হে, হে খোইমোম্‌ লাইরেম্ম তম্‌পা ব্রাঙম্‌লোল্‌ পান্‌-থোইবী নপল্‌ তাংশকৃত, নত্তু মীথাদবী, লংমাই থুরাই মৈতৈ লৈম অঙৌব য়ূম্‌লেল্‌ লৈম, কংলৈ পূঙ্‌ফা নীক্‌পী, য়োয়্‌বু তোইবী কৌবী, তোইবী তংকা চন্ম, তংকান্নবী পোইতিংব্রাক্‌, তমপা খাবী মপাউশাবু তম্‌বী, নশাবি কোরও খোঙ্‌শোম্‌বগ কোরও নোংদোন্‌ ফাও, মালেম্‌ লৈখা ভূন তম্‌পা পাউদোয়্‌নন সনা য়োয়্‌বু খেলাং নহৌশান মালেম্‌ লৈবাক্‌ ঙাক্‌লিবী তম্‌পা ব্রাংঙম্‌লোল্‌ য়োয়্‌বু নোইন্ম থুম্‌লৈম, য়োয়্‌বু তোন্‌দৌ ভুংয়িনবী,, তম্‌পা শক্‌তোং ঙাক্‌লিবী, লাল্‌কম্‌ মায়্‌য়োক্‌ লেপ্‌লিবী, তংকা নশাবি অঙৌব কোরও খোঙ্‌-জোম্বগ মালং য়াইবি ফেনজিন্‌ ভুম্‌ ওইনন নয়ূম্‌ শেল্লোয়্‌ লওরেন্‌নব চাইজি লওরাংচান্‌দ খালৈ লওকুম্‌য়ে। তম্‌পা কোরও অন্নাংবীদি তাংখুল্‌ শরম্‌ নূরাবীবু ওইন শাল্‌ওন্‌থিয়ে। চিন্‌ফি খানীক্‌ন, লাইফি খোয়্‌দোম্‌নন, চিক্লা য়াওরুম্‌ খোং কক্‌চাং শম্‌খোম্‌নন, কোনঙৌ পন্‌চিশি, লিক্লাই নাথংন, খোতাক্‌ মাঙ্‌য়িন্‌ন হাওশম্‌ ভুংথাংনন

লংমাই চিঙ্ সুং চাদ লৈববু চুবা লৈথোন্ তৈন থাগৈ লওতাখিয়ে। নশাবি অডোব কোরও থোঙ্ জোম্ বদি তাংখূল্ হুয়্ তোক্ পাখংববু ওইন শাল্ওনখিয়ে। চরৈ শেংকুম্ন মাল্লৌ য়ুংচিংনন শক্ম কৈথেংন, রাকুতং নাশিন, চুম্বুল্ লাল্লৈ থেম্, হুয়্রাং লুংফান্ চল্, কূরাউ, ফাল্লং থাংন য়াইরী খাংথোম্ন তাংখুল্ লোইরোই থোক্ম থাঙ্ মচিল্ হাইনু কৌবী মিন্কৌ থাঙ্, থাঙলেল্ চিনী লোঙ্ববু তুংশেং নাম্মৈ য়েপ্ন তাংখুল্ য়াইরোং নামিববু চরৈ লেংদোল্ য়ানন চেঙ্জা খোক্নিংনুং থৌহু থূংরাই থাঙ্ শাফবন পান্ব কেথৌ ইন্ থৌহু নূঙ্দ পক্লে। তম্পা রাংডম্ লোন্ন থৌহু ঈপক্ পূঙ্বু লংমাই পোম্ব শেক্লোয়্ থাঙ্শাব নিংথৌ সনা অসি থোইরুগুম্বন চিঙ্শেংলম্, থোইমোম্ লাইথ্প ফম্দ থৌহু নূঙ্বু থম্লম্য়ে। পান্ব খোংহুম্ খোং, কৈরেল্ লাউহুম্ লাউরে। তাওরা থেল্ ওঃ তৌন কৌয়ে।

মতাং অসি পেনা শক্পগি শৈশক্ লোইরে।

---

# মঙাশুব তাংকক্

## পাম্ য়ানব ( লও উব )।

হুন্দক্কি পাম্ য়ানব অসি মীওইবন ইহান্ হানন লও উব হৌখিবগি রানি। মীওইবন তাইবঙ্ পানব অসিদ লৈক্ লৈরাইদ, উমং রামংদ, উহয়্ রাহয়্ চাহুন পাল্লম্বদগি চাউথংলক্প মতুং ইনন য়ুম্ শাহুন লৈব খঙ্লবদি মশাবু নিংথম্বদগি কম্নব লশিং থাব, ফি শাব

হৌখিবগি ৱানি। মাসিন তাক্পন মীওইবন চাওখৎপ হৌব অসি লৈনব শঙ্‌ খনন, অতুগ পাম্‌ য়ান্‌ব অসিন হৌবগি ৱা অদু লাই হরাউবন উৎলি।

মতাং অসি, পাম্‌ য়াল্লগ লশিং মরু থাবদগি লশিং হেক্পা, লং নাইব, ফি শারগ লাইদ কৎপ ফাওবগি ৱা জগোই খুৎথেক্নন উত্তূন ইরি। মতাং অসিদ পেনা খোংবস্থ পেনা খোংতুন পাম্‌য়াল্‌ ঈশৈ শক্কনি, অতুগ তৌরিব থবক্‌ অহুগি মওঙ্‌ মতুং ইন্নন ঈশৈ শক্কনি। অতুগ মাইবান্‌ মথুংন জগোই শারগ মচিন্নন মতাং মতাং চান লাউগনি। জগোইদি হৈরবদি ময়ামস্থ শাগদবনি। অতুবু হৌজিক্তি অয়াম্বন জগোই শাব হৈতবদগি মাইবীতন শানরক্লে।

**পাম্‌হাই জগোই ঃ**— খোঙ্‌ নামন নামগি মাঙ্‌দ কারল্‌ চন্‌তুন চোংন চোংন মাঙ্‌ ওইনন চংকনি। কারল্‌ চল্লুরিব খোঙ্‌বা মতোল্‌ অহুন কারল্‌ চন্‌ব মতম্‌দ লৈপাক্‌ শোক্কনি। লৈতারিব খোঙ্‌গি খূনিঙ্‌ অহুন লেঙদূন হক্চাং ঈপোম্‌ অনী অনীরক্‌ পীগনি (খর খর হক্চাং ইন্‌থৎকনি)।

১। য়েৎকি খোঙ্‌ন কারল্‌ চন্‌বদ য়েৎকি খূৎন খোঙ্‌গি মতুং ইন্নন মাঙ্‌দ ওয়্‌থংব নাকল্‌ কাওব খূতুম্‌ চন্‌তুন পূম্‌তিং তিংথোক্কনি। ওয়্‌গি খোঙ্‌ন কারল্‌ চনবদ ওয়্‌গি খূৎন খোঙ্‌গি মতুংইন্ন য়েৎ থংব নাকল্‌ কাওব খূতুম্‌ চন্‌ন পুম্‌তিং তিংথোক্কনি। মাসি মথক্ত হায়্‌খিব খোঙ্‌থাংগি মতুং ইনন য়েৎত অহুম্‌লক্‌, ওয়দ অহুম্‌লক্‌ য়ান্‌বগি মওঙ্‌দ ৬ লক্‌ তৌগনি। খূৎ য়েৎন ওয়্‌দ হায়্‌ব মতম্‌দ ওয়্‌ন, য়েৎত হায়্‌ব মতম্‌দ য়েৎন মাঙ্‌থাগনি। কারল্‌ চল্লিব খোঙ্‌গি

খোঙ্গী মতোন্‌ন লৈপাক্ তাব অসি খুনিঙ্ কাঙ্গদবনি। মরম্‌দি খুনিঙ্‌ন লৈপাক্ শোক্লব, অতুগ খোঙ্দোল্ কাঙ্লবদি লৈবাক্‌কি ফত্তব ওই।

মথক্‌কি জগোই অসি লওরম্‌দাইদ মাইবীন ময়াম্‌দ "হো লাই-নিংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা" হায়্‌রগ ময়াম্‌ন 'হাউ' হায়্‌ন খুম্‌লবদ "থিংবাই পাম্‌দি পাম্‌হাইসি। থাঙ্লেল্ খুৎত পায়্‌রো" হায়্‌ন লাউগনি। ময়াম্‌ন 'পায়্‌রে, হাইরসে' হায়্‌রগ—জগোই লওদুন শাগনি।

মথংদ মাইবীন মথক্‌কি অসুম্‌ন কৌরগ 'পাম্ চাইরসে' হায়্‌রগ ময়াম্‌ন 'চাইরসে, চাইরসে' হায়্‌না খুম্‌লগ জগোই শাগনি।

২। হান্‌নগি খোঙথাং অতুদ চোংলগ খুং অনীন অমগ অমগ অমুক্ অমুক্ কারল্ চৎনগনি। খুং য়েৎন মাঙ্ থাদুন খুৎ ওয়্‌ন ইল্লগ য়েৎলোম্‌দ খুবাক্ উপ্প খুৎচা পূন্নমক্ লৈতুন ওয়্‌রোম্‌দ পুরক্‌লগ হক্-চাংগি মপা য়োৌরক্‌পদ খুজেং লৈথৎতুন খুং য়েৎন মথক্ থংন উপ্প অতুগ ওয়্‌ন লোংনথাদোক্কনি।

মাসিগি মথংদ মাইবীন "থিংবাই পাম্‌থানব থাম্বী মৈবা চিংলসে" হায়্‌ন লাউবদ ময়াম্‌ন "থিংবাই পাম্ থানব চিংলসে" হায়্‌ন খুম্‌লগ জগোই লওগনি।

৩। হান্‌নগি খোঙথাং অতুদ চোংলগ খুং অনীন খুত্থম্ পায়্-দুন য়েৎকি খোঙ্ থাংবদ ওয়্‌গি খুৎন ওয়্‌গি খোঙ্ থাংবদ য়েৎকি খুৎন মাঙ্‌দ হাইদোক্‌লগ খুজেং নৌন মশা মশাগি নাকন্‌দ অমুক্ অমুক্ মাঙ্‌লোম্‌দ তুংলোম্‌দ তলক্ চিংগনি।

**য়েংগদবা ঃ—**মৈবা চিংবা অসি থায়নগি মৈ শাঁজিন্নবা হৌবগি য়াগি। মওঙ্ নআ—উ অকংবা অমদ লী নক্লগ কনম্ পয়ান হনন হনন চিংবদ থোরকপ মৈন মৈ য়ায়নবা হাপ্প মৈশুংত (লশিংগুম্বা নক্লগ পয়া হৌংপগি মফোল্) মৈ য়ায়রগ মৈ লওববু মৈবা চিংবা কৌই। মাসি নত্তন নুঙ্ অনী থেংনহল্লগ মৈশুংত মৈ লওব অমগ লৈরি। মাত্তবু মৈয়ৈ কৌই।

মাসিগি মথংদ হান্নগি মতৌগুম্ পাম্ মৈ থারসি হায়ন লাউবদ ময়াম্ন থুম্লগ জগোই লওগনি।

৪। হান্নগি থোঙ্থাংদ থুং য়েংন মাঙ্ থারগ থুং ওয়ন ইল্লগ থুং অনীমক থুংচা কোন্শিল্লগ থোঙ্থাং অহুম্লক্ ফাওবা থন্গনি।

মাসিগি মথংদ মাইবীন মৈথাক্ মৈহুম্ থোম্দোক্লসে হায়ন লাউরগ ময়াম্ন খুম্লগ—

৫। হান্নগি থোঙ্থাং অত্তুদ থুবাক্ অনীমক্ উপ য়েংকি নাকন্দগি থুংচা পুন্নমক্ কোন্শিন্ন হক্চাং নম্লপন পূরক্লগ ওয়্গি নাকন্দ কোন্শিল্লিবা থুংচা অদু থাদোক্কনি।

মাসি মৈ থাবদ চাক্হৌদবা উত্তেক্, হাপুনচিংবা পোৎ হুনদোক্পগি মওঙ্নি।

অত্তুদগি মাইবীন য়োৎ পায়দুন থিংবাই পাম্ য়াল্লসে হায়ন লাউগনি। ময়াম্ন হো য়াল্লসে হায়ন হায়গনি।

৬। হান্নগি থোঙ্থাংদগি খর কম্ম চোংলগ থোঙ্ খর য়াংন চোংত্তুন য়েংথংবা খুংন মাঙ্থান ওয়থংবা খুংন তুং ইনত্তুন থোঙ্থাং

অত্থুগ ঈরোইনন মাঙ্লোম্দ থুতুম্ য়েৎন পায়্রগ থাংগৎ-থাদ্দ তৌগনি।

মাসি য়োৎন লৈপাক্ তঙবগি মওঙনি। খোঙ্থাংশু থর থর থুক্তিললকনি।

মাসিগি মতুংদ মরু ভুল্লগনি। মাইবীন লাউগনি।

৭। মাসিদ খোঙ্থাং থর তপ্থরগনি। থুং ওয়্ন ফিজিল্ পায়্গনি। য়েৎকি থুংন ফিগাউ শারিব অত্থুগি মতুংদগি থুৎচা পূম্নমক্ কোনশিনদুন য়েৎলোম্দ পুথোক্লকলগ মাঙলোম্দ অমুক্ ফৈরপ্প থং টুপ্প থুবী থূদোনবী তিংথোক্লগ অনীরক হাইরগ অত্থম্লক্ শুবদ থুৎচা পূম্নমক্ পূম্থা থাদোক্কনি। মাসিগি খোঙ্থাংদি অহৌবগি খোঙ্থাং অতুনি। লশিং মরু ভুনবনি।

মাসিগি মতুংদ ওম্নব মাইবীন য়োৎ পান্ন নব লাউগনি।

৮। হান্নগি খোঙ্থাং অত্থদ থাংল্গ থুং য়েৎন মাঙ্থারগ ওয়্ন তুং ইনদুন মাঙ্লোম্দ থুং অনীমক্ থুতুম্ পায়্শিনদুন থাংগৎলগ তপ্লপ তপ্লপ থাদগনি। অম্নুমন খোঙ্থাং অত্থম্লক্ তৌগনি।

মাসিগি মথংদ মাইবীন "মরু ওম্ব লোইরে। লৈরাং থুম্ম ভুল্লে ; মরু পোক্থাইরে মতোল্ চোংলে" হায়্রগ,—

৯। য়েৎকি থুংন মাঙ্থারগ থুৎচা পূম্নমক্ কোনশিনদুন থূদোনবী থিন্গৎকনি। থুং ওয়ন থান্দুন থম্গনি। মাসিন খোঙ্থাং অত্থম্লক্ ফাওব থম্গনি।

(মথংদ মাইবীন লৈরাং হওরে হায়্রগ)—

১০। হান্নগি থোঙ্থাংদ মাঙ্লোম্দ থবাক্ মপাদ খূৎ অনী-মক্ খূবীন মথা ওন্থত্নু খূৎ উপ্প খূৎচা তিংন থম্লগ লৈথংলক্কনু খূবী খূদোন্বী অনী তিংন থাংগৎকনি।

মাসিগি মথংদ লৈনা অনী শুরে হায়রগ—

১১। হাননগি থোঙথাংদ খূৎচা অতৈন কোন্শিল্লগ খূদোম্-বীগ খূৎয়ায়্গ তিংথোক্কনু খূদোন্ন মথক্ত হায়গৎকনি। থবাক্ মপাদ হক্চাংদগি কাপ অনীরোম লাপ্ন শাগনি। খূৎ অনীমক নাকল্ অনীদ থম্লগ খূবাক্ ওন্শিন্গনি।

মথংদ মাইবীন লৈপাল্ ফারে, লৈরাং লৈথোঙ্ সেংনব লাউরগ—

১২। হাননগি থোঙথাংদ ওয়্গি খূৎন ওয়দ খূৎপীন খূদোন্বী খূৎয়ায়্গি মতোল্ শোক্লন, খূৎচা অতৈন কোল্লপ্ থম্লগ য়েৎকি খূৎন খূৎ ওয়্গি মথাদ খূৎচা পূন্নমক্ কোনশিন্দুনু নাকন্দ চিংথোক্-লক্লগ খূৎচা পূন্নমক্ থাদোক্কনি থোঙ্থাং অহুম্লক্ তৌগনি।

মথংদ মাইবীন 'লৈরাং মপাল্ ফারে. লৈরাং পোম্লে' হায়্ন লাউরগ—

১৩। হাননগি থোঙথাংদ য়েৎকি খূৎন মাঙ্দ লেংবাল্ মপাদ খূৎচ পূন্ননমক্ শন্নন মথক্লোম্দ ওল্থৎকনি। ওয়্গি খূৎতি নাকন্দ থাদত্নু থম্গনি। থোঙথাং অহুম্ থম্গনি।

মথংদ মাইবীন 'লৈরাং শাৎলে' লাউগনি। ময়ামস্ত শাৎলে খুম্গনি।

১৪। মথক্কি খূৎ অসি কায়্দন থম্লগ খূদোল্ উপ্শিললিব অদূ থর ফন্দোক্কনি। থোঙ্থাং অহুন্লক্ ফাওব থম্গনি।

মথংদ মাইবীন 'শিন্নৌ লৈরাং শাংলে, হেক্লসে' হায়্ন লাউগনি। ময়াম্সু 'হেক্লসে' হায়গনি।

১৫। হান্নগি থোঙ্থাংদ ওয়্গি খূৎন নাকন্দ খূৎচা ফনদোক্কূন লৈগনি। য়েৎকি খূৎন মিৎ মপাদ মাঙ্দ শাংন তিংথোক্লগ খূৎপীগ খুয়ায় খূদোন্বীগ খূদোন্ শম্নন খূজেং লয়্ন ওয়্গি খূৎত পুশিল্লক্কূন খূৎচা শম্নব অদূ থাগনি। ওয়্গি খূৎন খূজেং লয়্ন উপ্ন থাদগনি। য়েৎকি খূৎন অমুক্ লৈশংলক্কূন হান্নগি অতুম্ন খূৎ অনীমক্ অমুক্ শাগনি। অস্নুম্ন অহুম্নক্ তৌগনি।

মথংদ মাইবীন 'লৈরাং হেকপ লৌইরে, লৈরাং পোনদ নম্নসি' হায়্গনি। ময়াম্ন 'নম্নসি' হায়্গনি।

১৬। খূৎ অনী অনীম্নকন য়েৎকি নাকন্দগি খুবাক্ অনী ওনশিন্নতুন খূৎপী অনী কাঙ্ন খূনাউবী অনী শম্নন মাঙ্দ মিৎকি মপাদ খূজেং অনী লয়্রগ খূবী অনী নপ্নন মথাদ কাপ অমরোম্ নম্থগনি। অস্নুম্ন অহুম্লক শাগনি।

মথংদ মাইবীন লশিং কাইরসি হায়্ন লাউরগ ময়াম্ন খুম্গনি।

১৭। হান্নগি থোঙ্থাংদ খূৎ ওয়্ন উপ্ন ওয়্গি নাকন্দ খূৎপী, খূদোন্বী, খূৎয়ায় মতোল্ শোক্লন খ্বাঙ্গি মপাদ থম্লগ খূৎ য়েৎন্ খূৎ ওয়্গি মনাক্ত চাইথরক্কূন খূৎ উপ্ন খুদোন্ পূম্নমক্ শোক্লরগ অমুক্ উপ্ন চিংথোক্লক্কূন য়েৎকি নাকন্দ থাগনি। অস্নুম্ন অহুম্লক্ তৌগনি।

মথংদ মাইবীন 'লশিং ফৌরসি, কন্থোক্লসি, মল্লসি' হায়্রগ ময়াম্ন খুম্লগ—

১৮। থ্ বাক্ অনী মাঙদ লোংথোক্ল চপ্ চপ্ মান্নন হঙৎ-হন্দা অহুম্লক্ তৌগনি। অতুগ ওয়্‌গি খ্ংন থবাক্ মপাদ লোংন থ্বী, থ্দোন্‌বী থ্ংয়ায় অহুম্‌গি মতোল্ পুন্‌শিল্লগ য়েৎকি থ্ংন থ্বীগ থ্দোন্‌বীগ মতোল্ শন্নন থ্ংচা অতৈন কাডন্ অহুম্‌লক্ য়েৎকি থ্ংন থ্জেং লয়্‌তুন লোংথোক্কনি। খোঙ্‌থাং হান্নগ মান্নগনি।

মথংদ মাইবীন লশিং লোক্‌শিল্লগ লশিং তরুব হায়্‌গনি। ময়াম্ন তরুসি হায়্‌গনি।

১৯। ওয়্‌গি থ্ংন থবাক্ মপাদ থ্বী থ্দোন্‌বী মতোল্ শোক্লগ অহুম্‌লক্ মাঙ্‌লোম্‌দ লোংন ইনগনি। অদুগ থ্ং য়েৎন থ্তুম্ পায়্‌শিনদুন লৈরগ ওয়্‌গি থ্ংন চিংশিললক্‌পদ য়েৎকি থ্ংন মাঙলোম্‌দ ইন্থোক্কনি। মাসি অহুম্‌লক্ তৌগনি। ঙংগাই শারি-চৈদ চিন্ন 'কেরে কেরে কেরে' হায়্‌গনি।

মথংদ মাইবীন লশিং কাপ্পব লাউগনি।

২০। ওয়্‌গি থ্ংন লেংজুম্ মপাদ থ্ংচা পুন্নমক্ লোংন কোন্-শিল্লগ থ্দোন্‌বী তিংথোক্কনি। তিংলিবী থ্দোনবীগি ময়ায়্ তাংদ থ্ংপী মতোননন শোক্কনি। থ্ং য়েৎন থ্বী থ্দোন্‌বী শন্নন থ্ংচা অতৈন কোললপন্ মচা তান তিংথোক্লগ ওয়্‌গি মনাক্ য়োনব লোংন পুগৎসক্কনি। মথং অনক্ হান্নগি মক্সম্ তানন নাকন্দ হাইথবগ লোয়-নন থ্বী থ্দোন্‌বী থাদোক্লগনি। মাসি ৪ রক্ তৌগনি। খোঙ্‌থাং হান্নগি কায়্‌দন লৈগনি চিন্দা 'কদুৎ কদুৎ' হায়্‌গনি।

মথংদ মাইবীন মোইথাপ্ তাডুন পুন্নব লাউগনি। ময়ামসু খুম্‌গনি।

২১। খূৎ অনীমক্ মাঙ্দ উপ্ন থম্গনি। অদুগ খুৎপীগ খ্ৎয়ায়্গন মতোন্দ শম্নহন্লগ খূৎ ওয়্ন উপ্ন পায়্শিন্লগ খূৎ য়েৎন খূবাক্ তিংন খূৎ অনীমক্ চপ্ মান্নন মাঙ্লোম্দ অহুম্লক্ ইন্গনি।

মথংদ মোইথাপ্ শৎকনি।

২২। ওয়্গি খ্ৎন খুতুম্ পায়্শিন্দুন খর থাংগৎলগ খূৎ য়েৎন খর নেম্ন খ্ৎতুম্ পায়্দুন য়েৎলোম্দ তলক্ চিংথোক্কনি।

মথংদ মোইথাপ্ পুন্গনি।

২৩। ওয়্গি খ্ৎন খুবীগ খুদোন্বীগ ফাক্তোক্লগ খূৎচা অতৈন তিংন মাঙ্লোম্দ থবাক্কি মপাদ থম্লগ য়েৎকি খ্ৎন জগোই শাদুন খূবী, খুদোম্বী, খূৎয়ায়্গি মতোল্ শম্নরগ অহুম্লক্ ওয়্গি খ্ৎত হাইদোক্ হাইজিল্ তৌগনি। অদুগ ওয়্গি খ্ৎপীগ খূৎয়ায়্গ মতোল্ শম্নরগ ( খূজি শারগ ) থম্গনি। য়েৎকি খূবীগ খুদোল্বী-গান মতোল্ শম্নরগ ওয়্গি খুদোল্ শম্নরিব মকম্দ উপ্ন লয়্রম্গনি।

মথংদ মাইবীন "লং নাইরসি, নাইরসি, তরেং মাঙ্দ থারো। মোইথাপ্ মপুল্ থোক্লে" হায়্গনি। মরাম্ন 'নাইরসি' খুম্গনি।

২৪। খ্ৎ য়েৎন খূৎচা পূম্নমক্ কোন্শিল্লগ খুদোন্বীন খজিক্তং থাংখৎলগ তিংথোক্লগ খূৎ উপ্ন য়েৎকি থবাক্ মপাদ মাঙ্-লোম্দ অহুম্লক্ লয়্বদ খূৎ ওয়্সু খূবী, খূদোন্বী, খূৎয়ায়্ মতোন্ নপ্নরগ খূৎচা অতৈন হাইকেৎ ফন্দোক্নু মাঙলোম্দগি ওয়্গি শেগা য়োন চিংগনি। অদুগ য়েৎন লয়্ব ৪ রক্ শুবদ ওয়্গি খূৎন মাঙ্দ হাইথরক্কনি। হান্নগি খ্ৎথম্ কায়্দন থম্গনি। মাস্রি

ও রক্ তৌগনি। অদুগ চিন্দন 'নেং নেং কোৎ' হায়্গনি। খোঙ্-হান্নগি অদুম্ লৈগনি।

মথংদ লংতুম্ শৎলগনি।

২৫। ওয়্গি খূৎন লোংন খূবীগ খূদোন্বীগ মতোল্ শন্নন মাঙলোম্দ থম্গনি। য়েৎকি খূৎন মন্নুং থংন খূবীগ, খূদোন্বী, খূৎয়ায় মতোল্ শন্নন খূৎ লোংন, হক্চাং লোম্দ চিংশিল্লকনি। অস্তুম্ন অদুম্লক্ চিংশিল্লগ হান্নগি খূৎথম্ অদুদ থমগনি। খোঙ্থাং হোংদে।

মাসিগি মথংদ লংদুম্ শংলগ লং লংগনি।

২৬। ওয়্গি খূৎন লোংন খূবীগ খূদোন্বীগ মতোন্ শোক্ক-নন মাঙ্লোমদ্ মাঙ্থান থম্গনি। খূৎ য়েৎন মন্নুং থংন খূবীগ, খূদোন্বীগ খূৎয়ায়্গ মতোল্ শন্নন খূৎলোংন হক্চাংলোম্দ চিং-শিল্লকনি। অস্তুম্ন অদুম্লক্ চিংশিল্লগ হান্নগি খূৎথম্ অদূদ হন্-জিল্লক্কনি। খোঙ্থাংদি হোংদে।

অসিগি মথংদ লং লংগনি।

২৭। খূৎ ওয়্ন খূতুম্ পায়্শিল্লগ খূৎপী য়্রাংখৎকনি। খূৎ য়েৎন খূৎপীন খূদোন্বীগি নাকন্দ চপ্তূন খূৎ ওয়্গি মনাক্ত পুশিল্-লগ হঙ্গৎ-হন্দ থক্খাদ কারল্ চত্তূন ও ময়েক্ অসিগুম্ন হন্ন হন্ন তৌগনি।

মথংদ তরোৎতগি লং শৎলগনি।

২৮। মথক্তা লংথাই শাবদ লৈখিব খূতুম্ পায়্তুন লৈরিব খূৎ ওয়্গি মনাক্ত খূৎ য়েৎস্ত্র খূতুম্ পায়্তুন পুশিন্গনি। অদুদগি

য়েংলোম্দ অমুক্ থুন পুথোক্খিবগ লোয়্নন খূংচা তিংথোক্কনি। মাসিদি অমুক্ তৌগনি।

মথংদ মাইবীন ময়াম্বু কৌরগ "ব্রাংখূদেং পুশিল্লো, লাইজ থন্ন হাপ্চিল্লো। লংলা পোপ্ পোপ্ শুদোক্লো" হায়্গনি।

২৯। খূবাক্ অনীন উপ্প মাঙ্লোম্দ অমন অমুক্, অমন অমুক্ থাংগৎ-থাদ অহুম্ অহুম্লক্ তৌগনি। অদুগা খূবাক্ অহুমলক্ মথোল্ থোক্ল খূগনি।

মথংদ মাইবীন "লং শুম্লসে" হায়্ন লাউগনি।

৩০। খূৎ অনীমক্ মাকন্দ খ্বাঙ্ মপাদ তোপ্প তোপ্প লৈনরগ খূংচা পূন্নমক্ কোন্শিল্লগ খূৎ উপ্প লৈগনি। খূৎ অনীমক্ অমগ অমগ কাপ্ অমা থর হেন্ন লাপ্নহন্গনি। অদুগ ফি শুম্বগি মওঙ্দ লয়্গনি। খোঙ্থাং হোংদে।

মথংদ লং কন্গনি।

৩১। খূৎ ওয়্ন খূবাক্ তিংন খূবীন মথক্ ওন্থৎন মাঙ্দ থম্গনি। খূৎয়েংস্থু খূৎ ওয়্গ মান্নন ওয়্গি খূৎ মনাক্তগি মথা-রোম্দ থুন থুন হাইথগনি। খূৎ মওঙ্ অদু কায়্নরোই।

মথংদ লং লোক্কনি।

৩২। খূৎ ওয়্নথাদহুন থম্লগ খূৎ য়েংন তিংথোক্কুন মাঙ্-লোমদ নাতোল্ মপা য়ৌন চাউকোল্ কোন্শিল্লকনি। মাদুগ লোয়্নন খূংচাস্থু কোন্শিন্গনি। মওং অদুদ অতুম্মক্ পুথিহুন য়েংলোম্দ থাদ-থিগনি। অমুক্ত তৌগনি।

মথংদ মশাদ পায়্হুন লংচাক্ চাক্কনি।

৩৩। লং নাইবগি খূৎ মওড়দ ওয়্গি থ্ৎ খ্দোলন খ্বাঙ্ মপাদ কাপ্ অনীরাম্ লাপ্ন খ্বী, খ্দোন্বী, খূয়ায়্ মতোল্ পূম্ন লেড্দন থম্গনি। খূৎ য়েৎন ওয়্ওইনন লয়্গনি। খোঙ্থাং হোংদে।

মথংদ ফি লংদম্ থাত্নন ফি হোগনি।

৩৪। মতাং অসিদ খোঙ্থাং থর ওন্নগনি। হান্নগি খোঙ্থাং অহুম্মক্ লৈরগ মাড়দ খোঙ্কাপ্ অহুম্ চৎপ, তুংদ অম্নক্ খোঙ্কাপ্ অহুম্ হনব অহুম্ন তৌগনি। অহান্ব মাড়দ কান্থোক্লক্পা খোঙ্ফম্ অদূ থব লাওন কান্থোক্কনি।

**খূৎকী মওঙ্দি** ওয়্গি খূৎন খ্বাঙ্ মপাদ কাপ্ অমা লাপ্ন নাকন্দ থম্গনি। লং পায়্বগি মওড়দ খ্ৎচা কোন্শিনন লৈগনি। য়েৎকি থ্ৎন য়েৎকি নাকন্দ মাড়দ থব লাপ্থোক্ খ্ৎ উপ্ন খূৎপী খ্দোন্বী শম্নবগ লোয়্নন খূৎচা অতৈস্ন কোন্শিন্গনি। অতুদগি উপ্ন উপ্ন লয়্থৎলক্নন খ্বাক্ লোংন খূৎচা পূম্নমক্ তিংথোক্কনি। মাসি অহুম্লক্ তৌরগ য়েৎকি খোঙ্ন মাঙ্লোম্দ লাওন থাংদুন লৈতাব মতম্দ য়েৎকি খ্ৎস্ন উপ্ন উপ্ন মাড়দ পুশিল্লম্নগ লোংথোক্নন তিংন লাম্নগ খোঙ্ন তুংহন্নবক্পদ লোংলিব খ্ৎ অতুস্ন চিংশিন্দুন য়েৎকি নাকন্দ পুশিল্লক্কনি। মাসি শানিঙ্ব শাব য়াই।

মাসিগি মথংদ শুনা থল্লগনি।

৩৫। খোঙ্থাংদি হান্নগি খোঙ্থাংদ চৎকনি। ফি হৌবগি খোঙ্দি চৎলরোই। খ্ৎ ওয়্ন খ্বী খ্দোন্বী শম্নন থবাক্ মপাদ থম্নগ খূৎ য়েৎন খ্দোন্বী তিংন লৈরগ খূৎপীন ময়ায়গি তাং মপাদ নাকুচেত্ন পায়্রগ খূৎচা অতৈন কোন্শিন্দুন খূৎ ওয়্গি মনাক্ত ৪

ময়েক্ অসিগুম্ম কারন্‌কারন্ লয়্‌গনি। খুৎ ওয়্‌দি লেঙ্‌লোই। খুৎ উপ্প নায়েৎ চয়্ পায়্‌বগুম্ম অতুম্মক্ থম্‌গনি।

( ফি অসি খ্বাঙ্‌দ শাব কিনি। অতুন নাক্‌য়েৎ চয়্‌দ শুনা থঙ্গি মওঙ্ উৎকনি।

মথংদ ফি লাইজি থোংল্সি হায়্‌ন লাউগনি। অতুগ ফি শাবগি জগোই শাগনি।

৩৬। শুনা থঙ্গি থোঙ্‌থাংদ শাগনি। খুৎ য়েৎ-ওয়্ অনীমক্ লোংথোক্কনি। খুৎ পূম্মক্ কোন্‌শিন্‌গনি। খুদোন্‌বীগি নাকন্দ থম্‌গনি। থোঙ্‌ন মাঙ্‌দ কারন্ চনতুন হেক্ নেৎপগ লোয়্‌নন থোঙ্ য়েৎন নেৎপদ খুৎ য়েৎন ওয়্‌রোম্‌দ, থোঙ্ ওয়্‌ন নেৎপদ খুৎ ওয়্‌ন য়েৎলোম্‌দ হাইগনি। খুৎন হাইবদ খুৎচা থাদোক্কনি। মথংদ খুৎ অনীমক্ মাগি মাগি নাকন্দ মাঙ্ ওইরপ্‌ন খুৎ উপ্প খদোল্ কোল্‌লপ্ তোৎতুন হকচাংলোম্‌দ চিংশিন্‌মিন্নক্কনি। ( তেম্ থেংব পাঙনদেম্ হুন্‌বনি )।

মথংদ ‘ফি শাব লোইরে। ইয়োং শঙ্‌দিং কক্লসি’ হায়্‌ন লাউগনি।

৩৭। খুৎ য়েৎকি খুদোন্‌বী খুৎয়্বায়্ তিংথোক্লগ খুৎচা অতৈ কোন্‌শিন্‌গনি। তিংলিবা খুৎচা অনী অসি অমুক্ কাথোক্ অমুক্ নপ্‌শিল্ তোৎতুন অহুম্লক্ তৌগনি। ওয়্‌গি খুৎতি নাকন্দগি মাঙ-লোম্‌দ কোম্‌লপ্প খুবী খুদোন্‌বী, খুৎয়্বায়্ মতোল্ শম্মগনি। অতিংব খুচা অনী নক্‌শিন্নব মতম্‌দ চিন্নস্থ চ্রূপ্ চ্রূপ্ চ্রূপ্ হায়্‌গনি।

মথংদ ফি শুরসি হায়্‌ন লাউগনি।

৩৮। ফি শুব, শুম্ব, ফৌব অসি মথক্কি নং ২৮, ২৯ গ মান্নে। থোঙ্থাংস্থু অমতনি।

মাসিগি মথংদ লাইদ ফি কৎলসি হায়্ন লাউগনি। অতুগ ফি কৎলগনি।

৩৯। চোংলম্ব থোঙ্থাং অদূ তোক্কূন ময়াম্ন লেপ্তূন লৈহৌরগ মাইবীগ পেনা থোংবগন লাইমাঙদ চুম্ন চঙ্লগ মাইবীন খূবাক্ অনীমক্ লোংথোক্কূন মথাগি লাইরোন্ অসিন ফি কৎকনি।

"চিঙঙ্ ঈবুংঙো, থোইয়ুম্ ঈবেম্ম, লহান্ নোংথিংবাই পাম্ হাইরক্প শিনৌ লওতম্ হুন্বন লৈরাং থুম্ হুল্লক্পন শিনৌ ময়াই কাদূন তূনূং লংলা নাইববু নাক্ক তেম্থেং তোয়্বদি য়িয়োং শঙ্দিং কক্লে। চরৈ ফিরোই তান্লক্লে। খুঞ্জাউনব, লৈচাউনব, লৈবাক্ মরা তপ্পব, নিংথৌ পুন্শিনব চরৈ ফি কৎচরিয়্নে হে গুরু।"

মাসি হায়্ন মাইবীন ফি কৎপ লোইরগ মাইবীন চিংতুন ময়াম্ন অমুক্ লৈশী জগোই শাগনি। জগোই অসি লোইরগ মথংদ লোং থোন্গনি।

---

# তরুক্শুব তাংকক্

## লোংথোন্ব ।

লাইহৌ মুমিং নত্তন অতৈ মুমিং খূদিঙ্গি লাইবৌ লোইরগ শান্নরিব লাইগি থরায় খোন্জিন্দুন লাইমুংদ কোন্শিল্লমব লোং খোন্গনি । মাসি ফি কৎপ মতুংদ শাব লৈশী জগোই লোইরগ শা-গদবনি । মায়কৈ মরিগি চিথেক্ মরিংক্ত ওয়্রোম্দ অহুম্ অহুম্লক্ লয়্গনি ।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ মনাই, লাইরেম্ম মনাইশা ।

**ময়াম্**—হাউ ।

**মাইবী**—হৌজিক্তি ঈবুংঙো ঈবেম্মগি চরৈ শাব লোইতুন চরৈ অহন্ব শেক্তুন খূঞ্জাউনব, লৈচাউনব, লৈবাক্ মরা তপ্পব, নিংথৌ পুন্শিনব, চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নব জগোই খূংথেক্ কৎপ লোইরে । অদূন থরায়্মি কোন্শিল্লসি ।

**ময়াম্**—'হোয়্হোয়্' হায়্নন খুম্গনি ।

**মাইবী**—হৌজিক্তি পয়া চেপ্সি লোং, শংগাই য়াইনপ্লোং, ফমূথি হামৎ লোং, চোমলাং খোঙ্থিল্ লোং, মবেল্ লাইসনা চেপ্-কোং লোং, নবুধৌ নোংদা লাইরেল্ পাখংববু খোন্গৎলোং, লোংলেল্ খুত্ত পায়্দূন মায়কৈ চিথেক্ মরিমক্ত তিন্মু লাইমু ফত্তববু হোই-দোক্সি । থান চাউব য়াংবরেল্গি কংলৈ মশুমাঙ্দ হোইথরসি। পান্থ কৈরেল্ মপী মচাগি মথিক্ মথা ফনন য়াইথুংলুসনু । অফব মুং-ঙাইব কপ্য়াংব তাংয়াংবদি চিঙ্ভ ল্যাইকোন্মুংদ থরায় ৫ মক্ মিগ

থান ৬ মক্তি হোইজিনলমসি।" অসি হায়ন মাইবীন লাউরগ পেন্না খোংবগ লোয়ননন লাইয়িংথৌগি য়েং থংব চিথেক্ অতুদগি হৌন লোং খোনব হৌগনি।

**খোঙচং**—য়েংকি খোঙবী মতোম্ন ওয়্গি খোঙদ কারল্ চনগনি। ওয়্গি খোঙবী মতোনগি য়েংকি ময়াদ থুনিঙ্ কাঙন নেং-কনি মাসি অথুব খোঙথাংনি। খৃংতি অমতনি। অতুগ অতপ্পগ অতপ্প খোঙথাঙগি য়েং থংব খোঙন মাঙদ নাকল্ ওইরপন ফৈরপ্ ফৈরপন খোঙথাং অনীরক্ শিংন থাংগনি। অস্তুমন ওয়্গি খোঙস্থ খোঙথাং অনীরক্ ওয়রোমদ থাংগনি। খৃংতি চপ্ মান্নগনি। খৃং অনীন ফিজিল্ অনী পায়গনি। খোঙ্ য়েংন থাংবদ খুং য়েংন খ্বাঙ্ মপাদ হক্চাং নপলপ্প থম্লগ ওয়্গি খৃংন মাঙলোম্দ খোয়্দও মপাদ খর য়্রাংলপন থম্গনি। অস্তুমন খোঙ্ ওয়ন থাংব মতম্দ ওয়গি খৃংন হক্চাং নপলগ খৃং য়েংন খ্বাঙগি মপাদগি খর য়্রাংলপ্প ওয়রোম্দ লৈরপ্প থম্গনি। অদুগ শুম্মাঙগি চিথেক্ য়্বৌরকপদ খোঙ-থাং কায়দন অহুম্লক্ লয়গনি। লয়রক্প খৃদিঙগি লাইবৌলা থাফম্ লোমদ ওনশিনন খৃবীগ খৃংয়্বায়্ মতোলগ থেংনরগ কাপ-শিনগনি। মাসিদগি হান্নগি খোঙথাং অমস্তুং খৃংথম্ অদূ কায়্দন হান্নগি মতৌগুম্ন চংলগ চিথেক্ মরিমক্ত অহুম্ অহুম্লক্ লয়রগ হেক্ হেক্ কাপ্শিনগনি। মতৌ অস্তুমন চিথেক্ মরি লোইরগ লাই পুবনচিংব মী পূম্নমক্ পারেং শান লাইরেম্মগি মায়কৈরোম্দ লেপ-হল্লগ মাইবীগ পেন্না খোংবগ জগোই অদূ কায়দন লাইবৌলা থাফম্ অহুদ চঙলগ লোং অমুক্ খোনগনি। মতৌ অস্তুমন খোঙথাং

কায়্দন ময়ায়্দ চঙ্লক্কনা লাইবৌলা থারিব অদুগি ময়াংমদ লাই-রোম্দ মায় ওন্শিন্দুনা লেপ্লগা লয়্রক্কুনা ওনথোক্লগা ফিগাও অদু মপাল্লোম্দ অহুম্লক্ ইম্ভোক্কনি। অতুগ লাইরোম্দসু অহুম্লক্ ইন্শিন্গনি।

মথক্ত হায়রিব অসি মরক্কি নুমিৎত তৌগদবনি। লাইরোই নুমিৎতদি তরেৎ তরেৎলক্ তৌগনি। মপান্দ ইম্ভোক্প মতম্দ মাই-বীনা "হে। লাইয়িংথৌ মনাই, লাইরেম্মগি মনাইশা, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি কংলৈ মগুম্মাঙ্দ পয়া চেপশি লোং, শংগাই য়াইনপ্লোং, ফুম্দি হামৎ লোং, চোম্লাং থোঙ্থিল্ লোং, লোংলেল্ খুৎত পায়্তুনা কুম্শি কুম্জা অসিগি ফত্তব হাওথিব, য়ানা ভৌদোং লাই, পূক্চং ঈফাই, তিনম্-লাইম্, ওক্চিল্ শৌজিল্ লাই পূম্নমক্তি হাওরে খান পাংবরোম্দ হোইথরসি।" অসি হায়্তুনা মপান্লোম্দ অহুম্লক্ হোইদোক্কনি অতুগ লাইরোম্দ অহুম্লক্ ইন্শিনব মতম্দ খূৎ অনীনা ফিগাউ শারিব অদুগি ফিজিল্ অনী পায়্রগ মাইবীনা অমুক্ লাউগনি— "হে। লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্ম মনাইশা, ঈবুংঙো ঈবেম্মগি কংলৈ মগুম্মাঙ্দ হরাউ শক্শেম্ তম্ব, থৌদোক্ কুম্মে শায়ব অসিদ থবায়্ মঙামক্মিগ থান ৬ মক্ থবায় নোংবুন্ অচঙ্বব্ সনা সঙ্গাই নুংঙাইবদ হোইজিল্লসি। থবায় হাম্চংনফরোই, মিরেল্ হাম্ফোই-নফরোই।" মাসি হায়্তুনা লাইরোম্দ অহুম্লক ফিজিল্ অদু পায়্তুনা ইন্শিন্গনি। অতুগ খা হায়্তুনা লাইরোম্দ চেন্শিন্গনি। লাইরোল্ অসি হায়্ব মতম অসিদি চোংলোই, চুম্ লেপ্তুনা খুৎতনা ইম্ভোক্-ইন্শিল্ তৌগনি। লাইরোম্দ চেনশিনব মতম্ অতুদ খূৎ

অনীমক্‌ন লোং খোন্‌বদ পায়্‌ব খুৎপায়্‌ অদু অতুমক্‌ পায়্‌গনি। লাই-মাঙ্‌দ লেপ্লগ মাইবীন হায়্‌গনি। মাদুদি ঃ—

"চিঙঙু ঈবুংঙো, থোয়ুম্‌ ঈবেম্ম চিঙঙু নঙ্‌গি কংলৈ নশুম্‌-মাঙ্‌দ কোরও চুপ্ন শান্নব ব্রাংবল্‌ চুপ্ন শান্নবদি নদাইরেম্‌ খাবীন খুরক্‌ সনা লৈগ য়েপ্তুন ঈবুংঙো ঈবেম্মবু চিংথোক্তুন শান্নরুববু হঞ্জিনবিরো। হে ঈবুংঙো, হে ঈবেম্ম, ল্পেম্‌লৈ ঙাবু খোন্‌ব নত্তে। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি য়াইবী থরায়্‌ ৫ মক্‌ মিগ থান ৬ মক্‌পু খোম্‌জিনজবনি। লেঙ্‌বিগনু ঈবুংঙো, লেঙ্‌বিগনু ঈবেম্ম"। ব্রা অসি হায়্‌রগ লাই-বৌ লা থাফম্‌দগি লাইশঙ্‌ ফাওব চঙ লক্‌প, অতুদদি অমুক্‌ হন্‌-দোক্‌খিব মতম্‌দ "লাইয়িংথৌন থোইরে, লাইরেম্মন থোইরে" হায়্‌তুন খূবাক্‌ খুতুন শক্কনি। মাসিদি মাইবীন হান্‌ন হায়রগ লাইয়িংথৌ-রোম্‌দ নীপা ৩ন মাইবীগি তুং ইন্‌গনি। অতুগ লাইরেম্মগি রোম্‌দ নূপী ৩ন মাইবীগি তুং ইন্‌গনি। হায়্‌রিব নীপা নূপীশিং অতুন লাইবৌলা থাফম্‌দগি চেন্‌শিন্‌বদসু হান্‌ব তান্নগনি। লাইশঙ্‌ হান্‌ন য়ৌব অদূন থোইরে হায়্‌গনি। অসুম্ন অনীরক্‌ হন্‌ন লাইগি লাই-মাঙ্‌দ চেন্‌শিল্‌লুরগ থোরক্‌পদ লাইবৌ লা থাফম্‌দ নীপান লাইয়িং-থৌগি নাকন্দ, নুপী লাইরেম্মগি নাকন্দ লেপ্‌কনি।

**মাইবী**—হো লাইয়িংথৌ মনাইশা।

**ন্‌পা**—হাউ।

**মাইবী**—অশাই মথৈ লোং থোন্‌বদি করি পাৎত থোন্‌বগে, করি ঙা ফাবগে ?

**ন পা**—থাথোংদ খোল্‌লী, ঙানোয়্‌ ফায়্‌।

**মাইবী—** হো লাইরেম্ম মনাইশা।

**নূপী—** হাউ।

**মাইবী—** নখোয়্‌না লোং খোন্‌বদি করি পাংত খোল্‌লী, করি ঙা ফায়্‌?

**নূপী—** লাইখোংদ খোল্‌লী, ঙামু ফায়ে।

মথংদ মাইবীনা ময়াম্‌দ—"নখোয়্‌না লেম্‌লৈ ঙা ফায়্‌ হায়্‌রিব অদু হয়েং চিঙঙু লাইতোল্‌ লোম্‌লগ, খোয়ুম্‌ থৌদোল্‌ লোম্‌লগ শীজিন্নবব নিঙ্‌থিন চেংনা থম্‌উকো।" হায়্‌গনি। ময়াম্‌না হোয়্‌, হোয়্‌ হায়্‌না খুম্‌গনি। অদুদগি হান্নগুম্ম লাইদ অমুক্‌ চেন্‌শিন্‌দুনা লাইমাঙ্‌দ মথক্ত হায়্‌খ্রিব লাইরোল্‌ অসি হায়্‌দুনা লাইদ থরায়্‌-মি হন্‌জিন্‌গনি। (মাইবী লাইরেল্‌ মথেক্‌ পাদোন্‌ জগোই) অদুদগি অমুক্‌ লাইবৌ লা থাফম্‌দ থোরক্লগ লাইদ মায়্‌ ওন্‌শিন্‌দুনা মাইবীনা খোঙ্‌নাম্‌ম নাম্‌না মাঙ্‌দ থাংজিল্‌লগ অমুক্‌ থাংদোক্কুনা খোঙ্‌ অনীমক্‌ ওন্ন ওন্ন হন্‌না হন্‌না থাংগনি। হক্‌চাংদি চোংলোই, ঈপোম্‌ থর থর নাইনা মাঙ্‌দ তুংদ ইন্‌থোক্‌ ইন্‌শিল্‌ তৌবতনি। য়েৎকি খোঙ্‌দন অনী-রক্‌ থাবদ খূবাক্‌ অনীরক্‌ খুগনি। ওয়্‌গি খোঙ্‌না অনীরক্‌ থাংবগি অহান্‌বদ খূবাক্‌ অনীরক্‌ খূরগ খূং মতোন্‌না লাইবৌ লা রোম্‌দ ওন্‌-শিন্‌না লোংথোক্কনি। খূবাক্‌ অনীমক্‌ নক্লহন্‌গনি। ওয়্‌গি খোঙ্‌না তুংদ হল্লক্‌প অনীরক্‌ শুবদ লোংথোক্লিব খূবাক্‌ অনীমক্‌ খূং মতোন্‌না মথক্‌ থংনা লোংনা ওন্‌থংলক্কুনা অমুক উপ্প লয়্‌থোক্লগ য়েৎকি খোঙ্‌থাং লাক্‌পদ হান্নগুম্‌ খূবাক্‌ অ্‌ক্‌ খূগনি। অসিগুম্‌না খূবাক্‌ খূব, লোংথোক্‌প অসি অহুম্‌ লক্‌ তৌরগ হান্নগি খোঙ্‌থাং অদুদ খূবাক

খুদুন লাইবৌ লাগি অকোয়্বদ ওয়্ ওইনন কোয়্রক্লগ সম্নোঙ্ (থাংজিঙ্) মপা য়োরক্পদ খুবাক্ খূন খূন ওয়্ ওইনন উপ্ লৈ অহুম্-লক্ লয়্রগ য়েংব ওইনন লোংলয়্ অহুম্লক্ অমুক্ লয়্গনি। লোং-লয়্ লয়্ব লোইরগ হান্নগি থোঙ্থাং অদূন অতুম্মক্ মাঙ্দ চঙ্শিল্লগ য়াংবরেল্ লোম্দ মায়্ নোংপোক্ ওন্ন লাক্কনি। থূংন লৈশী জগোই শাগনি। অশুম্ন পন্দন্ লাক্পন মারজিঙ্ (চিঙ্থৈ) মপা য়োবদ থাংজিঙ্গিদ তৌখিবশুম্ জগোই শান শান উপ্ লৈ অহুম্লক্ লয়্রগ অমুক্ লোংলয় অহুম্লক্ লয়্গনি। মতম্ অসি পেনাসু থোংগনি। অহুদগি হান্নশুম্ন জগোই শাত্তুন মায়্ নোংচুপ্ ওন্ন লাক্লগ কোক্র অমসুং থাংজিঙ্ শম্দুন লাক্লগ য়াংবরেল্ (মৈরম্) মপাদ অমুক্ উপ্ লয়্ লোংলয়্ অহুম্ অহুম্ লক্ তৌগনি। মথংদ মায়্ অরাং ওন্ন লাক্তুন মারজিঙ্ শম্ন লাক্লগ কোক্র লাইচি মপাদ হান্নশুম্ন উপ্ লয়্ লোংলয় অহুম্ অহুম্লক্ অমুক্ তৌগনি। মতৌ অসুম্ন চিংথেক্ মরিমক্কি উপ্ লয়্, লোংলয়্ লোইরবদ মায়্ মথা ওন্ন লাক্লগ থাংজিঙ্দগি মায়্ নোংপোক্ ওন্দুন য়াংবরেল্ শম্তুন চৎলগ মায়্ অরাং ওন্দুন মারজিঙ্ অমসুং নোংচুপ্ ওন্দুন কোক্র শম্ন লাক্কনি। অসুম্ তৌন ওয়্ ওইনন পূম্কোয়্ কোয়্ব অহুম্লক্ কোয়্গনি। কোয়্ব অসি লোয়্রগ হান্নগি লাইবৌ লাগি মনাক্ত লাইদ মায়্ ওন্শিনতুন লেপ্লগ অহানবদ খুবাক্ লোংথোক্পী জগোই অদু অমুক্ অহুম্ লক্ শারগ লাইরেল্ মথেক্ লোইশিন্গনি।

# ভরেংশুব তাংকক্

## ফিবুল অহাবী।

লাইরেল্ মথেক্ অসি চৎপ লোইরগ লাইবৌ লা থারিব অদৃগি মথক্ত থারিব কি অদূন মথক্ত লৈব লাংথৈ্ শিং অদূ য়োম্শিনতুন লও-থৎলগনি। লাতোল্ অহুম্ অতুন শেগাইরগ মখারোম্দ শুম্মাঙ্ রাংমদ ছনদোক্খিগনি।

মতম্ অসিদ ইন্নকি অহনব অমন লা থারম্ব মফম্ অদৃগি মথক্ত পাক্ত তিংথোক্তুন চিথেক্ মরিদ মী মরি লেপ্তুন ফিজিল্ অমমম্ পায়্গনি। ফিজি পায়্ব অতুগি লেঙ্দনবদি চিঙ্থৈ পাংবদ লাইরেম্ম-গি চোঙ্ পায়্ব মীন চোঙ্গ লোয়্নন ফিজিল্ অদূ পায়্গনি। থাংজিঙ্ লোম্ থংবদ লাইয়িংথৌগি চোঙ্ পায়্ব মীন ফিজিল্ অদূগ লোয়্নন চোঙ্ অদূ পায়্গনি। লাইয়িংথৌরোম্গি চিথেক্ত নীপা অমন ব্রা অমগ ফিজিল্ অদূ পায়্গনি। কৌব্রু লাইচি থংবদ নীপা অমন ব্রা অমগ ফিজিল্ অতুগ পায়্গনি। অশুম্ তিংলিব ফি অতুগি ময়ায়্ চবূক্ত লাংথৈ্ ময়োম্ অদূ হাপ্লগ ফি অদূন য়োম্থৎতূন মথক্ত লংন পুন্গনি। লাংথৈ্গি ময়োম্ অদূ মফম্ লেঙ্দনব হায়্দূন মথাদগি য়োম্থৎলগ পুন্শিন্বতনি। অশুম্ন্ শেম্ব অসি লোইরগ লাইগি খূদশেল্ পুরিবী লৈশাবী অনীন পুরিব খূদশেল্ অতুগি মখুংদগি ফিবুল্ অনী অদূ লওরুরগ তিংলিব ফি অতুগি মথক্ত হাপ্-চিন্গনি। মাইবী অমন ফিজঙ্গি মখা থংবদ অমন অরাংদ অশুম্ন্ নাক্ য়েংত মাইবী অনীন লৈরগ মায়্ ওন্শিন্নতুন লেপ্কনি। মখা থংবী মাইবীন "হোই লাইয়িংথৌ খুবাক্, লাইরেম্ম জগোই, য়া"

অস্থুম্‌ন হেক্‌ হেক্‌ হায়্‌রগ মাইবী অনীমক্ত থূবাক্‌ অনী অনীরক্‌ থুত্থন থূৎ লোংথোক্‌ন লৈরম্বদগি থূৎ অনীমক্‌ ওয়্‌ন ওয়্‌দ য়েৎন য়েংত হাইদোক্‌নরগ লয়্‌খৎনরক্‌তুন থূদোল্‌ অনীমক্‌ মথক্‌লোম্‌দ ওন-থৎতূন থূবাক্‌ মপাল্‌ ওন্‌থোক্ত্‌ন মাঙ্‌ মাঙ্‌দ ইন্‌থোক্‌নগনি। অস্থুম্‌ন অহুম্‌লক্‌ হনন তৌরগ মথা থংবী মাইবীন লাইয়িংথৌগি ফিবূল্‌ পায়্‌ত্থন, অত্থগ অরাং থংবী মাইবীন লাইরেম্মগি ফিবূল্‌ অদূ পায়্‌রগ মথাদ ইরিব থোঙ্‌থাং অসিদ লয়্‌ন লয়্‌ন জগোই চপ্‌ মান্নন শামিন্নগনি।

**থোঙ্‌থাং**— থোঙ্‌ অমমম্‌ন থোঙ্‌ফম্‌ অনী অনী থাংত্থন লয়্‌নগনি। অহান্‌বদ য়েৎ ওইনন লয়্‌বদ য়েৎকি থূৎন কোক্‌থক্ত ব্রাংন থাংগত্ত্‌ন ফিবূল্‌ পায়্‌গনি। লয়্‌ব লোইরক্‌পদ ব্রাংখৎলিব য়েৎকি থূৎ অদূ হাইথরক্ত্‌ন হক্‌চাংগি তুংদ ওয়্‌গি থূত্ত ফিবূল্‌ অদূ পীগনি। মাসি লোইরগ ওয়্‌রোম্‌দ অমুক্‌ লয়্‌রক্কনি। ওয়্‌গি থূৎস্থু কোক্‌থক্ত ব্রাংন থাঙ্গত্ত্‌ন ফিবূল্‌ পায়্‌গনি। অস্থুম্‌ তৌব জগোই অসি মপূম্‌ অহুম্‌লক্‌ শাগনি। অস্থুম্ন অহুম্‌লক্‌ শাব লোয়্‌রবদ ফিবূল্‌ অনীমক্‌ ফিজঙ্‌ মথক্ত অমুক্‌ থম্নগনি। মথংদ মাইবী অনীন ফিবূল্‌ অনীমক্‌ অদূ ওন্নদূন পায়্‌নরগ হান্নগুম্ন জগোই অমুক্‌ শান্নগনি। জগোই অসি শাবদ মাইবী অনীমক্ত মথাগি ঈশৈ অসি পূন্ন শক্‌মিন্নগনি।

**ঈশৈ**

নূরান ফিবূল্‌ ঙাইরোংচিঙ্‌,
লাইবূঙ্‌থৌন হুল্‌লগ,
লাইনূরান ওংলৌ চিঙ্‌,
লাইনূরা তরেৎন হুল্‌লগ
লাইবূঙ্‌থৌ মাপল্‌ন ওংলৌচিঙ্‌।

অকোনবগি জগোই লোইরগ ফিবুল্ অনীমক্ ফিজভ্ মথক্ত হান্নগুম্ন থম্লগ অহৌবদ তৌথিবগুম্ মাগি মাগি ফিবুল্ অদূ পায়্নরগ ঈশৈ য়াওদন অমুক্ জগোই শাগনি। মথা থংবী মাইবীন ফিবুল্ থম্লগ থংজিন্দ লেপ্লিব লাইয়িংথৌগি চোঙ্ অদূগি মমাঙ্দ ফিজভ্ মথাদ লিৎলগ নোংচুপ্লোম্দ মায়্ নোংপোক্ ওয় লেপ্কনি। মাসিগুম্ন অরাংগি মাইবীস্ন চিঙ্থৈ থংব লাইরেম্মগি চোঙ্ মমাঙ্দ ফিজভ্ মথাদ লিৎতূন মায়্ নোংচুপ্ ওয় লেপ্লগনি। অসুম্ তৌন নোংপোক্ নোংচুপ্ত লেপ্নরগ অমুক্ ইহান্ হান্বগি খুবাক্ জগোইগি মরম্ অদূ ইকায়্ কায়্দন তৌগনি। ঈশৈদি য়াওরোই। খুবাক জগোই লোইরগ মাগি মাগি ফিবুল্ অদু পায়্নদূন ঈশৈ য়াওদন হান্নগুম্ন মওঙ্ চপ্মান্নন জগোই শানগনি।

## চোঙথোঙ্ য়েংপ।

ফিবুল্ জগোইগি মতুংদ অমুক্ কোয়্রগনি। মাসিস্ন ফিবুল্ পায়্দূন চোঙ্থোঙ্ মরিমক্ য়েংন য়েংন চেন্গনি। মওঙ্দি নোংচুপ্কি মাইবীন লাইয়িংথৌগি চোঙ্ কোন্শিন্ন ফিজভ্ মথাদ লাক্লগ লাইরেম্মগি চোঙ্ন ওয়্ ওইনন য়েংলগ মশাগি হায়্নগি লৈফম্ অদূ তারক্কনি। মাসি অহুম্লক হনজিন্ন য়েংকনি। য়েংলিব মওঙ্ অসি ৪ অঙ্কগি মওঙ্ মান্গনি। নোংপোক্কি মাইবীন রাংবরেল্লোম্দ লেপ্লিব চোঙ্থোঙ্ অদূবু য়েং ওইনন কোন্শিল্লগ ফিজভ্ মথাদ লিৎতূন কৌব্রু পাংন লাক্লগ ওয়্ ওইনন কৌব্রুগি চোঙ্থোঙ্ অদূ কোয়্য়গ মমায়্ নোংপোক্ ওয়

লাক্তূন মশাগি হান্নগি মফম্ য়ৌরক্কনি। মাসি অহুম্লক্ য়েংকনি। অহুম্ন য়েংপ অসি মথক্ত হায়্খ্রিব অহুমক্ মাল্লন য়েংকনি।

নোংপোক্কি মাইবীন ফিজঙ্ মথাদ ব্রাংবরেল্ল তম্ন চংলগ ওয়্ ওইনন চোঙ্থোঙ্ কোয়্শিল্লগ মমায়্ নোংচুপ্ ওল্ল লাক্তুন থংজিঙ্গি চোঙ্বু য়েং ওইনন কোয়্শিনগনি। মমায়্ নোংপোক্ ওল্ল অমুক্ লাক্তুনা ওয়্ ওইনন অমুক্ কোয়্রগনি। মাসিস্তু হান্নগি মম্নেং অদূনি। মাসিগি মতুংদ নোংপোক্কী মাইবী অসীন অমুক্ মমায়্ নোংচুপ্ ওল্ল লাক্লগ কৌব্রুগি চোঙ্থোঙ্বু ওয়্ ওইনন কোয়্গনি, মথংদ মায়্ নোংপোক্ ওল্ল লাক্লগ মারজিঙ্গি চোঙ্ অদুবু য়েং ওইনন কোয়্রক্তুন মায়্ নোংচুপ্ ওল্লক্কনি। অতুগ কৌব্রুগি চোঙ্থোঙ্ অদুবু অমুক্ কোয়্গনি। মাসিস্তু অহুম্লক্ য়েংকনি। অহুম্ন থা-অব্রাংদ য়েংপ লোইরগ নোংপোক্ক নোংচুপ্ক অনীগি চোঙ্থোঙ্দ অমুক অমুক্ য়েংনগনি। নোংচুপ্কি মাইবীন অব্রাংদগি ওয়্ ওইনন য়েংপ হৌরগ মথাগিস্তু য়েং ওইনন য়েক্তুন চংকনি। অতুগ নোংপোক্কি মাইবীন মথাগি ব্রাংবরেন্দগি ওয়্ ওইনন য়েংপ হৌরগ কারন্ চংতূন মারজিঙ্গি চোঙ্থোঙ্বু য়েংওইনন কোয়্গনি। মাসিস্তু অহুম্ অহুম্লক্ য়েংকনি।

মতৌ অহুম্ন চোঙ্থোঙ্ য়েংপ লোইরগ মাইবী অনীমক্ মাগি মাগি হান্নগি মফম্ ফিজঙ্গি থা, অব্রাংদ অমুক্ লেপ্পরগনি। মতম্ অসি ফাওব মথুং য়েংন ফিবূল্ পায়্খিগনি। মতম্ অসিদ মাইবী অনীন ঈশৈ অমুক্ অমুক শক্নগনি। লৈশী জগোই নল্লগ চোংতুন থুবাক্ অনীমক্ নাকোঙ্ মপা মপাদ থাংগংলগ

লম্.থোক্-লম্.শিল্ তৌগনি হায়্.বদি থাংগৎলিব খূবাক্.ন মহুং মপান্দ ওন্.থোক্ ওন্.শিন্ তৌগদবত্তনি।

## ইশৈ।

**অহানুব মাইবী**—থংথং থংনরো রসো থংনরো।

নোংমাইজিঙ্.দ উ ঋাল্.লে, খোংদ য়ুহারারে।
থাঙ্.জব লৈকাই। খূরায়্ লৈম।
নুংশি কপোন্নুং। রে রে রে।

**অনীশুব মাইবী**—নূরাবীগি পাম্.লওদ। নূরাবীগি পাম্.লওদ
হাওরৈন ডাংডাং শাৎপদি
ডাঙ্.ন নিঙ্.থিরে। ডাঙ্.ন ফজরে।

ঈবুংথোয়্ মোমবিথোয়্।
কদেংগোই থোংজাউ লাল্.লিবৈদ
লৈহাউ নায়াং থায্.রিবৈদ
ঐগিনা শম্.লাং তাহৌবদো
থিৎত খুন্.বিয়ো।

হা শুংবাল্.ন পুন্.শি ঈরাল্.লৈ।
ফত্রবস্থু শিম্লৈ।
য়ামদ্রবস্থু চাইশিল্.লৈ।
লৈরাংন থয়োম্ লৈনোব
শিংওেল্ লৈপুল্ শাবনি দে।

নবেম্মদিকো চিঙ্দন লৈরে হাও ওইবী
তম্দন লৈরে লাই ওইবী

মুংশাবু শাদন ফোকংবী,
মোংবুদ চুদন শাইচোৎপী,
ঈতুন নোংথাঙ্ লৈমনে,
ঈয়েংন পান্থোইবীনিদা
নবেম্ম হোই হোই হোই।

ঈথোঙ্ন হাওথোঙ্ তাবীনে,
ঈনম্ন হাউনা নম্বীনে,
কৌবন লোক্শা অমদ,
উপী উরেল্ থারক্পী,
লোইবীন লোক্মায়্ অমদ,
শতুন ম্নাংগেল্ লিংবীনে।

## পাচুব।

অমুম্ন ঈশৈ শকুনব লোইরবদ জগোই শাব লেপ্পগনি। অতুগ মাইবা অনীন পায়্রিব ফিবুল্ অনী অতু থংজিঙ্ থংব চোঙ্থোঙ্ পায়্রিব নীপা অদুগি মতুংদ মাইবী অনী অদুন মথোয়্ন পায়্রিব ফিবুল্ অনী অদু থেংনহন্গনি। অদুগ 'চুই চুই' হায়্গনি! মথংদ মারজিঙ্লোম্ থংবগি চোঙ্থোঙ্ পায়্রিব নীপা অদুগি মতুংদস্মু অমুক্ তৌগনি। অতুদগি ম্রাংবরেল্ লোম্ থংব চোঙ্থোঙ্দ তৌগনি। অরোইবদ কৌক্রুরোম্ থংব

চোঙখোঙদ তৌরগ লোইশিনগনি। অস্থুম্ন চূনব অসি লোইরগ হান্নগি মফম্দ লৈরগনি।

## চোঙখোঙ লিৎপ।

মতম্ অসিদ ফিজঙ মন্নুংদ চঙদূন ফিজঙগি ময়ায় মপাদ মাইবী অনীন অমুক ফিবূল চূনরগ মায়কৈ ওন্ন তৈনন লেপ্পগনি। অদুগ অৱাংগ মথাগদ অমুক লেপ্লগ ফিজঙ মথাদ চঙদুন পাচূনগনি। অস্থুম্ন ফিজঙ মথাদ চূনব অসি অহুম্লক চূনগনি। অকোন্বগি অহুম্শুব চূনব লোইরগ ফিজঙ ময়ায়দ অদুমক হাইদোক্নরক্তূন মথাগি মাইবীন ফিজঙগি নোংচূপ্তু, অদুগ অৱাংগি মাইবীন নোং-পোক্ত লেপ্লগ ফিজঙ ময়ায়দ অমুক হনন অহুম্লক চূনগনি। অহুম্শুব চূনব লোইরগ মাইবী অনীমক খুৎশম্নদুন মায় থাংজিঙ ওন্ন নোংচূপ লোম্দ থোরক্কনি। মপাল থোরক্লগ লাইমাঙদ খুৎশম্নব থাদোক্লরগ মাইবী অনীমক য়েৎ ওইনন অমুক অমুক লয়নগনি। অস্থুম্ন লয়নব লোইরগ মাগি মাগি হান্নগি মফম্দ ফিজঙগি থা-ৱাংদ চত্তূন অমুক লেপ্পথগনি। মতম অসিদ ফিবূল অনীমক ফিজঙ মথক্ত হাপচিন্গনি।

মথংদ ফিজঙ পায়রিব অদু থাদোক্হল্লগ পুল্লপন য়োম্শিনদুন অৱাংগি মাইবীন কোন্শিল্লগ ফিজঙ থল্লুব ইন্নফি অদুগি ফিজিল অনীন মতুং লোম্দ কিশি কিদুন পুন্শিন্গনি। চোঙ পায়বা মী ৪ অহুদি হান্নগুম্ন অদুম্মক লেপ্পুন লৈথিগনি। মাইবী অনীন থা-অৱাং কায়দন খুৎ শম্নন লাইরোম্দ চঙশিল্লক্কনি। মাইবী অনীন চৎন চৎন মথাগি ঈশৈ অসি শক্কনি। চোংদুন জগোই শাগনি। মথুৎ

অমুকুমু থাদোক্কনি। ভয়্ য়েংকি থোঙ্দোন্ অনীন থোঙ্ নাম্গি মাঙ্দ তাসুক্ অমুক্ নেংলগা মাগি মাগি হান্নগি মকম্ মফম্দ অমুক্ হন্দোক্লগা লেপ্কনি। হক্চাং চোংন চোংন থোঙ্থাং অসি তৌগদবনি। থোঙ্থাংগংতুন চোংগদবদি নত্তে। পায়্নবিব খুৎ অনী অদু পূন্ন থোঙ্থাং চান গাইনগনি। অরেপ্প খুৎ নাম নামন অমগিন য়েংলোম্দ, অমগিন ভয়্রোম্দ নাকোঙ্ মপা মপাদ খুৎ থাঙ্গৎন্তুন জগোই শাগনি।

## ঈশৈ।

নরুই পেঙ্ নরুই হোং মাই লৌ হৈ।
হৈরাং মভা লাংগু তাউ।
হে মেলো লাংগু তাউ।
অথম্ মেলো লাংগু তাউ।
অনুথাই থাই থাই থাই।
ভেরা কোহিং কোই কোই।
কচিরা কোহিং কোই কোই।
হৈ লৌ মাই।

মাইবী অনীন মখুৎ শম্নতুন লাকপ অদু থাদোক্লগা জগোই শাগে হায়্রবদি মথাগি ঈশৈ অসি শক্নি। খুৎ অনীমক্ নাকোং মপা মপাদ থাংগংতূন খুবাক্ তিংন খুদোন্ন মথক্ত ভনগংলগা খুবাক্ অদু লয়্থোক্ লয়্শিল্ তৌগনি। থোঙথাং হান্নগি অদু মভায়্।

## ঈশৈ।

চিঙঙ্ন থোইয়ুম্ লাইনিংথৌ ঙঃ ঙঃ ঙঃ
য়োয়্বুন থোইমোম্ লাইরেম্মা,

চিঙ্‌ঙু নতৈ ননাওন
অয়ুকৃকি য়েনদ অঙনব,
ওরাগি চাক্‌ওল্‌ চাদুন
চৈরন ফিজেৎ লৈতেংলে।
কংলৈ নংগি নঙ্মাঙ্,
থৌবাম্‌ নঙ্‌গি লাংপুরোয়্‌.
চেক্‌লা নঙ্‌গি চাক্‌তাকম.
পোম্‌বীন নঙ্‌গি কায়্‌দোংকম.
চিঙ্‌ঙু লাইথাম্‌ পুন্নগ
হনাউ মথোই কারুব
থৌদোক্‌ কুম্মৈ শান্নব
নিঙ্‌থিরে ফজরে দে।
চিঙঙুন খোইয়ুম্‌ লাইমিংথৌ ঙঃ ঙঃ ঙঃ
সনান শঙ্‌গাই ন্নুংঙাইব.
মীরাইমন কাঙমদ
পোংলাইমন য়োঙমদ
পান্নন লৈব লোক্‌কুমন
শোংকিনব শঙ্‌নিদা
খুবোমন তাংদ থুনিঙ্‌দ
সনাগি থম্বাল্‌ তানীন
ঈঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌ন শাংকাইরে রেং রেং রেং।
সোরারেনগি লৈবাক্‌,
সনা থম্বৌ তোননিংথৌ লাইফাওরে দে।

শজিক্‌ন তানী থোক্‌পগুম্‌
থবান অনী পান্‌বগুম্‌
সনান ফম্বাল্‌ লাংলিব
নিঙ্‌থিরে ফজরে দে।
নদাইরেম্‌ খুঙ্গঙ্‌ অচৌব,
খুঙ্গাউববু পীবিয়ু।
লৈচাউববু পীবিয়ু।
লাইনিংথৌ লাইরেম্ম দে।
চিঙঙু ঈবুংঙো থোইয়ম্‌ ঈবেম্ম,
কোরঙ চুপ্প শান্নব,
য়াঙবল্‌ চুপ্প শান্নবদি
অহিং ঈনুং শোয়্‌য়াইমদ
নদাইরেম্‌ খুঙ্গঙ্‌ অচৌবগি
নম্মু মীপুম্‌ য়াৎতন,
থরায়্‌ মিরেল চঙ্‌থোন্‌ববু
চেৎন চান্নন কোন্‌শিন্‌বিয়ু।
শিঙেল্‌ল লৈকা থক্ক
তেংথাবসি।
লৈরাং লৈয়োনন্নুংদ হল্লিনবিরো।

অসি হায়্‌দুন মাইবীন লাইদ খুরুম্‌গনি।

মাইবীন খুবাক অনীরক্‌ খুরগ খুবাক্‌ অনীরক্‌ তিংগনি। খুৎ হেৎন লাইয়িংথৌদ হান্নন ওয়্‌গি লেংজুম্‌ মপাদ তিংথোক্কনি। অদুগ

খুং ওয়ন লাইরেম্মদ য়েংকি লেংবাল্ মপাদ তিংথোক্পদা ওয়্গি খোঙ্ন য়েংকি খুমিং মপাদ খুনিঙ্ কাঙ্ন খুদোল্ লৈতাগনি। অসুম্ন খোঙ্ অনীমক্ তৌগনি।

মাসি লোইরগ মাইবীন পুরিব ইন্নফিন য়োম্ব ময়োম্ অদূ থোক্লগ লৈশিং অদূ লাইদ কৎশিল্লমগনি। ফিজঙ্ ফি অদূন লাইগি থৌগল্ তৌরিব মী ৪ লেপ্লিব অতুদ হান্নগুম্ন অমুক থল্হনগনি। হন্দক্ন থর য়াংখৎহনগনি অদূগ ফিবূল অনী অদূদি খূদা শেন্ নূপী মচা অনীন পুরিব অতুদ অমুক্ হাপ্কনি। মসিদ মাইবী অমসুং পেনাখোংবগি থবক্ লোইরে।

# নিপাল্শুব তাংকক্

## লাইরেল মথেক্।

লাইবৌগি থবক্ লোইখ্রব মতুংদ লাই খুকম্লগ লেপ্লিব লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম অনীগি লাই পুবনচিংবা থৌগল্গি মী অমসুং লাইবৌদ য়াওরিবা মী পূম্নমক অদূ লাইরেম্মন লাইনিংথৌগি মাঙ্দ অতুগ লাইরেম্মগি ওয়্গি পরেংদ য়াঙব মীন লাইমিংথৌগি য়েংকি পরেংদ য়াঙব মপা মপা থোক্প মীশিং অতুগি মমাঙ্ মমাঙ্দ চঙ্শিল্লগ পরেং অমত ওইন চৎকনি। মাইবন পরেং অসিগি খ্যাইগি মাঙ্ থাতুন চৎকনি। মাসি অহানবদ থংজিংলোম্দগি হৌন হায়্বদি হরাউরিব লাই অদূগি মায়োন্ য়েংলগ লাইয়িংথৌগি য়েংলোম্দগি হৌন চৎকনি। চোঙ্থোঙ্ মরি অদূ য়েৎন য়েংন

চংকনি। চোঙ্‌থোঙ্‌ মরি অসি মায়কৈ মরিগি চুপ্‌ ওইনা খঙ্‌নৈ। অসুমন মথং মথং চংলকপন লাইবৌলা থারম্বগি মফম্‌, ফি খল্‌লিবা অদুগি ময়ায়দ মমৈগ মকোক্‌ক হেক্‌ থেংনগনি। মাসি মমৈগ মকোক্‌ক চীক্লব হায়না কৌই।

১। লাইশঙ্‌ ২। লাইশঙ্‌ ৩। লাইশঙ্‌ ৪। লাইশঙ্‌




১০ ৫। লাইশঙ্‌



লাইরেল্ মথেক্ চৎপগি মণ্ডঙ্দি মথক্ত য়েক্লিব অসিনি। মাসি থারিব নম্বরগি খুচৎ মন্নুংদ ইরিব অঙ্ক অসিগি মতুংইন্নন ফিজঙ মথাদ লিৎতুন চৎকদবনি। নম্বরগি ১ থাব মচিন্দগি হৌরগ ২ থাব য়োবশি মণ্ডঙ্ অসি চৎলগ নম্বর ২ গি মণ্ডঙ্ অসি ৩ দগি ৪ য়োবদ লৈরিব মণ্ডঙ অসি চৎকনি। অদুদগি নম্বর ৩গি ৫ দগি ৬ ফাওবদ য়েকলিব মণ্ডঙ অসি চৎলগ নম্বর ৪ গি ৭তগি ৮ ফাওব য়েক্লিব মণ্ডঙ্ অসি তানব চৎকনি। অদুগি মতুং নম্বর ৫ গি মশিঙ ৯ ইরিব অসিদগি হৌদুন ১০ য়োবদ চৎলিব খোঙচৎ অসি কায়্দন চৎক্দবনি। লাইরেল্ মথেক্ চৎপদ পরেং তৎপ, কায়্ব য়াদে। করিগুম্ব তৎপা কায়্ব থোক্রবদি হরাউরিব লম্ শমস্নুং লৈবাক্কি অনা-অয়েক্, য়াথোক লাথোক্নচিংব তৌগল্লি। লাইরিক্ অসিদ য়েক্লিব মথেক্ অসি য়ুম্জাউ পাকল্ কৌই। লাইরেল্ মথেক্ মথন্ মাপল্নি। মাদুগি মন্নুংদ য়ুম্জাউ পাকল্ অসিন কংলৈ হরাউবদ চৎনৈ। মোইরাং হরাউবদ তিল্লু লাইরু পাকল্ চৎনৈ।

নম্বর ৫ অসিদ মথাদ লিৎপ মীন হেক্ লোইবদ থল্লিব ফি অদু লওথোক্লগ চোঙ্ পায়্বনচিংবা মীপা মরি অদু পরেং অদুদ মখোয়্না হান্নন লৈরম্ব মফম্ অদুদ চঙ্লগ ময়াম্ চৎলিব অদুদ য়াওগনি। অসুমন চৎলক্প অসিন নম্বর ৫ অসি লোইরগ লাক্পন মকোক্ন ল্যাইগি মমাঙ্ হেক্ য়োরক্পদ মী পুন্নমক্ লেপ্লগ হান্নগি লাইবৌদ চৎপা অদুমন্ পরেং অনীথোক্ লাইয়িং-থৌন য়েৎ থংন, লাইরেম্মন ওয় থংদুন মথং মনাউ লাই পুবন-চিংব অদু কায়্দন অমুক্ লৈগনি।

মথংদ লাইমাঙ্দ পরেং অনী থোক্ল লেপ্লিব অদুন লাই শূমাঙ্ অহূ কোয়্রক্পদ থংজিঙ্ থংব ( সম্থোঙ্ থংব ) চিথেক্ য়োবদ য়েংথংব পরেংন ওয়্দ, ওয় থংব পরেংন য়েত্ত ওন্থোক্তুন লেপ্কনি। মাদু তৌরগ মাইবন হায়্গনি।

**মাইবা**— হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্ম মনাইশা

**ময়াম্**— হাউ।

**মাইবা** - লাইগ লাইগ, চোঙ্গ চোঙ্গ, থাঙগ থাঙ্গ, হুমাইগ হুমাইগ, থূদাশেল্ কাঙশেল্, শেন্পোৎ, লাইপোৎ, লাই-নিংথৌ মনাই লাইরেম্ম মনাই নপা নপা ওনশিনদূন খূবাক্ক খূবাক্ক খুজ্ঞাউনব, লৈচাউনব 'য়া-য়া' তৌসিকো, 'হো য়ায়া য়ায়া য়া।' অস্সুম্ন অহুম্লক্ লাউগনি।

**ময়াম**— হো য়ায়া য়ায়া য়া। অস্সুম্ন অহুমলক্ খুম্গনি।

মাসি লোইরগ অমুক লাইয়িংথৌন য়েংথংন চৎলগ লাইরেম্মন ওয়্যরোম্দ চৎকনি। মাসি মাইবন লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্ম মনাইশা নপা নপা লান্থোক্লরো হায়্ন ল্যাউগনি। অতুগা লান্থোক্-নগদবনি। অস্সুম্ তৌন য়্রাংবরেল্, মারজিঙ্, কৌব্রু মাইকৈ মরিমক্ত থংজিঙ্দ তৌরিব অস্সুম্ন ইকায়্ কায়্দন তৌগনি। কৌব্রু লাই-চিদ তৌরগ মাইবন লাইনিংথৌগি পরেংবু চিংগনি। অতুগ পেনা থোংব নত্রগ মাইবীদন লাইরেম্মগি পরেং চিংতুনা চৎকনি। লাই-য়িংথৌগি পরেংন য়েংলোম্দ অতুম্মক্ শূমাঙ্ অদু কোয়ন চংকনি। লাইরেম্মগি পরেংন ওয়্যরোম্দ কোয়্ন চংথিগনি। মতৌ অস্সুম্ন ওন্নতৈনব মায়্কৈদ চংনতুন কোয়্ব অহুম্লক্ শুরক্পদ লাইমাঙ্ মপাগি লাইবৌলা থারিব অদুগি মপালুলোম্দ লাইরেম্মগি পরেংন

লাইরেম্মাগি মমাঙ চুম্ন চঙশিল্লকনি। অতুগ লাইয়িংথৌগি পরেংস্থু লাইয়িংথৌগি মমাঙ চুম্ন চংশিল্লকনি।

লাইমাঙ য়ৌরগা অমুক্ হন্না লাইয়িংথৌগি পরেংন য়েৎ-লোম্দ লয়থোক্লুন মায় ওন্থোক্লগ শূমাঙ মতোল্লোম্দ মপা চুম্ন চংকনি। অদুগ লাইরেম্মগি পরেংস্থু ওয়রোম্দ লয়শিল্-লক্লুন মমাঙদ লাইয়িংথৌগি পরেংন চংলিব অদুগ চংমিন্নরগ শূমাঙ মতোল্ হেক্ য়ৌরগ অমুক্ লাইরোম্দ লয়গিল্লকনি। লাইয়িংথৌ পরেংন ওয়রোম্দ লাইরেম্মগি পরেংন য়েৎলোম্দ লয়রগা লাইদ মায় ওন্শিন্দুন লাক্কনি। লাইগি মমাঙ য়ৌরগ চপমান্নন লেপকনি। ময়াম্ন লেপ্লব মতম্দ 'মাইবন লাইকারসে' হায়ন লাউগনি। মাতু তাবদ মাইবীন থোরক্লুন লাইগি পোৎ অমস্থুং লাই ওক্কনি। লাই ওক্প লোইরগ ময়াম্ন ইকোয় কোয়্ন লেপ্লগ মাইবন ঈশৈ হন্তুন লাইপুঙ য়ৈরগ ময়াম্ন ঈশৈ খুম্গনি।

## ইশৈ

রাকোল্লো রাকোল্লো,
রাকোনন্ কাপ্প শিকাপ্প,
রাকোল্ তনোয় নোয়।
থোয়দিংও থোয়দিংও,
থোয়দিং মকেরে।
হংগামও হংগামও,
হংগাম্ মকারাম্।
কাবোকও কাবোকও

কবোক্ মকারাম্
চিঙ্‌দগি ব্লাকোন্‌ন
তম্‌দ তাগে হায়্‌রেদো।
ব্লাকোন্‌ন ফাসে লিফাসে।
ব্লাকোল্ কনোয়্ নোয়্।
তম্‌দ পাইব ব্লাইন্তন,
চিঙ্‌দ পাইগে হায়্‌রেদো।
ব্লাইন্থু ইনেম্ নেম্।

মতম অসিদ লাইপুঙ্ (হরাউপুঙ্) অসি খোঁবদগি লোইব ফাউব মুথক্ পুঙ্‌লোন্ য়ৈগনি।

**পুঙ্‌লোন্**—দোং দোং দোঙ্‌ন থাগনি। খুবাক্ খুগনি, পেনাদি য়াওরোই। তাল্‌দি অখু অতপ্ অনীমক্ য়াই। থাবদি খুগনি।

**য়েংগদব**— ব্লাকোল্ লাউব মথক্‌কি মরোল্ অসি লাই শান্নরিডৈগি মতুংদ নোংমগি লাই লোইশিন্‌বগি শৈশক্‌কি মরোন্‌নি। লাই হরাউব লোইব তুমিংতদি ঈশৈ পুন্নমক্ মান্নবগ "ব্লাকোন্‌ন ফাসে লিফাসে" হায়্‌ব ব্লাহয়্ অসিগি মহুত "ব্লাকোন্‌ন থাসে লিথাসে" অমুগ "কনোয় নোয়"গি মহুত্ত "তনোয়্ নোয়্" শিন্‌গনি মাসি কায়্‌রবদি লাই হরাউরিব খুল্ অদুগি কম্না ফত্তে। চাপোক্‌পদ চিংনবদগি ফত্তব থোক্‌ই হায়ন লাইহরাউবগি অরিব লাইরোন্দ ইরি, লাইরোই নুমিত্ত লোংথোন্‌ব ফাউব লোইরগা লাই-বৌলা থাফম্‌দ পেনাখোংবন লাইদ ওন্‌শিন্‌লগ লেপ্তুন হোইরও হয়া হন্‌জিন্‌গনি। মতম্ অসিদ থরায়্‌মি কোন্‌শিন্‌গনি। মথং

পাদোলগি মাইবী জগোই অদু শাগনি। মাসি লাইরোই নুমিৎ-তগিনি। মরককি অতৈ নুমিৎকি নত্তে।

## কংলৈ থোক্পা

লাই হরাউব নুমিৎ ৫ নি, ৭ নি, ৯ নি অমসুং ১১ নি গুরকপদ লাই কংলৈ থোক্পা হায়্‌ব অমা শান্নে। মাসি লাইয়িংথৌ থোয়্‌রী ফাবন নুপী গিথিব অদুগি মণ্ডপদ মাইবীন কায়্‌দন তম্নগ লাই অসিবু পূজা তৌবনি। মাসিগি মরোল্ অকপ্পদি থোয়্‌রী ফাবন নোংকুম্‌বা হায়ব লাইরিক অদুদ য়াম্ন কুপ্ন য়াওরি। লাই হরাউবগি লাইরিক্ত অসুমন ইরি ঃ—

"চরৈ ফিরুক্ খুমন কাঙ্‌হুলেংদ থোংন নমু মীয়াম্ তিনবলক্ত চঙ্‌ন তাল্লোয়্ তুথি তম্‌থিবেদি কদৌনোংকিনো হায়্‌নসু লহাল্ নোংকি য়াপু লৈয়ে। শেল্লোয়্ লৈহৌ চিঙ্‌তা থাপী মথি নাইনা অমাই মলাঙ হৌনা চিঙঙু লাইয়াম্ লেংকাতিন্ খোইয়ুম মহীশাং পূম্না হুপ্‌না লহাল্ নোং মালেম লৈশেম থৌপু থৌকাউ-থিকনিয়ে হায়না য়াওইলক্‌উগি চিঙঙু হোইলাউপব্ খোইয়ুম মশাং হৌরক্‌পব্ থৌথোক্ তেন্‌পান্‌নিঙ্‌লপগিবু চিঙঙু নোংথৌ সোরা-রেন্‌কি মপারি নোংথৌ থোয়্‌রী হাইবা নাউরা থোয়্‌তাং শিংপনা কাংহু লেংকা থোংনা তাল্লোয়্ তুয়িল্ তম্‌থিবে লংমাই তেংনা য়ম-কাথিবপু চিঙঙু লাইয়াম্‌কি তোইতাও পূক্লিং তিংন নোক্লবনে। চিঙঙু লাইয়াম্ লেংনা তিন্‌বনা অসুম্‌না থৌথোক্‌থিবগি য়াপু থৌকাউফরোইয়ে হায়্‌না য়াওইথিপকিপু খোইয়ুম্ লাইগি হরাউ তোইদাও খুদিঙ্‌দ থাপীন য়োসুন তাল্লোয়্ তুথি তম্‌থিবনে

হায়্তপরা মরম্ অসিন হৌজিক্ লাই হরাউব মতম্দ মাইবীন ফিরুক্ খুম্থুন কাঙ্জয়্ কাঙ্থু পায়্দুন লৈশাবী অমবু্কোংলি। অতুগ মাইবীগ লাইমাঙ্দ জগোই শামিনবৈ। মাসি লাইনূপী থিব কৌই।

মথক্ত হায়্রির লাইনূপী থিবগি থবক্ অসি হৌজিক্তি তোক্লরে। মরম্দি মাসি তৌবদ লীক্ তংপ ফিশেগাইবনচিংবগি রা থোকলে মতাং অসি লৌথোক্পিয়্হায়্ন লোইশঙ্দ প্রজ্ঞান য়ানিঙ্দব উত্তূন য়াম্ন তোয়্ন হাইরব মরম্ন হিরম অতৈদি শুন তৌরগ কাঙ্-জয়্ন নূপী কোংপগি শরুক্অসি লৌথোক্পনি। মাসিগি মরম্দ পুরাননচিংব য়েংলগ শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম্ চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবন তাং ৫।৫।৫৮ ইংদ প্রজান পাম্দব নূপী কোংপগি মতাং অসি কক্লগ মুক্রা, কাঙ্জয়্ ফাওব শান্নরগ নূপী কোংপ অসি কক্-থিবনি। মাসি মণিপুরগি লাইপুং পুন্নমক্ত থঙহনখ্রবনি। হৌজিক্তি পুজাত তৌরগ নূপী কাঙ্জয়্ন কোংপগি থবক্অসিদি শননদ্রে।

## কংলৈ থোক্পগী মওঙ্ঃ-

অহানবদ হোউ লাউগ্নগ মাইবীশিংন লাইমাঙ্দ জগোই শাগনি। লাইচিংবদগিন হৌন জগোই শারগ লাই তোংলক্প মতম্দ পুঙস্থ পেনাস্থ লেপ্তূন মখোল্ থোক্তন তুমিনন লৈরগ মাইবী অতুন লাই তোংলগ লাইপাউ ঙাইহাক চেন্গনি। অতুগি মথংদ খোয়্রী ফাবগ লোইয়ারাক্পগ মুক্রা শান্নগনি। মাসি লাইরোন্দ হায়্বনি। মাইবী অমত্তন মুক্রা শান্নবগি মওঙ্ অদু তৌরগ মচিন্ন রা অতুম্ ঙাঙ্গনি। মুক্রা অসি শিনন শিনন থারে হায়্ন হায়রগ

মথংদ কাণ্ডৈজে শাম্নগে হায়রক্কনি। মতম্ অতুদ কাচৈজে অমগ কাণ্ড্রুম্ অমগ পীগনি।

## কাণ্ডজয় শাম্নবগি মওংদি ঃ-

অহানবদ থাংজিঙ্ লোম্দ কাণ্ড্রুম্ অদু লৈপাক্ তাহনদন থোম্গনি। মথংদ কাণ্ড্রুম্ অদু খুল্লরগ অমুক্ মারজিঙ্লোম্দ থোম্-গনি। অতুদগি কাণ্ড্রুম্ অদু অমুক্ খুল্লরগ ৱাঙ্বরেল্ লোম্দ থোম্গনি। মথংদ কৌব্রু রোম্দ থোম্গনি। ইরোই লোইবদ লাইশঙ্ মন্নুং লোম্দ থোম্জিন্গনি। অতুগি মতুংদ কাণ্ড্জয় অদু য়েং থংব লেংবান্দ থাঙ্গৎতুন ঈশৈ শক্কনি

ঈশৈ।

তুবী চিঙ্লাই লৈম,
য়া কদেং চানবীদি ঈশানৌ
শানৌদগি ইয়া তম্ফা ঈনেম্মচা পাম্মুবী,,
চসি কোরও নুমিৎত
শানৌ মার থোঙ্গল্ লীরক্পবু,
উথিদ্রেকো ঈশানৌ
শানৌ তম্ফা ঈনেম্মচাবু
লৈকাই পম্বাল্ লান্দুন
খাম্বী মৈরওববু চৎখিবরা
উরক্তরেকো ঈশানৌ,
তম্ফা ঈশানৌবু
নপল্গি ভুবেল্ চেংলৈ মপান্দ

উতি শম্‌থোঙ্‌ শেংথিবরা ?
চেঙ্‌হী শম্বাল্‌ লাংথিবরা ?
পম্খৌগি মোংব য়ুম্জাউ ন্নুংদ ( অচৌবদ )
শমলাং তোয়্‌ন নানুন
শমজেং তোনান্‌বিবু হাৎলিবরা ?
শানৌ ঈনেম্মচাবু
লৈকাই পম্বাল্‌ লানদুন
কৈরোয়্‌ মবুংলক্ত থেৎতুন
শানৌ মমান্নব মরক্তবু তিনদুন
চেক্‌ফৈ কাংমিবু তমথিবরা ? ( লওথিবরা )
লম্থা পানজলব লওথিবরা ?
মপলগি হাওরওনি লানশোনবীগি লময়ায়্‌দ
নুবা খাঙ্‌চেৎ মচি নাইন
কৈজা পোপ্‌তেক্‌পু লয়ত্তুন
লোইমোম কৌমিবু লাংখিবরা ?
খোয়্‌নৌ চান্নবী-ও।
তমফা ঈনেম্মচাবু
চেংলৌ শক্‌পু উবরা ?
কোংলোয়্‌ পাউদম্‌বিয়্রদা।

অসি হায়্‌ন ঈশৈ শক্তন থিরক্‌পদ থেংনত্রদুন চম্‌ মতেক্‌ ৭ থক্‌ পয়্‌দুন মমাঙ্‌লোম্‌দ লংথোকনি। খাইদগি লাপ্প তাব চম্‌গি মচিনুন ওম্থোক্‌তুন তারিব মচিল্‌ অদুন তাব মাম্নকৈদ মান থিরক্লিব

নূপী অদ্ লৈরে হায়রব খঙই। অদুগি মতুংইন্না মীয়াম্ মরক্তা চেন্-শিন্দুনা মান কাঙজয় কোংপদ থেংনুব নূপী লৈশাবী অদ্ মান থিব নূপী অদনি। অমুমনা লাই নূপী থি। অদদগি নূপী মচা অদগ মাইবী অদগ খুৎ শম্নদুনা থোরক্লগ লাইগি মমাঙদ লৈশী জগোই শাগনি। মাসি নূপী মচা অদুনা হৈত্রগ মান হৈব মওঙদ অমা শাব য়াই। খুৎ অনী থাংগৎলগ মান হৈব অমা শাদব য়াদে। লৈশী জগোইনা মাইবী-তুনা শাগনি। জগোই শামিন্নব লোইরগ নূপী মচা অদুগি দমকত ফনেক ১গ ইন্নফি অমগ হয়রক্কনচিংব নিংথিন শেম্দুনা পীগনি। লাইগি অরৈবদগি লওদুনা পীগদবনি। মাসিগি মতুংদ মাইবনা নূপী মচা অদুবু তাইরেল্ মনান অনম্ অথৌ কোক্‌পিগনি। লাইতোংব মাইবীগ শোক্লবগিদমক্ অনম্ অথৌ কোক্‌থোক্‌পনি নোং ডাল্লগ নূপী মচা অদুগি মমা মপানা নূপী মচা অদুগি য়াইফনব ডম্জব হয়রক্ক্ লাইদ কংকনি।

করিগুম্বা হরাউরিব লাই অদু হরাওরিবৈদ লুক্ কংপ তারবদি লাইচা ফব নুমিৎ য়েংলগ ৩ নি, ৫ নি, ৭ নি শুরক্‌পদ কংকনি। অদুগ নুমিৎ খুদিঙ কংপ লাইগিদি মাসি য়েংদে।

## লাইরোই।

লাই হরাউব লোইব নুমিৎকি নুমিদাংদ তৌগদবদি অহানবদ ঔগ্রিগিদমক্ থওরী লীশাং ৪ লাতোন্ অমগি মথক্ত থম্‌গনি। লাই কাবগি নত্র ৫০।৫০ লা মথক্ত থম্‌গনি। (নত্র হায়বদি য়েংদো নত্রগ রা শাব)। মাসি লাইনিংথৌ লাইরেম্মগি ন্যাকল্ অনীদ ৫০।৫০ তোঙডানুনা থমগনি। অনম্ অথৌগি মপোৎ

শুন থম্গনি। অতুগ মৈথূ থাওমৈনচিংব পূজাগি পোৎলম্ শুন থম্গনি। মাইবীগি শরিক্ অমা কি অমন শরিককি থূৎপায়্-ফম্দ পুল্লগা নাক্-য়েন্ভ ফিজিল্ অনী অতু শাংন হেন্দোকুহল্লগ লাইমাঙ্দ লা থাতুন থম্গনি। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি মমাঙ্দ লা মচেং ৫০।৫০ তোঙডাল্ তোঙডাল্ থম্গনি। লা মচেং অসিবু হ্য়থী, য়েন্থী হায়্রন কৌই। মাসি লোইরগা পোং পুম্নমক্ লাইদ কৎলগ মাইবন অনম্ অথৌ কোকনি। লাইশোন্দি-য়ুম্দাই নাকৃশেং, নাইহেরোল্ লম্বূব লম্মিংলোন্, পোংনিং, তুতঙ-রোল্, তুতেংলোন্ অসি শোল্লগ অরোইবদ অতাই লাইশোল্ শোন্গনি। মাসি হেক্ লোইবগ মাইবীন থাঙ্ থাবগি থবক্ তৌগনি।

লাই হরাউরিব শুমাঙ্ অতুগি থংজিঙ্লোম্ থংব (শন্থোঙ্) মচি অতুদ চরুন থারগ মথক্ত লা লাতোল্ অহুম্ লোনন থাগনি। মথক্ত কি মরাক্ তাইব অমা অহুম্থোক্ল থুপ্লগ থাগনি। মথক্ত লাইবৌ লৈহুল্ অদু হুন্গনি। মাসি নতুন চুবা লৈহুল্ হাপ্-কনি। লাইয়িংথৌগি লৈহুন্দ লাইয়িংথৌগি থাঙ্ন নন্দুন থম্গনি। লাইরেম্মগি লৈহুন্দ লাইরেম্মগি থাঙ্ন নমদুন থম্গনি। থাঙ্ অনীগি নাকল্ অনীদ ফিরাল্ অনী থম্গনি। থাঙ্ অমত্তুং ফি-রাল্গি মতোন্ন থাংজিঙ্লোম্দ শুনগনি, অতুমন্ন থাঙ্ থাগনি। অতুগ পুঙ্মৈয়তুন পেনা থোংলগ মাইবী অনীন মায়্ শন্থোঙ্ ওম্ন লেপ্লগ লাইচিংথোকৃপগি জগোই পুম্নমক্ শাগমি।

মাইবীন জগোই শাব মতম্ অসিদ লাই শুমাঙ্গি চিথেক্ মরিমক্ত মৈ হোগনি। মৈ অদু মুৎহেদে। চিথেক্ মরি অদু শম্-

দুনা চৎহৈদে। লাই লম্লান্ব কৌই : করিগুম্ব চৎলুব থোক্লবদি অনম্ অথৌ কোক্কনি, লাইদ হয়রুক্ কৎকনি।

মাইবীন লাই চিংবগি জগোই শাব লোইরগ লা থারিব অদূগি অকোয়্বদ মাইকৈ লাক্তূন হান্ন তৌথিব অদূগুম্ন লাইরেল্ মথেক্ কায়্দন চৎকনি। লাইরেল্ মথেক্ চৎপা লোইরগ মাইবী অমন লা মথক্তগি থাঙ্ অনী অদূ খূৎ পাইফম্দ পায়্রগ লোথৎকনি। মাইবী অমন ফিরাল্ অনী অদূ পায়গনি। মাইবী অনী অদূন মান্ মান্ পায়-রিব থাঙ্ ফিরাল অদূন হক্চাং শাবগি মঙঙ্গ মান্ন কোক্তগি হৌন হকচাং কায়াং পূম্নমক্ মথং মথং শোকৃকনি। মতম্ অসিদ মাইবী অনীমক ব্রা ঙাংব য়াদে। মাসি লোইরগ থাঙ্ অমস্তুং ফিরাল্ অদূ তোপ্ন তোপ্ন খূজেঙ্ লয়্দূন হাইগনি। ঙাইহাক্ হাইররম্লগ লাই শূমাঙ্ ফাওতুন চোংন চোংন চৎলগ চিঙ্থৈদ মারজিঙ্ মপাদ হক্চাং কায়াৎ শোকৃপ অমস্তুং থাং ফিরাল্ হাইব অদূ তৌগনি। অস্তুম্ন ব্রাং বরেল্ কৌব্রুদস্থ তৌগনি। মাসি লোইরগ থাঙ্ ফিরাল্ অনীমক্ থাং-জিংলোম্দ লা থারিব হান্নগি মফম্ অদূদ থম্গনি। মথংদ মাইবী অনীমক্ খূৎ য়েৎন থাঙ্ ওয়্ন ফিরাল্ লওথক্তূন পায়্রগ মাইবী ১ না লেপ্হওরগ অমন মারজিঙ্ তান্ন চক্তূন লেপ্লুগনি। অদূদগি মথোয়্ অনীমক্ চোংন চোংন চঙ্শিন্নরক্তূন লাইবৌ লা থারম্ব মফম অদূদ থাঙ্গ থাঙ্গ ফিরাল্গ ফিরাল্গ অমুক্ অমুক্ চূনরম্গনি।

**য়েংগদব** :—থাঙ্ অনী থেংনব অসী মৈ হওহনব য়াদে। চুম্ন থেংনরগ লোইরে। অস্তুম্ন থাঙ্ অনী চূনব লোইরগ থাংজিংলোম্গি মাইবীন মারজিঙ্দ, মারজিঙ্গি মাইবীন থাংজিঙ্দ য়োনব চৎনরুরগ

অমুক্ হল্লক্তূন হান্নন চূনথিব মফম্ শূমাঙ্ ময়ায়্দ অমুক্ চূনরমগনি। অসুম্ন হঙ্গৎ-হন্দা চূনব অসি অহুম্লক্ তৌগনি। মথংদ থাং-জিঙ্গি মাইবীন কৌক্রদ অহুগ মারজিঙ্গি মাইবীন ৱাংবরেল্দ চক্তূন লেপ্পরগ হান্নন তৌথিবগুম্ন অহুম্লক্ অমুক্ চূনগনি। অকোন্ব চূনব হৌরক্প অসি মাইবী অনীন মথাগি ঈশৈ অসি অৱাই অথুম্ শক্নগনি।

## ঈশৈ।

লাইবৌ লোইবগি চোঙ্থোঙ্ শান্নবগি ঈশৈ অদু শক্প য়াই।

অদুগি মখাদ মথাগি অসি হাপ্কদবনি।

“নোংপোক্ মালং হুম্মোইব, নোংপোক্ মালং হুম্মোইব আ, নকোক্ত চিরোঙ্ থেৎচিল্লে। ননাদ চোম্লাং য়ান্শিল্লে। খুবোম্দ য়াইশি লোন্শিল্লে খুদাংদ হাইচৌ শিজিল্লে। তাংখুল্গি শক্ফম্ হোংদে কো ওঃ হল্হৌরো দে।

মাসি শক্ন শক্ন থাঙ্গ থাঙ্গ, ফিরান্গ ফিরান্গ চূনগনি। চূনব লোইরগ হন্দোক্লবদ মথাগি অসি অমুক্ শক্লগনি।

## ঈশৈ

হল্লরোইনে নূরাবী, হল্লরোইনে নূরাবী, মুংশিৎপু লাংদ থুবরা? লিন্বু শৌন য়ুবরা? ঈশিংবু শায়্দূন য়োৎপরা? তূমিৎপু লম্বুন থিন্বরা? কৌজেঙ্বু তেন্নন পান্বরা? ওঃ ওঃ হল্লরোই। ওঃ ওঃ হল্লরোই দে।

নোংপোক্ন মালং হুম্মোইব নঙন ঐবু পাম্লগ পন্থৌগি কোঙ্য়াঙ্ ৱাথোঙ্দ, পন্থৌগি খোঙ্য়াঙ্ ৱাথোঙ্দ খওংগি লাব ৭ ক

পুখম. শেনজা ৭ ক ঐবু পোকপ পম্মোগ নিংঙোনবু পোকপী পলেমগ ফমলিডৈগি মতম দ হায়জরো। লৈবিগে দে।

হল্লরোইদ নূরাবী, নঙন ঐবু পাম্লগ, নঙন ঐবু পাম্লগ নঙবুন পোকপ পম্মোগ নিংঙোন্ন পোকপী পলেমগ ও হায়হললো ও লৌবিগে দে।

(মথাদ অরায়. অথুম শকপ য়ারি) মতাং অসিদ অহুমলক চুনরগনি। মাসি লোইরগ থাঙ ফিরাল অদু হাননগি মফমদ থম্লগনি। অদূদগি থাঙ. ফিরাল লওথংতুন লাইগি মনাক্ত থমলুগনি। অদূগ মফম অদূ শেংদোক্কনি। অসিগি মতুংদ লওতারোল. ঈশৈ শক্তুন মাইবীন হাওফি শেৎলগ খূৎলঙনূপী, খ্বাঙজেৎ শেৎপী য়েংদৌ লম মরুম শাংব অমমম পায়বী ৭ সু পরেং অমী থোকন লাইদ ওনশিন্ন লেপ্তুন লৈগনি। অদূগ নূরাবী শাবী মাইবী অদূন শম অমা য়াল্লগ মথুৎত লাইগি য়োং মচা অদূ পায়রদূন লওতাব অদূ য়াওগনি। অদূগ শম অদূদ লফোই কবোক্কি ময়োম অম লান য়োম্লগ পয়ান পূনদূন হাপকনি। মাদূদ লওতাবগি ঈশৈ শক্কনি।

**য়েংগদব**:—লওতাবদ শরম নূরাবী শাবী মাইবী অদূ মাইবীগি ফি শেৎলোই। শরম নূপীগি ফিজেৎ শেৎকনি।

অহানবদ শককদব ঈশৈদি হরাউরকপদ লাইগি থৌগনদ অশোয়ব, অকায়ব য়াওথিব থিবিকপু ডাকপিনব অত্থগ খুলগি লৈবাক নিংথৌগিসু য়াইফব পীবিনব লাইদ হায়জব ঈশৈ ওইন শক্কনি।

## ঈশৈ

চিঙঙু ঈবুংঙো হা থোইয়ুম্ লাইনিংথৌ ঈবুংঙো ( হরাউরিব লাইগি মমিং ) নশানৌ ঈবেম্ম ( লাইরেম্মগি মমিং ) য়োয়বু থোইমোম্ লাইরেম্ম অনীন হরাউ নঙগি শকশেম তম থোথোক্ কুম্মে তৌরকপবু হা ঈবুংঙো নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবন খুম্নক মনিল্ নাই, খুনথা মরাঙবু হওরদূন লিক্লাং কোন্দেং ফেঙন ঈবুংঙো ঈবেম্মগি কংলৈ নশূমাঙদ ঙসিগ থান ঙ্গুমিং ( মশিঙ পন্নন ) নি হরাউ শকশেম্ তমববু চিঙঙু ঈবুংঙো ঙসি লাইরেন কোরও ঙ্গুমিত্ত তিনচা লাইচা ফত্তববু চিঙঙুব নঙাকথোক্কি থোয়ূম ঙাকপিরম্মু ঈবুংঙো। চিঙঙু ঈবুংঙো নদাইরেম ঈপা ঈচা শঙ অহুম্মকপূ কূম লদূন নশূ ঈবুংঙো লাইরেল ননোংয়ায়গি য়ারা পুনশি চারি ঙ্গুংশাংববু পীনবিরমউ ঈবুংঙো। চিঙঙু ঈবুংঙো নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবগি লোইমোম ফৌবান্ চাউনব মহয় মরোং চুম্নব, কাওরেল শনগোল থম্নব, তয়ুম নাইকোন্ থম্নববু চিঙঙু য়ারা নপুনশিবু হা থোইয়ুম চরৈ ফিগাও শান নদাইরেম শিং পূম্নমক্ক য়াজরক্লে। চিঙঙু ঈবুংঙো হা থোইয়ুম ঈবেম্ম, ঈবুংঙো ঈবেম্ম অনীমকন নদাইরেম খুঙ্গঙ অচৌববু থরায় হামচংনহনবিগন্নু মিরেল হামফোইনহনবিগন্নু হায়ন চিঙঙূব ঙাংলৌ খাদ পুনেমজৈ। চিঙঙু লাইরোই তানগে হায়রকলে। চিঙঙু ঈবুংঙো, লহালনোং নোংমাই নূরাবী ৭ ন তরা চাকঙন চাদূন খ্বাঙজেং মচি নাইন য়োংলৈ খূত্ত পায়দূন তেংপাক্ লাল্লূশোই, হারু তেংমায় ফূক মালেম লৈকল তও, শেল্লোয় লৈথোঙ হাংববু চিঙঙূ ঈবুংঙো ল্যোই দাম নকুম্ কুমদমলও, নথা থাজ লওদ নতাইরেম খুঙ্গঙ অচৌবগি মহৈ মরোং চুম্নব খালৈ লৌতারুগে ঈবুংঙো।

অসি হায়্‌ন শৈথারম্‌গনি। অসিগি মতুংদ লৌতারোল্‌ শকপদি হরাউরিব লাই অদুগি মতুং ইনন মাইবীন শক্কদবনি। মাদুদি ঃ--- ১। ফৌওইবী অকোংজাম্‌বগি লওতারোন্‌, ২। শৌবোল্‌ লাইরেল্‌ লওতারোন্‌ ( মুমিং লওতারোনসু কৌই ), ৩। পোইরৈতোন্‌গি লওতারোল্‌ অসিনচিংব লওতারোল্‌ অসি শক্কনি। মখোয়্‌ অসি লাইশক্‌ লান্নন শকপ য়াদে। অদুন মাইবীন লাইচং য়েংন শক্কদবনি। ওন্নন শক্লগ মিনম্‌-থানম্‌ব, তিন্নম্‌-লাইনম্‌ব থোক্কন ফত্তে। মাসি চংলিব মাইব মাইবীন য়াম্‌ন কুপ্ন য়েংশিন্‌গদবনি। হরাওরিব লাই অদুগি লওতারোল্‌ শক্‌প লোইরগ লওয়ান্‌ ঈশৈ শক্কনি। মাসি শক্লবদি তাংখুল্‌ শাব নোংপোক্‌ অপান্‌বন নোংপোক্‌ চিঙথৈরোম্‌দগি ঈশৈ তংথায়্‌চন্‌ব মতম্‌দ থোক্লকনি। লওয়াল্‌লিব নূরাবীশিংদ লওয়ান্‌ব থিংগনি।

## লওয়ান্‌ ঈশৈ।

ঈপা লওনি য়াল্লু হে

হে য়ান্‌সে।

ঈপু লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

লৈবাক্‌ মরা তপ্নব লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

নিংথৌ পুন্‌শিনব লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

খুঞ্জাউ লৈচাউ লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

মহয় মরোং চুম্বা লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

পুন্‌শি মুংশাং লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

চাক্‌ চয়িল্‌ লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

পান্‌ফূক্‌ পান্‌ফোই লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

শওগ্রী ময়াংবা লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

লোম্‌বা তেকৃতা লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

ফৌরেল্‌ ফৌজাও লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

ফদিগোম্‌ পাখোন্‌ লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

শিংথা শিংথুম্‌ লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ান্‌সে।

মতম্‌ অসিদ নোংপোক্‌ন তাংখুল্‌ শাত্নন খুংলঙ্‌ নূপীবু থাত্নন ঈশৈ শরক্কনি।

# ইশৈ

হা ঈবেম্ম, চিঙ্‌শোং খুন্নুদি লম্‌লৈম, লম্‌গি খুন্নুদি থারিক্‌পী, চেক্‌লান পামেল্ উকাথক্কবু তোংলহুন হা ঈবেম্ম, চেকলান থোম্থাঙ্ অহুম্‌মক্কবু খোংবদি ঈশানৌ ঈনেম্ মচা লম্‌দম্ তাম্‌নমক্ত লৈখ্রবী নিংঙোল্ ওইবীগি মপাওবু পুরক্‌পরনে। চেক্‌লাগি নপাওমক্কবু শেংন তম্মুগবা ঐঙোন্দা।

**ন্‌ৱাবী—** ঈতা ঈবেম্ম পম্থোগি পাম্‌দি পাম্মন্দ পামেল্ শয়ী থেন্‌জাবু মথক্ত চিঙ্‌গি খুন্নুদি থারিক্‌পী লম্‌গি খুন্নুদি লম্‌লৈম চেক্‌লান থোন্‌থাঙ্ নাইনমক্কবু খোংবদি নিংঙোল্‌সু লাইবক্ থীবীগি পাম্মুব মপাওবু পুরক্‌পরনে ঈতারোয়্, ঈশাবী মাঙ্গা পাম্মুব খোই-য়ুম্‌গি মপোক্ লাংঙোল্‌লক্‌প মক্কবু ঙাইবদি লোইদাম্ থাশিঙ্ য়াম্-শিল্‌লক্লে। লাঙ্‌হৈগি কুম্‌শিঙ্‌সু কুম্‌গাউরক্‌লেকো ঈতারোয়্, চেক্‌লাসু নপাউ শেংনমক্কবু তম্মুগবা ঈতারোয়্।

**তাংখুল্---** হা ঈবেম্ম, শেল্লোয়্ চিঙ্‌জাওনিসু অৱাংব লংমাই ৱাংববু চিঙ্‌দ নিংঙোন্‌ন তড়া চাক্‌ঙনমক্কবু চারদুন লংমাই খুংলং ৭ মক্কবু পুরহুন য়োংলৈ নোংথাঙ্ কূপ্তুন তেংপাক্ ল্যাল্লু শোই, মালেম্ লৈকল্ তও, শেল্লোয়্ লওখোঙ্‌বু কাঙ্‌বদি হাউনা পান্দোং ফূক্‌পবু য়োংলৈ মশিঙ্ কয়া শুরবগেনে ঈবেম্ম, নিংঙোল্-ও নপাউ শেংন অমুক্ত তম্‌উগবা ঈবেম্ম।

**ন্‌ৱাবী---** হা ঈবুংঙো তাংখুল্ শরম্‌দি হাও পাথং ঈবুংঙো, ঈপল্‌গি শেল্লোয়্ চিঙ্‌জাউনিবু অৱাংব, মঙল্ তরং হয়্‌য়াই ৱাংবচিঙ্,

শতু য়াংগেল্ পোক্পী চিঙ্দগি হা ঈবুংঙো তড়াগি চাকুণ্ডনবু চারগ চরৈ লেংদোল্ য়াল্ খুবোম্ হাইচৌ লোন্শিললে, খুদাং য়াইশি লোন্শিল্লে, ননাদ চোম্লাং য়ান্শিল্লে, হাওদৈ অয়াক্প, য়াংলৈ অফিংববু থক্লগ টিমেল্ খুৎত পায়ন নপল্গি মোংব নরাল্য়াইদগি অয়ুক্কি য়েন্দা অঙম্বদগি খোঙ্কাপ্ নাউরৈ থাংলক্পন খুদোল্ লাব নাউরৈ হুল্লক্পবু পাখং-ও খোঙ্কাপ্ মশিঙ্ কয়া শুরক্লবগে, পাখং-ও, কোল্লোয় নপাউ শেংনমক্তবু তম্বিয়ুনে, তাংখুল্গি শারম্দি হাওপাখং।

**তাংখুল্—** হা ঈবেম্ম লংমাই নূরাবী, নপল্ শেল্লোয় নিক্কবরা নিক্তচিঙ্, লংমাই হাগবরা হাদচিঙ্, তেৎনৌ য়োৎপীসু হুইথাচিঙ্দ য়োৎলৈ নোংথাঙ্ কুপ্পগ পাখংন য়াংদৌ খোঙ্দোই হুল্লক্পগি খোঙ্কাপ্ নাউরৈ মশিংগমক্তবু মান্নরুরবোইদো ঈনেম্ মচা, হয়্গুম্ হয়্শুং নাইনগন্নুসি। লৈরাংগুম্ লৈচা নাইনগন্নুসি হায়্ববু নিংঙোন্-ও নপাউ শেংনমক্ত তম্মুগব ঈবেম্ম।

" ও নোংমাই নূরাবী, ও নোংমাই নূরাবী, ও নোংমাই নূরাবী " অসুম্ন অহুম্লক্ কৌগনি। অতুদগি পাম্ য়ানগনি য়ান্গন্নু হায়ন খৎনবদগি মৈতৈ লম্বুন তাইশিন্নরগ খুৎলং ৭ ক লোয়ন্নন পাম্ য়ান্মিন্নবদ উনা থোইন চিক্লে। অতুদদি মৈবা চিংহুন নোংপোক খোই লোক্তূন চামিন্নরগ পাম্ য়ান্গনি।

## লওকা ঈশৈ।

অহান্বদ লওয়ান্বগি ঈশৈ 'হে য়াম্লু, হে য়ান্সে' হায়্ব ঈশৈ অদু শক্মিন্নদুন য়াল্লগময়াম্গি তুংদ মাইবন ফৌ মরু হুনগনি। মাস্নি

ফৌ হুনন্ হুনন্ লাকপন লাইমাঙ্ য়ৌবদ তোক্কনি। মথং লাইবৌ লা থাফম্দগি তাংখুন্ন পায়্রিব য়োৎ অহুন খূৎলঙ্ ময়ামগ লোয়্নন মরূ ওম্গনি। অহুদগি লাইমাঙ্দ য়োৎ লেংবান্দ থোংলগ লৌকা ঈশৈ শক্তূন লোইশিন্গনি।

অহান্বদ মাইবীন লৌকা ঈশৈ শক্লগ মথাগি অসি শক্কনি।

চিঙঙ্ ঈবুংঙো থোইয়ুম্ ঈবেম্ম অনীগি
নদাইরেম্ খূঙ্গঙ্ অচৌব অসিগি
খূঞ্জাউ লৈচাউনব লোইমোম্ ফৌবাল্ চাউনব
মহয়্ মরোং চূম্নব থালৈ লওগ য়ান্ববু
থালৈ ঙম্থুং তাল্লে লোইমোম্ মরূ তাবদি
কুম্শি চহী কুম্জাগি
নদাইরেম্ খূঙ্গঙ্ অচৌবগি
থালৈ মরও কোন্দ
মতিল্ মকাঙ্ তাদববু,
লোইমোম্ ফৌবাল্ চাউব,
মহয়্ মরোং চূম্ববু
পীনবিরম উ লাইয়িংথৌ।

অহুম্ন মাইবীন ঈশৈ শক্তূন লোইশিন্গনি মথংদ ঔগ্রি হংগেল্ শক্লগনি।

---

# মাপল্ শুব তাংকক্

## ঔগ্রি হংগেল

মথক্ত হায়থিব লাইদ থম্থিব থওরী অদূ লাইমাঙ্ লাইবৌ লা থাফম্দ নীপা নূপী মশিঙ্ মান্নন হায়্বদি অমমম্দ ৩০ নত্রগ ২০ ন কোয়্শিল্লগ লৈপাক্ তাহন্দন পায়্গনি। লাই শান্নব লোইত্রিব ফাওব থওরী অদূ লৈপাক্ তাব য়াদে। মাদূ তৌরবদি খুনকায়্ লৈকায়্-বনচিংব ফত্তব ওইগল্লি। লাইগি মমাঙদ কিশি কিগনি। মাতুদগি লাইয়িংথৌগি নাকল্ লোম্দ নীপান, লাইরেম্মগি নাকল্দ নূপীন, পায়্গনি। মকোক্ চিংলিব নীপা নূপী অনী অতুদি লুহোংব, মচা মশ্ তেক্ত কায়দব মীন ওইগদবনি। অতুগ মাইবীগি শরিক্ পুনদ্রু থম্থিব অদূন চেৎন কিশিল্লগ নীপা অদূগ নূপী অদূগ মথোয়্ অনীগি মথুত্ত ফিজিল্ অমমম্ন নান্থোক্তনব নিঙ্থিন কিশিন্গনি ( পুন্গনি )।

ঔগ্রি চোংব হৌথ্রবদি পায়্রিব থওরী থাদোক্হৈদে। মরম্ অদূন য়াওরিব মী পূম্নমক্ ফি চেক্শিনন্ শেৎকদবনি। নীপা নূপী অনীমক্ কায়দনব পাবোৎ কায়্ব য়াদে। ঔগ্রি হৌথ্রবদি থোঙ্খুৎ লেঙ্ব য়াদে। অতুগ ঔগ্রি চোংবদ য়াওগদব মীদি নোংম য়াংলিডৈং-দগি চাক্মাঙ চাব, পূক্তিন্নব, ফিমাং শেৎপ য়াদে। মাতুগুম্ব মী য়াওরবদি ঔগ্রি চোংলিডৈদ লাহৎকল্লি। ময়াম্ন থওরী পায়্দুন কোয়্শিল্লিব অতুগি ময়ায়্দ লৈরগ মাইবন ঈশৈ হন্গনি। মাইবদি লাইরোম্দ মায়্ওন্শিন্দুন লেপ্কনি।

ঔগ্রি শক্প হৌরম্দাইদ মাইবন ময়াম্বু কৌরগ নথোঙ্ নখুৎ লেঙ্গম্বু ঔগ্রি লাইরোল্ শক্লসি হায়্ন তাক্তনি। অতুগ ঈশৈ হৌগনি।

**য়েংগদবঃ—** মাসিদ থওরী পায়রিব মীশিং অদু লেঙ্দনব াকল্ অনীমক্ত মী অনী অনী, অহুম্ অহুম্ন কাওনচিংব তাম্মোক্লনি। াই লোইব মুমিৎত শকপিব ঔগ্রি অসি খুঞ্জাও লৈচাউনব শৈশক্নি।

হোইরৌ হয়া। হোইরৌ হয়া। হোইরৌ হয়া। হয়া শোয় হয়া শায়ে হয়া শো। ইংশো, ইংশো, ইংশো, হে হুপ, হে হুপ, হে হুপ।

মাসি মাইবন পরেং অমমম্ শক্লগ ময়াম্ন খুম্গনি। হক্চাং লঙ্দন অত্নম্মক্ খুম্গনি। মথংদ মথাগি অসিন শম্থগনি ময়াম্ন 'হংগেল্ কোল্লো" হায়্ন খুম্গনি।

ঔগ্রিও কোললো এ। লম্লেল্ মতাইমদ মাদংমদবু কোল্লা এ। কংলৈয়োন্দ পুঙ্ময়োন্দবু কোল্লো এ। য়োয়্ময়াইবু াউদন্ববু কোল্লো এ। তাউরোয়্নাইবু অভান্ববু কোল্লো য়ে। ালেম্থৈবু লাংজথৈবু কোল্লো য়ে। সনাতোন্বু খোম্মদোন্বু কোল্লোয়ে। থবিরেংবু শেংগোয়্রেংবু কোল্লোয়ে। অপান্ববু চাবংশেন্বু খোইবুঙশেন্বু কোলোয়ে। নোংশাব মৈবু নোংপোক্ লৈমাচাবু তোরিং লৈমচাবু কোললোয়ে। মালেম্ মহৌ লৈরাই পাংগ নিংথৌ চন্নুবু কোললো। পায়্মগিদি লিন্গোয়্গিদি কোললোয়ে। পলেম্ শিন্ন পীথাঙ্ শিন্ন নাউয়োক্প মৈবু কোল্লো। মপল্ লোন্বু কোরও খোম্ব চন্নুবু কোললো য়ে। নোংবু খোম্ব চন্নুবু মালেম্ লুম্ব চন্নুবু লৈবু লুম্বা চন্নুবু কোললো য়ে।

সনাগিদি লিন্গোইগিদি য়োয়্ময়ায়্দি তাউদন্বদি কোললো য়ে। নুমিৎ ওল্লবদ ঈমি ওল্লবদ কোললোয়ে। থবি চায়্রবদ দোলাই চায়্রবদ কোললো। মিরেল্ লয়্রবদ চেপ্প লুয়্রবদ

কোন্‌লো হেম্‌পা থারবদ মাদ থারবদ কোল্‌লোয়ে। লোইজিঙ্‌ লুম্‌লবদ চিঙ্‌জাও লুম্‌লবদ কোল্‌লো। য়োয়ম য়ায়্‌দি তাউদন্‌বদি থিলয়্‌জহনখিস্নো কোল্‌লোয়ে, হয়িঙৈবু কোল্‌লো। মালেম্‌ হৌঙৈগি লৈগ হৌঙৈগিদি কোন্‌লো। পোইরৈ শেম্‌ঙৈগি লৈগ শেম্‌ঙৈগিবু কোন্‌লোয়ে। ওংলৌতোন্‌ন লৌথিবন কোল্‌লো। পূক্‌নুং থাগি হরাই থাগি থাঙ্‌পাক্‌ থাগিবু কোল্‌লো। শংলৌ লেক্লবদ মনা লেক্লবদ কোল্‌লো। য়েলাং লাম্‌লবদ মতা লাম্‌লবদ পূক্‌নুং ওল্লবব, মিতম্‌ ওল্লবব্‌ কোল্‌লো। মহয়্‌ অংগো পাল্‌লবব্‌ কোল্‌লো। শাম্‌দোল্‌ অয়াঙ্‌বন পুক্‌লিবু হরাইরিবু কোল্‌লো। মরিরেদা নেৎথৎ-লেদা মরাব্রাইগি নেৎথৎব্রাইগিবু হৌনখিয়ে কোল্‌লো। ওংলৌতোন্‌ন লৌথিবন কোল্‌লো। য়াইবী হওরে, মনুং হওরে কোলেলো তিল্‌লাং শাউরে, মখোয়্‌ শাউরে কোল্‌লো শামদোল্‌ অয়াঙ্‌বগ ওংলৌতোন্‌গ লৌথিবগা কোল্‌লো হাওমূক্‌নরে লেংফাই চল্‌লেদা কোল্‌লো। মোংব য়েৎলে তাজিল্‌ য়েৎলেদা কোল্‌লো। শামদোন্‌ অয়াঙ্‌ববু হুন্ন থুরে কোঙ্গোই থুরেদা কোললো। লাঙ্‌জল্‌ লৌরে লীগ লৌরে কোল্‌লো। শাম্‌দোন্‌ অয়াঙ্‌ববু মশা ককন মরেং ককন ব্লারক্‌ থৌবাউ তম্‌খিয়েদা কোল্‌লো। মতু ফোয়্‌রেমমাল্‌ ফোয়্‌রেদা কোল্‌লো। মকোয় ফোয়রে মরাঙং ফোয়রেদ কোল্‌লো। খোয়্‌নৌ মৈবু মরাং মৈবুদা কোল্‌লোয়ে। লাংজেং শৎন কোংব শৎনদ কোল্‌লো। লৈশৎচিঙ্‌দ চিঙ্‌লাংমৈদ কোল্‌লোয়ে। শব্রা চিঙ্‌দ তৃগেনব চিঙ্‌দ কোল্‌লোয়ে। মরাং চিঙ্‌দ কোইফোই চিঙ্‌দ কোল্‌লোয়ে। থাঙমৈহন্‌গ মারহন্‌গ কোল্‌লোয়ে ওঙ্‌জাবগ চিংমাবগ কোল্‌লোয়ে। নমোম্বীগ অব্রাংবীগ কোল্‌লোয়ে। ঔরি থাঙ্‌দ

থাঙ্‌মৈ থাঙ্‌দ কোল্‌লোয়ে। 'লাংজল্‌ ৱাইন লিতোল্‌ ৱাইন কোম্নরম্‌য়ে কোল্‌লো। মকোনথোক্‌কিবু কোল্‌লোয়ে। হংগেল্‌ কোল্‌লো, হংগেল্‌ কোল্‌লো, হংগেল্‌ কোল্‌লো। মতাং অসি য়ৌবদা মাইবন হায়্‌গনি।

**মাইব** – হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্ম মনাইসা।

**ময়াম্‌**— হাউ।

**মাইব**— নথোঙ্‌ নথুৎতি .সঙ্‌ব য়াবে। অতুগ থুৎন পায়্‌-রিব থওরী অদুদি থাদোক্‌প য়াদে।

মাসিগি মথংদ মাইবন ঈশৈ হল্‌লগ ময়াম্‌ন খোঙ্‌থাংতুন ঈশৈ খুম্‌ন খুম্‌ন থাবল্‌ চোংলগনি।

## ঈশৈ

লিক্‌শারি, লিকশাবি, লিক্‌তালিক্‌শা কুন্দো পরেং, লৈবেল্‌ থুজি, সনা চোম্‌লাং লিকতা লিক্‌শা কুন্দো পবেং। কৌথেম্‌বী কাওনসে। কোনা মতোল্‌ ৱাইনসে। শং শংদো শংদোবীনে শংদোফা। ৱাইনৌসে, ৱাইনৌসে চবোৎ লাংমৈ ৱাইনৌসে। অসুম্‌ন শক্‌প অসিদ ময়াম্‌ন খুম্‌ন খুম্‌ন চোংলগনি। খোঙ্‌জোংদিঃ— য়েৎকি খোঙ্‌ন ওয়গি খোঙ্‌গি খুবোম্‌ মপা ফাওবা থাঙ্গংলগ ওয়গি খোঙ্‌ন লৈপাক্ত নেংলিব অদু খুদোল্‌ন লৈপাক্ত নেংলগ খুনিঙ্‌ন খুদোল্‌ অনীদং কাঙ্‌গনি। হক্‌চাং মথক্‌লোম্‌দ থর হন্‌-থৎকনি। অসুম্‌ন চোংব অসি লোইবগ য়েৎকি খোঙ্‌ন লৈপাক্ত তপ্‌ন তারক্‌প মতম্‌দ ওয়গি খোঙ্‌ন খোঙ্‌কাপ্‌ মচা অমতং থাংগনি। মাসিবু খোঙ্‌জোং মচা কৌই। মাসিগি মথংদ—

কে ক্রেক্ কে মো মো,
য়াঙ্গোই শম্বা শাউ শাউ
তোক্পগ কাম্বগ
কৈগ য়েন্গ
য়েন্থোং ফত্তে চাশিল্লো।
লাইগি য়েন্নি চাফদে।

অম্মুন শক্প শৈশক্ অসী লোইরগ খুঞ্জাউ-লৈচাউনব, নিংথৌ পুন্শিনব অমস্তুং লৈবাক্কি ফননব হায়দুন নিংথৌরোল্ শৈশক্, অতুগ মৈতেডঙ্ লোয়ুম্ব মহারাজ সনা হাক্থক্ত ঔগ্রি শক্প অসি লৈশেম্ভৈদ শক্লম্ব অসিদগি লালপাউ তম্ব হায়্ব শৈশক্ অমগ শক্লরম্ই। মাসি মৈতৈগি চৎনবী কষ্টম্গি মতুংইনন্ন লাই-হরাউবগি লাইরিক্ত ফোঙ্ব য়াদে। লাই হরাউবগি লাইরোই মুমিত্তদ পণ্ডিতশিংন শক্কনি। অসিগি মতুংদ থব্রায়্-মি কোন্গনি। মিকোল্ থাগোন্বগি ঈশৈদি শুগ্নুদগি কারক্প লম্বীন লাইফম্ অমমম্গি হিগারম্ তোঙাল্ তোংঙাল্ ওইব, লাইফম্ পুম্নমক্কি হিগারম্ তিম্নদব মরম্ন্ন ইজদ্রে।

থব্রায়্মি কোন্ব লোইরগ হুয়্থী যেন্থী য়েপ্কনি। মাসি গুরু লৈমরেন্গি মচুম্ন তাইবঙ্ পান্ব ওইথিব অরোইবদ শক্তি থোম্জিন্বগি থবক্নি। মথক্ত লাইরোইগি তৌগদবদ হায়্থিব লাইদ কৎপ লা মচেৎ অদু পূথোক্লগ লাইয়িংথৌদ কৎপ লা মচেৎ অতুন শরিক্ পুল্লিব নীপা অতুদগি হৌন মথং মথং মমৈ ফাওব য়াওরিব নীপা পুম্নমক লা মচেৎ অতু অমমম্ মখুৎ য়েক্ত

পীগনি। অত্তুগ লাইরেম্মদ কৎপ লা মচেৎ অত্তুন শরিক্ পুল্-লিবী মুপী অত্তুদগি হৌন য়াওরিব মুপী মথৈ লা মচেৎ অমমম্ মখূৎত পীগনি।

লা অসি পীব মতম্‌দ পীরিব মাইব অদূন 'হূয়্‌থী য়েপ্‌সে' হায়্‌ন পীগনি। ময়াম্‌ন 'ময়েপসে' হায়্‌ন খুম্‌গনি। মাইবন 'য়েনথী য়েপ্‌সে' হায়্‌গনি। ময়াম্‌ন 'ময়েপ্‌সে হায়্‌ন খুম্‌গনি। অম্মুম্ তৌন লা মচেৎ অহ্র অমমম্ পীব লোইরগ অমুক্‌ মাই-বন মকোক্তগি হৌহ্রন নীপা মুপী ওন্নদন 'হূয়্‌থী ল্যোক্‌সে' ময়ামন 'মরোক্‌সে' য়েন্‌থী লোকসে' ময়াম্‌ন 'মরোক্‌সে' হায়্‌ন খুম্‌ন খুম্‌ন লা মচেৎশিং অত্তু লওশিল্‌লগ হান্‌নগি থম্‌ফম্মদ লাইদ কৎপগুম্‌ন লাইমাঙ্‌দ থম্‌গনি। থম্‌ব মতম্‌দ মাইবন "মীশিঙ্ অমত ব্লাৎতে" হায়্‌ন খুরুম্‌গনি। অত্তুগি মতুংদ শরিক্ পুল্‌লিব অদূ থোক্লগ থওরী অদূদি লৈপাক্ তাহন্‌দন পরেং তৎ-হনদন মখূৎ মখূৎ পায়নহন্‌গনি। অত্তুগ থওরী অদূ লৈপাক্ তাদন কোন্‌শিল্‌নব শরিক পুল্‌লিবা মখূৎতগি ফি অত্তু থোক্লগনি। মথং শরিৎ লিৎলগনি।

## শরিৎ লিৎপ।

শরিক্ লওথোক্লব মতুংদ মাইবন হায়্‌ব মতুং ইন্‌ন মী পূম্ন-মক্ মখূৎ য়েৎন মাগ থংনব মীগি থওরী পায়্‌রিব মখূৎ ওয়্‌গি খূদাংদ পায়্‌গনি। অম্মুমন খূদাং পায়্‌নব লোইরগ মাইবন মরোল্ হায়্‌ন হায়্‌ন থওরী মতোল্‌লোম্‌দগি হৌন কোন্‌শিল্লক্‌পন শরিক কিব মচিল্ অত্তুদ লোইগনি। মত্তুদ শরিক্ পূন্‌ব নীপা মুপী অদুম্র

লওথোক্লগনি। অতুগ থওরী কিৎ অদুদি থোক্তুন শরিক্ য়াওন য়াওন কোল্লগ পুশিনতুন লাইদ কৎলুগনি। ময়াম্ অদুন খুৎশম্লদুন লৈগনি। লাইদ থওরী কৎলুবগ মাইবগ মাইবী অমগ থোরক্লগ মাইবন নীপারোম্গি, মাইবীনা ফুপীরোম্গি মকোক্চিংগনি। মাই-বন পায়বন মখুং য়েংন পায়গনি, মাইবীন মখুৎ ওয়্ন পায়্গনি। অস্তুম্ন চপ মান্নন পরেং অদুগি মন্নুংলোম্দ চৎলগা নীপা ফুপী অরোইবদ লেপ্লিৎ অতুদগি হৌন নীপান নীপারোম্দ ফুপীন ফুপীরোম্দ চৎতুন লিংথোব্লগ হান্নগি মফম্ মফম্লোম্দ অমুক্ লাক্তুন লিংথিব অদুগি থংন থংনবদ লিংলক্পন মাইব মাইবী ফাওব লিংথোক্কনি। মতম্ অসিদ মাইবন হায়্গনি "শরিং লিংসে," ময়াম্ন "মবিংসে" হায়্ন খুম্গনি। অস্তুম্ন খুম্ন খুম্ন লোইব ফাওব লিংকনি। মাইব মাইবীদি মখুৎতমক্ লিংথোক্কনি। মাসিগি মথংদ শরি হন্গনি।

শরি হল্লম্দাইদ থুং পরেং শান শম্লব অদু থাদোক্লরগ মী অনী অনী মায় ওনশিন্নদুন মখুং অনী পায়্নরগ মপা মপা অদু কায়্দন লয়্থোক্নগনি। মাসি নীপাগ নীপাগ ফুপীগ ফুপীগ মপা কায়্দন লয়্থোক্-লয়্শিল্ অতুম্ অক্তম্লক তৌগনি। মতম্ অসিদ মাইবন "শবিংহন্সে" হায়্গনি, ময়াম্ন" "মহন্সে" হায়্ন খুম্গনি। লয়্থোক্লব অসিবু শবি হন্ন কৌই। মাসি লোইরগ ঔগ্রি হংগেল্গি থবক্ লোইরে। মাসিগি মথংদ থেনচো শক্কনি।

## থেনচো।

শরি হন্ব লোইরগ ফুপীন লাইরেম্মগি মমাঙ্দ পরেং অনী থোক্ক লাইদ ওন্শিনতুন লেপ্কনি। অতুগ নীপাসু লাইদ ওন্শিনতুন

লাইয়িংথৌগি ৯পাদ লেপ্‌কনি। মাইবন ঈশৈ হল্লগ ময়াম্ন খুবাক্ খুদুন খুম্‌গনি। থোঙ্‌ নাম্ম নাম্ম চোংলগ খুবাক্ খুন খুন চঙ্‌শিন্‌গনি। অতুগ চোংন চোংন তুংলোম্‌দ হন্‌গনি।

## ঈশৈ

খেন্‌চোবে খেন্‌চোবে,
খেন্‌চো বাংমৈ খেন্‌চোরে।
অচি চিবোং চিচিরোং
হমেঙ্‌ খেন্‌চো মখেন্‌চো।
খুয়োল্‌ও লৈথোঙ্‌কায়্‌, মোবিও লৈবান্‌বী।
চেঙ্‌গোই লিক্‌লাং রাইবংখু।
কোক্‌কাই মোইদাং অয়াংঙঃ
হিথা থাংমৈ অচোংঙা,
থোয়্‌দিংও মকেরে,
কবোক্‌ও মকাবাম্
হংগাম্ ও মকাবাম্
হংগাম্ মুবা লিও লিও।
ঈপুবোই চংনিংলোই
নকা ঈকা থোংয়িল্‌লোই।
খোইনিঙ্‌ ও তুথবো
নাউরা ঐন খুন্‌জগে।
হে নাউরা নশমূদোল্

পুরুম্ পুকম্ লিথাউ থাউ।
কাক্য়েল্ খুজিল্ চু চু।
শগোল্ তোংব কাইথম্ব
নঙবু তোংব য়াঙদেদো।
লম্গি পানা খোঙশাংবী,
নঙবু শায়্ব ভাঙদেদা।
ঈমিঙ ঈমাঙ হাইবৌন
ঈথুৎ খুবাক্ হাইবৌন।
অথিং কোবে, থিংকোবে,
থিংকো লাংমৈ থিংকোবে
লাইবেল্ কোক্পা থিংকোবে।

অসুমূন খেনচো শকপ লোইবগ অমুক্ হান্নগি মওঙদ লাই-য়িংথৌ লাইরেম্ম অনৌগি পাউশা তিল্লুক্ শরুনি।

হে হৌ হে হৌ, নেনে নে, নে, নে নে, নহাশিংখোয় পোং-খুখোয় হয়া লিখোয় খোয়। ঈতাখোয় মুন্নাখোয় হৌনসে, হৌনসে। য়োয়বু ন্নাংঙম্ শূমাঙদ শিংগ্রেংন মপাল শারেদো, শারেদো। শিন্নৌন ময়াই কাবেদো, কাবেদো পাসি ন্নাংলোই অঙম্ব, নোংয়ায় চারিক্ ন্নায়েন্ব, হা কৈদ তাগবা। য়োয়বু ন্নাংঙম্ শূমাঙদ তাবরে, তাবরে। সনা কয়থেল নিংথৌব খোঙ্গু নূঙপাক্ ন্নায়েন্ব হা কৈদ তাগবা নোংপোক্ লৈমড়েদগি য়োয়বু ন্নাঙম শূমাঙদ তাররো, তাররো। হে হে লাইরেম্ম চরৈ ফিগাউ

শান য়াররো, য়াররো। হে হে লাইরেম্ম, হে হে কামা রেংগামনসে অঙৌব, খোইম তবেংগ হৌনসে। হে কংদা লিহৌব হৌনসে, হৌনসে। লিরি লিরি পাউথেম্বী। লিরি খূবী শূনা লিরি লিরিরি। কৌরোং শূন লিবিরি। খুজেং য়াইন লিরিরি। হংজি য়াইন লিরিরি। শরেল্ ল্যাম্ন লিরিরি। য়েৎ-ওয় লাম্ন লিরিরি। শান য়াইন লিরিরি। লাংজল্ য়াইন লিবিরি। লাংশঙ্ কুম্শঙ্ লাক্মদোন্ব, থালৈ মরওমাদ অকুব কুবিয়ো। পীমারোইবী পীজসো। লিরি খুম্ খুম্ পাউথেম্বী হে হৌ লিরি খুম্।

থিং কোবে থিংকোবে থিংকো লাংমৈ থিংকোরে। লাইরেল্ পোক্প থিংকোবে। নিংথৌ খুৎশা মুন্নারে। থেংগু নম্বোল্ নোয়্ নোয়্। হন্নাই থাঙ্পাক্ মথাঙ্পাক্ চেংবি রোইয়া মবোইয়া। লম্লোই থারোই খজিক্য়ে। খজিক খচাক্ থাচম্ চম্। হূয়্থী য়েপ্সে ময়েপ্সে, হূয়্থী লোক্সে মবোক্সে য়েন্থী য়েপ্সে ময়েপ্সে, য়েন্থী লোক্সে মবোক্সে। কনাগি শানো য়াংকোক্ শানে। কনান ফাবা য়াম্মন ফায়ে। লোলুরু খৌরু রু। ফদী ফোংচিল্ মফোচিল্, য়েৎতুম্ হন্জিন্ মহন্জিন্, হা নাউরা মখুনজা। লল্হাম্বুঙ্গি কাক্ফৈন মনা হুমাই শাদবিয়ে। ভোক্ফম্দগি ডামুন খোইজু তোল্লোং চিনজিয়ে। য়ারৌদগি শঙাইন মচি কেক্রু থোনজিয়ে। কোংবদগি ঙখান পোলাং কানক্ নাক্ত্রিয়ে। হে পেশ্মা নিঙ্থিবী থিংথিং লওজসে, পায়্ন খুদাপ্ পীনসে। শাবি শানৌ পূন্নমক্ ইনুং থাংপোক ইয়াশঙ্ মিংকি মথৈ য়েংনব চিনগি মথৈ হায়্নব ঙসি মথৈ কোক্নবে। কোক্লে, কোক্লে মকোক্লে।

থিংকোরে থিংকোরে, থিংকো লাংমৈ থিংকোরে লাইরেল্ পোক্নপ থিংকোবে।

মতাং অসিদ লাইবেম্ম পাউশা লোইরে। খুবাক্ চপ্ মান্নন থারগ লোয়শিন্গনি। মথংদ হিজিং হিরাউ, উয়াললোন্ শক্লপনি।

---

## হিজিং হিরাউ।

হিজিং হিরাউ হৌরম্দাইদ ঈকৌবদ তৌথিব থাঙ্ পাইব, লাইপুব, চোঙ্ পুথিবনচিংব থৌগল্ পুন্নমক্ কায়্দন ঈকৌবদ তৌবগুম্ মাগি মাগি পোৎ অদু পুতুন মথং মনাও কায়্দন নীপান লাইথিংথৌগি মায়্কৈদ, নূপীন লাইবেম্মগি মায়্কৈদ লেপ্লগনি। থৌগন পোৎ পূদব নীপা নূপী পুন্নমক্ নও শাবিব য়েংদৌ অদূ অমমম্ পায়্গনি। লাইমাঙ্দগি লাইবৌ লা থাফম্ ফাওব মায়্ ওন্শিন্নতুন য়েংদৌ অদু খ্বাঙ্ মপাদ ফৈন পায়্বগা হিগি মওঙ্ মান্নন শাগনি। অতুদগি নও মতোল্ অদু হায়জিন্নতুন লাইয়িং-থৌগি নওন মথক্ থংন নন্নন থেংনহন্গনি। মাসিগি মমাঙ্দ লাই ময়াদ মাইবন লাইবোম্দ ওন্শিনতুন লেপ্লগা উয়াল্লোল্ শক্কনি। ঈশৈ অসি লোইদ্রিডৈদ লেপ্লিব ময়াম্ অদূ লেঙ্ব য়াদে। মাসি মাইবতন শক্কদবনি। ময়াম্ন খূমঙ্গোই।

হয়িয়ে আ হয়া, হয়িয়ে আ হয়া, হয়িয়ে আ হয়া, চিঙঙ্ খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ ও, আঃ খোইয়ুম্ য়ায়বী য়েল্হৌডৈ অম্ম লৈশা হাল্লক্প ঈবুংঙো, য়াইবী ওংথি হুম্মোইন থেবে নুংনাং

ভগুপ হৌ, পোইদিঙগু নোংথাঙ তরঙ লেম তবঙ লাইজ ঈপোকপ, চিঙগু লিন্দাউ তাউবী ঈরোয় নাই, লাইবেল্ তাউবোয় নাই নুঙ মু শিদব হা নুঙগাং মহারব, য়াইবী নুঙ ঙৌ পীমাব, চিঙগু কোরও অয়েংব, রাংব নিংথৌ পান্জুম্ব, তুপ লা মপান্ থাগি হাবা মউব্ লিং-বিরকপ, মিশেম বোং কাইবী মহুম মুং পবিং লাংশঙ হুন, উকা মায়-থোং য়ান্ন মালেম লৈশেম লকপ, কোবও নোংতৌবকপ ঈবুংঙো, কোবও নোংমদোন্ মুংনাং কাওখঙ মুংদগি মালং মুংশিং শিদবন তোংলেল্ ঙপন হুম লকপদ চিঙগু য়ারা নখোঞ্জেল্ অহান্বদ লাংবল্ খে'ইমু খোন দান্নবন খোঞ্জেল্ উং মষেক খোকন নপোক খোইবা য়াল্লকপ লায়য়িংথৌ চিঙগু খোয় য়ুম্ লাইয়িংথৌ, য়োইবু খোইমোম লাইবেম্ম চিঙগু ঈবুংঙো ঈবেম্ম অনীগি সনা সঙ্গাই মুংঙাইব মীবাইম কনান কাঙমদ পোংলাইব কনান য়ৌ-ঙমদব শঙ অসিদ পাম্বন লৈব লোকুম্ শোংকিনা, কৈবেন্ন লৈব লোকুমন শোংকাঙনব শন্থী কাংলেন নানব শঙ, সনা চেংমাই অঙাঙব, লুপা চেংমাই অঙোব, চিঙগু ঈবুংঙো সনা শঙ্গাই মুংঙাইবদ ঈবুংঙো ঈবেম্ম অনীমকন সনা ফম্বাল্ লাংদ ফম্ফম্ রায়েল্লব অসিদ নদাইরেম্ নখুল্ খুল পূক্লেল অচঙব অসিন চিঙঙ নবমবু খোইযুম্গি নমাইব শঙদ কাবহুন থবি চয়য়েন্দ থবা লান্নংদব থম্নান্মিচাক্ মখোঙ তেক্তা, থবা মশা তাদববু য়েংলদুন চিঙগু লাইমাঙ ফাল, থাংপোক্ পবেং লৈন খল, হবাউ শক্শেম্ তম্ থৌদোক্ কূম্মৈবস্মুং চিঙগু থৌদোল লোম্লে। খোইযুম্ লাইবোই তম্গেদি হায রক্লে।

চিঙডু ঈবুংঙো নদাইরেম্ নখুল খুনবুক্লেনগি ঈমা ঈন্দোল ঙাইবশিংন লিক্লাং কোন্দেং ফেঙ কোন্জ্রৈ ফিভৌ শেংলদুন লহাল নোং লাইরেল শেনবী থাগেম্ব হাকৃথক্ত লিংলম্ব মৈতেঙড় সনা কয়খেললেনদবু কারদুন তাউজিঙ খুৎফাং শাববু হয়রাঙ অমুল্ য়েংন নিঙথিববু লৈর- দুন চিঙডু নকাইফম্দ লৈবাং অনৌবন লৈদুনতম্ তাউজিঙ লুক্লেম্বন চোন্ন হয়রাং পূঙগ থোল্, নোইম্নু খুৎথেক্ নোইমললাং, জগোই লেপলৌ শা, হরাউ নঙগি শক্শেম তম, থৌদোক কূম্মেবসুঙ ঙসি মথৈ তোক্নবগেদি হায়রঙৈনে। লাইরেল মৈতেঙডুগি মতাইবেম পোইবৈ শৈশক্প ব্লাংঙম তেংথাবন অযূককি য়েন্দামাঙ অঙনবদ অহিংগি ঈম্নুং চিঙখোঙ য়াকৈ চেকন তৌবগুম লফুৎ ফমজিল লাংবু ফম্ন পেনা মুংওনববু থাদ পম চয়জিং য়েংলম পায়ন অহিং ইম্নুং চিঙখোঙ য়াকৈবম্বসুঙ ঙসি মথৈ তোক্লবগেদি হায়রঙৈনে। চিঙডু ঈবুংঙো নদাইরেম থাবী লৈবেলহল অমাই শিঙখোঙ লেপ্পীন শিঙঙেল লৈহুললোই, চামলৌ লাথাবোইন অয়ূককি য়েন্দা মাঙ অঙনবদ কোন্জ্রৈ ফিভৌ শেংন চংবি লারাক্ লাথোঙ খায়ন ফম্নদুন চিঙডু উদববু মমি তম্, খোইযম্ খঙদববু মপা লাক্নন চিঙডু লাই- পাউ চেল্ খোইয়ম্ লাইব্না হায়বসুঙ ঙসি মথে তোক্লবগেদি হায়রঙৈ- নে। চিঙডু নবম্বু খোইয়ম নমাইবাদি ঐখোয়ন মুমিদাং তাংলৌ লয়ন থেঙ অমম মথোঙ নাবল্ তম মীশল্ লাব কোন্থি তম, মীনাই তনব য়ূমজঙববু তানফংলব অসিদ লম্বী নাক্কি হামূল্ চার লেপ্তম লৈবন চিঙডু লাইবোইবমদাই য়োবক্লব অসিদ হয়ি, হয়া, খুম্নুং, লাংব

চক্‌ৈগি ওগ্রি খেন্‌চো নঙগি পাউদোয়্‌ শৈ, চিঙঙু খোদোল্‌ লোম্‌গে, খোইয়ুম্‌ লাইরোই তান্‌গেদি হায়রক্‌লে। চিঙঙু নরল্‌কুচুম্‌ কুবিরম্‌-উকো লাইয়িংথৌ। খোইয়ুম্‌ নথৌ চান্‌তুম্‌ চান্‌বিরম উকো লাইরেম্বী চিঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োয়বু খোইমোম্‌ লাইরেম্ম চিঙঙু নতৈ ননাওন ৱাক্‌য়ৈ অনী খাজিকন, তোংজেং অনী খবাংনন ৱাক্‌য়ৈ হিতান্নগে হায়্‌বগি চিঙঙু খোইয়ুম্‌ লাইয়িংথৌগি ৱাক্‌য়ৈ মখুনেৎ তোংজৈ মন্নুং অসিবু চঙ্‌ন ৱাক্‌য়ৈ হিজগাংন্নুংদগি শেন্‌দাং য়েন্‌থি মরিল্‌ তেং, কুরাক্‌ মহুম্‌ লয়্‌ন শিৎন ৱাকয়ৈ হিতান্নগে হায়বগি মদাইরেম্‌ পাখং লাংজেং মথোক্‌ কারক্‌পগি ফৈরা তান্ন চাউব লেংগ তিল্লক্‌লে। চিঙঙু খোইয়ুম্‌ লাইয়িংথৌগি মদাইরেম্‌ পাখং লাংজেং মথোক্‌ কারক্‌প শমু লেংগ তিল্‌ ফৈরা তান্ন চাউব নথোয়্‌ন নয়ু খোইয়ুন্‌ লাইয়িংথৌগি ৱাক্‌য়ৈ মখুনেৎ তোংজেং মন্নুং অসিবু চঙ্‌ন ৱাক্‌য়ৈ হিজগাংন্নুংদগি খোইয়ুম্‌ কংলৈ মশুমাঙ্‌ অসিদ লৈতোঙ্‌ তঙা য়ৌনব হে হে হে হয়া মশা চিংথোক্‌সে। হিঃ হিঃ হিঃ অসি হায়্‌তুন নীপারোম্‌গি নাকল অদুন থোঙ্‌দি থাংদন খুৎতন লাইরোম্‌-দগি অহুম্‌লক্‌ চিংথোক্‌কনি।

মথং মাইবন অমুক্‌ শক্কনি। য়োয়্‌বু খোইমোম্‌ লাইরেম্মগি ৱাক্‌য়ৈ মখুনেৎ তোংজেং মন্নুং অসিবু চঙ্‌ন ৱাক্‌য়ৈ হিজগাংন্নুংদগি শেন্দাং য়েন্‌থী মরিল্‌ তেং, কুরাক্‌ মহুম্‌ লয়্‌ন্‌ শিৎন ৱাক্‌য়ৈ হিতান্নগে হায়্‌রক্‌লে। য়োয়্‌বু খোইমোম্‌ লাইরেম্মগি মদাইরেম্‌ নুরা লাংজেং মথোক্‌ কারক্‌পীশিং-ও, মুজা অশোন্‌বীন মথি নাই নবেল্‌ খোইমোম্‌ লাইরেম্মগি ৱাক্‌য়ৈ মখুনেৎ তোংজেং মন্নুং চঙ্‌ন ৱাক্‌য়ৈ হিজগাংন্নুং-

দগি খোইয়ুম্ কংলৈ মশুমাঙ্ অসিদ লৈতোঙ্ তঙা য়ৌনব ' হে হে হে হয়া মশা চিংথোকসে হিঃ হিঃ হিঃ ' অহুম্ন হায়্রগ লাইরেম্মগি নাকন্দ লৈরিব নূপীশিংন পায়রিব মও অদু অহুম্লক্ চিংথোক্কনি। খোঙ্দি লেঙ্লোই।

অসিগি মথংদ মাইবন হি অসিগি মরম্দ কনান হান্ন শাব ল্যোইরগ তোংহন্সিগে হায়্বগি মরম্দ ময়াম্ববু হান্ন তোংহন্নিঙ্বগি ৱারি অদু শক্কনি।

লহান্নোং ৱাকৃয়ৈ অসিবু কনান হান্ন হিতোংলক্পনো হায়্রবদি লহান্ নোংগিবু লৈয়ে। ঈয়্ মুংবাল্ হোঙ্নেম্ লুৱাংনিংথৌ পুন্শিবন মোম্নু তাল্লোয় মরুম্বী ঈরেন্ তাইদল্ লৈম মোম্নু চম্নু হোইথিডৈদ লুৱাং মংদন্ খূবন মচল্লে নূংবাল্ মংদন্ হন্বন মহোল্লে। ৱাকৃয়ৈ তেংমায়্থক্ত লাইজ পুরাং য়ান্ন পাওকৌডৈ, মপল্ থারৈ চামোইবন মমোম্গিদমক্পু নেম্বী অরায়্বদি মুংদ চল্ থাম্লৌ অচান্বদি পান্দ থোংন লল্উল্লক্‌য়ে। নেম্বী অদুন মদোম্ মথোক্ লোয়্গে হায়্রক্লবদ হয়েং পোইরৈ চাদোনন কাউদনব লীনহৌনব নেম্বী মপাল্ মরা ফৃক্ল শিঙ্থারম্ই হায়্বগি শিংথা থম্থোন্ ঈ ও তৌন কৌয়ে। শিঙ্থা থম্থোন্লক্তি অদুস্তুঙ্ মতোম্তে। কোরও মুংবাল্ খোংজোংমুবী মতা তরুক্মক্ল মশাবী মম্মান্ মচা হাওকৃরোইনাই মুংবাল্ অতাম্ শোয়্শেন্ব তরুক্মক্ক অৱাং কৌক্র চিঙ্দ কোরও নোংকাম্মিসি হায়্ন কোরও মুমিৎ শিঙ্বুম্ ৫ নি নেম্বী শিঙ্নাং তাংদন্ববু শিঙনাং তাংম্ থেক্ল শিঙ্থারম্ই হায়্ন শিঙ্থা থম্দোম্ ঈ ও তৌন কৌয়ে। শিঙথা থম্দোম্ ঈন লাইজ মথি নাই, ঈমু

মরাঙ্ হওরক্লবদ ঈয়ু মুংবাল্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্শিবন শাবল্ লম্থোকলকপদ কোংব লম্য়েংলকপদ লম্ওকনরুবগি লাং-বল্ কৌজেঙ্ চোংবীচান চান ল্যাকা য়াদচীক্ল তুরেল্ লাইজ ঈরাল্-লক্পবু চেংলও মিংথিংলে, মিংয়েং শান্থৈরে। কোরও মুমিং অমদি লরাই য়ুপুঙ্ কোই য়ুনরেকপ চিবা মৈনাইতাবন থিক্লোয়্ তাংম য়াদ চীক্ল তুরেল্ লাইজ ঈরাললকপবু ঈয়ু মুংবাল্ হোংনেম্ লুৱাংনিংথৌ পুন্শিবন চেংলও মিংথিংলে, মিংয়েং শান্থৈথিরবদ পায়্ম পীপুক্মুংদ নিঙ্খল্লে। মোংব মরালয়ায়্দ হলৱাইরক্লবদ ঈদাইরেম্ মুংবাল্ ঈপাচাশিংও, লুৱাং ঈয়েললু পূম্নমকও, নথোয়্বু তাও ও। কৌব চিঙ্দ কারদন তল্লা অঙব, পামেল্ চাউথোইববু হোই থিরুও হায়্ন চিন্গোয়্ মপাউ মেন্বদ কোল্লোয়্ ময়াথংবু মালেম্লৈদ তাফদবগি কোরও নোংদ কাফদবগি মুংবাল্ ৱাংমিং খূংহৈব, লুৱাং মনাও শিলহৈব অনীন চরৈ ফিগাও শান য়াজথিয়ে। মুংবাল্ ৱাংমিং খূংহৈবগ লুৱাং-মনাও শিলহৈবগ অনীমকন ঈদাইরেম্ মুংবাল্ ঈপাচাশিংও, তাবরা, কৌব চিঙ্দ কারদন তল্লা অঙব পামেল্ অরেম্ববু হোই-থিরুসে হায়্ন তড়া চেঙ্জেল্ নম্দ পো, থাঙ্জৌ খূত্ত পায়্-শিঙ্জঙ্ লেংদ থোংন অৱাং কৌব লম্মাহন্দ মরাল্ থৌচংখ্রে। কৌব ইঙেলচিঙ্গি লোকমায় অহেম্ব, তম্য়া অরেম্বদ তল্লা লম্-ওক্লরুবগি তল্লা উথোঙ্শেং পামেল্ উথোঙ্ ফানন হয়্ৱাঙ্ অশংয়েং, তাউজিঙ্ অমুন্ থন্, কোরও নোংলুপাল্ অঙৌবন লুপা কোন্গ চল্, মালেম্ লৈসনা অঙাঙ্বন সনা য়াইগ থারছুন চংবী

লারাক্‌থক্ত চেংঙৌ ফাহৈন য়েক্নম্‌ কাংথিন্‌ন লুক্‌লেন্‌ পান চোন্‌ন তাওথংলে। মুংবাল্‌ ৱাংমিং খুংহৈব, লুৱাং মনাও শিল্‌হৈব অনীমক্‌ন ঈদাইরেম্‌ মুংবাল্‌ ঈপাচাশিংও, তাবরা অসি কোরও ঋুমিং অসিদি য়োয়্‌ময়ায়্‌ থেঙ্‌জিল্‌লক্‌লে। চিঙ্‌গি মৈন তম্‌মা থেং, তম্‌গি মৈন থোংমৈ নেম্‌থরক্‌লে হায়্‌ন হয়েং কৌব চিঙ্‌-লেল্‌ নোংগ ঙাল্‌লক্লবদ শিঙ্‌জঙ্‌ কায়্‌তোই চন্‌ন পামেল্‌ উরু তুম্লসে হায়্‌ন লুৱাংমশাইকোল্‌ থাংপোক্‌ ঈয়াশঙ্‌দ থিংলও লিঙ্‌ন তেন মরাল্‌ ওন্তেখিরেদা। মুমিদাং তাংলৌ লয়্‌ন থেঙ্‌লবদ উপী উরেল্‌পোক্‌পী, মমা তম্পাক্‌ লৈরেল্‌হন্‌বী, পলেম্‌ মমা ঈরোক্‌ লাইচম্‌ চন্থুন মপারিন লৈবা লম্‌দম্‌ মায়্‌কৈবু চিংন য়েংলচুন মীক্‌পখিয়ে। পারি ঈবুংঙো হা তল্লা চাউথোইব পামেল্‌ ৱাং-থোইব নঙ্‌বু লহাল্‌নোং তল্লা নঙ্‌ন নারা ইখুঙৈ পামেল্‌ হয়্‌রাং চারা নতম্‌ হৌরক্‌ঙৈদ ঈমান পারি ঈবুংঙো নঙ্‌বু তল্লা উনিংথৌ নাচুম্ববু ওইগনো। শয়ী, কৃহি, মিশি থাঙ্‌য়াল্‌, উথোক্‌ থাংদোম্‌, উপল্‌ লেংদা ওইয়ু হায়্‌ববু, ইমান থৌথাম্‌জববু পারি ঈবুংঙো নঙ্‌ন নপন্‌ পলেম্‌ নমা ঐগী নপল্‌ থৌতিক্‌খোল্‌, পলেম্‌ ৱারক্‌ চানদবন হৌজিক্তি পারি করি থোক্লবনো ঈবুংঙো। পারি ঈবুংঙো ঈমাদি করি ওইহৌরসিগে? থৈরোয়্‌ চাদি লুৱাংবন কাঙম্‌দ য়োংনাউ শাথিবন কাঙম্‌দব তল্লা উনিংথৌ নাচুম্‌ববু লয়্‌ন শাক্ত-ওল্লক্‌না হৌজিক্তি ঈ মাদি শাবল্‌ য়াঙ্‌বীথক্ত কাইরৈ য়েল্‌হিং থাবগুম্‌ ঈনাবু ঈদোম্মদ থারম্‌লগে হায়্‌রবোই। ঈমাগ ঈচাগ ঙসি মথৈ তুরেল্‌ ৱাইখুবী চান মনম্‌ মথা ফাক্‌পগুম্‌ ফাক্লরসি

হায়রবা ? ঈমাগি ঈবুংঙো নঙন লাইরেল্ শাংব য়াগতা তুবী শাংব য়াহিপ্ তম্লবদ চিঙঙু মকোক্ খোইয়ুম্ লাইকোক্তা, নমৈন খোইয়ুম্ লাইমৈতাখ্রবদ মুংবাল্ মপাচা লুরাংময়েল্লু পুম্নমক্ হও-রক্লদুন থওরী খোংজি নারিক্লোন্ ঔরি লীয়ায়্ লোম্ন তল্লা নঙবু য়াক্নৈ হিজিং থরবদ ঈবুংঙো নঙন চংনিঙদবন খোংন লাউন থাঙবদ ঈমান তল্লা নত্তৌ করম্ন য়েংলসিবনো। হয়েংকৌব চিঙ-লেল্ নোংগ ভাললক্লবদি শিঙজঙ কায়দোইচল্ পামেল্ উরু তুপকে হায়রঙৈনে। উপী উরেল্ পোক্পী মমান অহিং ঈম্নুং শোয়ময়ায়দ মিৎসনা থম্বাল্ অনীমক্ত চিঙজুম্ লাইজ ঈফুৎথোক্ থিংডেল্ লাইজ ঈনম্ থায়বগুম্ মপারিন লৈব লমদম মায়-কৈদ হা উপী উরেন্ পোক্পী মমান কোরও নোংলেল্মন খোংবগুম্ খোংলেল্ মীকপথি হায় দা। চিঙঙু ঈবুংঙো কৌব চিঙলেন্ নোংগ ভাললক্লবদ লুরাং উথিব মুংবাল্ উয়েংবন লাক্লবদ তল্লা মাবু শিঙজঙ কায়দোইচল্ হা পামেল্ উরু তুপলেদা। লাইরেল্ শাংব য়াতারে, হা ঈবুংঙো তুবীগুম্ শাংন য়াহিপ্লেদা। থওরী খোংজি নারি লোম্ন তল্লা উচিংথববু তল্লা মাবু লেঙঙমদ্রে, হা পা-মেল্ মাবু চিংঙম্দ্রেদো। পামেল্ থাংঙম্ মক্ত্রবদ ঈয়্ মুংবাল্ হোঙনেম্ লুরাং পুন্‌শিবন তল্লা নঙবু শূমাঙ্ শাইগঙ ঈচুম্ য়ানগে হায়ন হোয়থিব নত্তে, য়ূম্বী কাওজোং ওইনগে, লোইবী ওক্চাক্ খুদেং ওইনগে হায়ন হোয়্থিব নত্তে। মরাম্ উকু হল্ হাঙমৈ থাঙপাক লওত্তুন চিঙঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথোগি রাক্নৈ মখুনেৎ ওইনগে হায়বগি তল্লা নঙবু হোয়থিবনে। তল্লা নঙন

মনিঙ্ নিঙ্লগনো, পামেল্ নপাম্ পাম্নরগনো হায়ন্ পাউ-মেল্লবদ শূমাঙ্ থম্না লাকং পাইবগুম্ ম্নুংবাল্ ময়ুম্নাক্ত ঈরোক্ লাইচম্ লান্ন উনৌ খোংজা শম্ন ব্লাইথুংলরবদ ঈয়ু ম্নুংবাল্ হোং-লেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুন্শিবন্ মবাম্ উকু হন্ হাঙ্মৈ থাঙ্পাক্ লওন লোইদাম্ মকুম্শাবু ব্লাকৃয়ে হিশা লোইববদ পায়ম্ পী-পুক্নুংদবু নিঙ্খল্লক্লে। লহাল্নোং ব্লাকৃয়ে অসিবু কনান হি-তোং হাল্হন্সিবনো হায়্বগিবু লৈয়ে। ঈশাবি লুব্রাং পুদাকোয়্ খূংকোইববু লৈয়ে। ঈশাবিদি ঈকম্ শাদোং মকম্ তুপ্পু শাজ হৈতবগি লোইবেল খুনবী-বোক্ত কোনও খোংতুম্ খোং, ব্লাংবল্ লাউতুম্ লাউ নোংথি ঈকম্ হৌববু লান্নংলবগি কোবও অচু থাঙ্বু থাঙতম্দ্রবদ ঐদি কোরও নোংন পান্বশা, মালেম্ লৈন নিঙ্ব শাবু ওইন শায়োল্লগে হায়ন্ পাথং শংগাই খুত্ত শূবন চীরোল্ তোম্পোকপবু ওইথিশা, লোঙথুম্ নামৈ য়েপ্পন মমৈ ওইথিশা, শত্রু মাস্তে লয়ন ফোয়ন্ য়াওবও মতু ওইথিশা, চান্লি কাওতুম্ শল্, পুজেং লৈমকাও, লাংজেং লৈম শল্ য়াঙবও শঙাই তুঙাই ওইথিবগি য়াওবও শীব্ধকং অকংববু লৈয়ে। ঈশাবিন ন্নুমিৎ হানন উইয়ে। থবি হানন খংয়ে। ঈশাবিদি লাইজ ঈবোই হৈতে। ঈশাবিগি য়াওবও শীব্ধকং অকংববু ব্লাকৃয়ে লূদ হানন তোংহন্সে। খুদোপ ঙাইচায়েং মন্নুং খেগালৌ, চাঙাঙ্ পাকৃতৈন হিংঙোল্ নাক্লৌশিন্ মথা শেনগ তোপ্ন চমেল্ চিদাই খোম্ন শান্-শেম্নবদ লম্লেল্ চেংলৈ লুব্রাংলি ঈতাকৃন লৈরাংঈ, থৌথুব থাইদ-ময়ী, কম্বোং নাব্লাংয়ী, কোবও মচি শোইশেন্নয়ী, মমোম লাইবেল্

লাইবাউ তাউবী থিক্লেল্ খুমু হাওবী মমান মপারি লুরাং ভাখিব ইল্লেল্ থাগুপ্ হৌব লেম্লৈ ভাহা তান্ববু লাকৃতরে হায়্ন য়াইবি থাক্কন্ মুংশিথোং লম্লেল্ চেংলৈ লুরাং ঈদ মুংবাল্ মপাচা লুরাং ময়েল্লুবু পূম্ন হুপ্ন রাক্য়ৈ তেংমাই লেপ্ন নওরোং খোক্ নওরাং থাঙ্তপ্ন মোইরাং শোংগি নওদি নওরাং থাং নওচিন্তুম্ নওতোন্পাক্ লাইজ মহি শোক্ ঈমু ময়োন্ খায়্ন হিয়াঙ্ তাংগং য়ৈন লোইদাম্ মকুম্ শাবদি মৈন রায়্ তাংন শম্ন চিঙঙ্ খোইয়ূম্ লাইয়িংথৌগি য়োয়্বু খোইমোম্ লাইরেম্ম চিঙঙ্ নতৈ ননাওন রাক্য়ৈ অনীখজিক্ল তোংজেং অনী থাবাংনন রাক্য়ৈ হিতাম্লসে হায়্বগি তুরেল্ লাইজ ঈ, লাই্রেল্ ভাংডোই য়োয়্মোংবন তূতেংকোন্, ঈমোইমু অহোংবীন তূতওকোন্, তুরেল্ লাইজ ঈপাক্থক্ অসিদ 'হে হে হে হয়া' মশা চিংথোক্সে।

**মাইব**—হো লাইয়িংথৌ মনাই, লাইরেম্মগি মনাই শা, খোই য়ূম্ কংলৈ মশূমাঙ্দ খুঞ্জাউন্ব, লৈচাউনব রাক্য়ৈ হি হোল্লসে।

অসি হায়্রগ ফৈন পায়্রিব নও অদূ মখুং অনীন মপাল্ লোম্দ ওন্থোক্ন থুংন পায়্রগনি। লাইনুংদগি লাইপুব অনীমু খোরক্লগ লাইনিংথৌন মাইবগি, লাইরেম্মন মাইবীগি মতুং ইন্ন চৎলগ থৌগল্ পরেং অদূ ইকায়্ কায়্দন অতুম্ চৎকনি। হি হোন্বগি মওঙ্দ কারল্ কারল্ চৎনগনি। অমুক্ অমুক্ চিল্লোক্লগনি। হি হোন্ব মতম্দ পে-নাগ লোয়্নন ঈশৈ শক্কনি। মাইবীন শরিক্ থিঙ্গনি।

## ঈশৈ

হি ও হিয়ো

হি নঙ্ বু হোন্দেদা

লাইয়িংথৌবু হোন্বনি।

হি ও শম্দে, কবেংঙা কবেঙা।

হিয়ো হি ও

হি নঙ্ বু হোন্দেদা

লাইবেম্মবু হোন্বনি

হি ও শম্দে তাবেংঙা তবেঙা।

খুম্লাউ লৈচাউনব হোন্বনি।

লৈবাক্ মরা তপ্পব হোন্বনি।

নিংথৌ পুন্শিনব হোনবনি।

চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নব হোন্বনি।

পাবি শৃক্তানব হোন্বনি।

ঈমোম্ শোইতানব হোন্বনি।

কুম্বী কোংয়াং চাদূন লাপোৎশিঙ্পোৎ পুদুন

ঙঃ ঙঃ লাংগ হিহোল্লে।

চোথে কুম্লং শিবীন লাৎপোৎ শিঙ্পোৎ পুদূন

ঙঃ ঙঃ লাংগ হিহোল্লে।

অসুম্না তবেৎলক্ হি হোল্লগ অহান্বদ পরেং অনী লৈবগুম্না চঙ্লাইদম্দ মাইবন নও মতোল্ হাইগৎতূন লেংবান্দ খোংতুন পায়্রগ মায়্গ মায়্গ ঙন্শিন্নদুন নও মতোল্ মতোল্ থেংনগনি। মাদুবু নও

খোংত্রেন হানব কৌই। মথংদ মাইবন হায়দুন নও অদু লেংবান্দ অমুক্ হাইগৎনরগ হি কাগনি। হি কাব মতম্দ লাইরোম্দ মায় ওন্দুন খোঙ্থাং তপ্প তপ্প লাক্লগনি। মাইবন হিগা ঈশৈ শক্কনি, অমুম্ন লাইশঙ্গি চুরি য়োব ফাওব চঙ্শিল্লগ হি থাম্গনি হায়বদি লেপ্কনি। মতম্ অসিদ মাইবন তাক্প মতুং ইন্ন নও পূম্নমক্ লাইরোম্দ চাওশিন্ন মাঙ্দ শোরগ পৈথহনতুন পায়গনি। মাইবন হি থাম্বগি লাইরোল্ হায়রগ থাম্গনি। অতুগ মাইবীন লাই ওক্কনি। লাইগি পোৎ পূম্নমক্ লাইমুংদ থম্গনি। মসিগি মতুংদ নও অদুন ফিদ ওইন থরগ মী পূম্নমক্ ফম্গনি। লাইদ কৎপ হয়ক্লনচিংব য়েনতুন ময়াম্দ পীজগনি। মসিদু হিরোয় চাক্ থাঙ্ব কৌই। লাইগি থৌগল্ তৌব মথোয় অদুসু লাইয়িংথৌগি তৌব মথোয় অতুসু লাই-য়িংথৌগি থৌগল্ন নীপাদ, লাইরেম্মগি থৌগল্ন নূপীদ য়াওগনি। অমুম্ হায়ন য়েন্ব লোইরগ মাইবন লাইরোল্ হায়রগ হয়ক্লক্ চাগনি।

মথংদ নীপা নূপী পূম্নমক ন মথক্ত হুনথিব লও অদু লিংলগনি। মতৌদি চক্ল মকক্ মকক্ কক্লগ মপূল্ মচা অমমম্ মী খুদিঙ্দ লও-হোল্ ওয়ন পীগনি। চক্ল অসি য়াওদ্রবসু খুংতন তৌবসু য়াই। লাইদ মায় ওন্শিন্দুন নোন্থতুন লও লিংবগি মওঙ্দ তূং হন্ন হন্ন চৎকনি। লও লিংব লোইরগ চাকহোঙ্ ডাহোঙ্নব 'কম্বোংবী হওরো' হায়ন চক্ল অদু লিংথিব মফম্দ চাইগনি। মথংদ লাই নোংকাগনি।

মী পূম্নমক্ল লাই নোংকানব লাইমাঙ্দ পূম্ন লেপ্লগ মাইব অমসুং মাইবীন লাইমুংদ চঙ্লগ ফি থনতুন মৈ মমহল্লগ মাইবীন মথুৎ

নাম্মন থাথল্ লৈনা অমদ পায়্রগ শরিক্ থিঙ্গনি। মচিন্ন লাই-রোল্ শক্কনি। অতুগ মাইবন নোংকারোল্ শক্কনি। পেনাদি শঙ্গি মপান্দ থোংগনি। মাগি হৌনবী ঈশৈ শক্কনি। মপান্দ লেপ্লিব মীন পুঙ্ শেল্ য়েগনি, খুবাক্ খুগনি। ঈশৈ খুম্গনি।

## ঈশৈ

শোরারেন্ন নোংদোল্ কাগে হায়্রেদা।
হা পা থাউপূব পুরবো পুবরো !
অরাং কৌব চিঙ্দোন্দ চিঙ্জাউ মৈরা থান্তুন
লাংগোই শাবোং হাপ্তুন
পেনাগি শামৈ ব্র ইদুন
কোরওন নোংবু কারগে কারগে দে।

মথক্কি ইশৈ অসি অরায় অথুম্ শক্পগি অরোইবদ পুন্নমক্ চপ্ মান্নন থামিন্নগনি। নোংকাব অসি লোম্নগ লাই তেথাগনি।

## লাইতেথবা।

ল্লাইন নোংকাখ্রবদ মাইবী মাইবনা লাইগি মপোং মচয় লোইশিন্ব লোইরগ লৈহুনতুন থম্ববু লাই তেথব কৌই।

ফম্দেংলিব লাইগি ফিরোল্ অতু লঙথোক্লগ লোইশিন্তুন থম্কম্ চান লুপাক্ নত্রগ উপুদ থম্গনি। চনিঙ্ থারিব হয়রক্কন লাইকোম্নরিব মী লাইপুদ পীথিগনি। লাইপু হায়্বদি শাগৈ লাইগিন পিবা, লৈকাই খুন্গিন লাইশংব নত্রগ লাইশেম্লুংবন লাইপুনি। মীময়ান্দ য়েম্থোক্হৈদে, খুল্, শাগৈ মহী লাঙ্ই।

মাইবন লাহয়িথৌগি মনিঙথংব ফান্‌খোঙ্‌দ থাব পোংক লাই-বুঙথৌ ৯ গি পোংক লওগনি। মমাঙ থংব ফান্‌খোঙ্‌দ থাব পোংক পাম্বোমদ থাব পোংক পেনাখোংবগিনি। অদুগ ফান্‌খোঙ্‌দ, লাইবুঙথৌ ৯ দ হৈবিব চেঙ্‌ন মাইব পেনা খোংব অনীগিনি। লাইবেম্মগি ফান্‌খোঙ্‌ অনীদ থাব পোং অমস্তং লাইরুবাগিদ থাব পোং হয়্‌লৈ, চেঙনচিংব পূর্নমব্‌ মাইবীগিনি। লূব্‌মাঙদ হৈবিব চেঙ্‌ন লৈকাই, খুল্‌ নত্রগ শাগৈগি যুম্‌খোঙ্‌ শুন চেঙ্‌ থর থব থুংনব চনিঙ হনজিনগনি। হয়ক্কতি লাকলিব হায়্‌বদি তিল্লিব মী পুন্নমক্ত য়েনগনি চেঙ্‌দি শাগৈ নত্রগ খুল্‌ লৈকাই অদুগি অতোপ্প মীদ পীহৈদে।

**য়েংগদব :—** শাগৈগী ওইন লৈব লাই হায়বদি শাগৈ অদুগি অপোবপ ওইববদি লাই অদুদ কৎপা পোং অদু কনাগুম্ব অতোপ্প মীদ কবিগুম্ব তমভ পীব য়াদে।

পোংচয়্‌ মাগি মাগি য়েন্‌থোবপ লোইবগ ফম্পাক অদু শেংদোবলগ ফি অমা থাবগনি। মাইবীন লাইয়িংথৌ লাইবেম্মগি ফিবোয়্‌ অমুব য়েং ওয়্‌ কায়্‌দন থাবগ লৈহুল্‌ কায়্‌দন হুন-গনি। যম্পাবকি লৈহুল্‌ মৎক্ত ফি অমন শাংন বুপ্‌শিল্লগ ঈ-কৌবদ য়াওব ঈকৌফু অনী তদুন লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগি চফু অদু কায়্‌দন য়েংওয়্‌দ ফিজিল অনীদ নন্দুন উপ্‌ন থম্‌গনি। লোংন থম্‌হৈদে।

## শরোয়্‌ থাংব।

লাই তেথব লোইরগ মাইবীন মায়্‌কৈ মবিদ হয়্‌রম্‌লৈবম কাবোক্‌ য়ান্‌ চেঙ্‌, লাংথৈ, হয়্‌বী মনা শিংজুনচিংবন শরোয়

খাঙ্গনি। মাসিদ মাইবীন হৌনবী তৌত্নুন লাইরোন্গ কোম্নন হরাউ-রিভৈদ তিন্ব তিন্নু লাইমু ফত্তব তান্থোক্কনি। মাসিদগি মুমিৎ ৫ নি লাইন হরাউহৌরগনি। লাইথোঙ্ থিংব অদু মুমিৎ মঙানি হাংব য়াদে।

মতাং অসিদ লাই হরাউবগি থবক্ লোইরে। লাইনোংকাব মতুং নোংমা কোন্বদ লম্জেল্ মুক্না তৌগনি। মাসি তৌবদ লারোয়্ শিঙ্লোয়্ হায়্রন পানা অনী থোক্ন থায়্গনি। মুক্না শাম্নবদ পান অমদগি মী তরেং তরেং ওথংলগ শাম্নগনি। লম্জেন্গিন নীপা মুপী য়াওনিঙ্ব য়াওব য়াই। তাম্নবদি নীপা ভাক্ত অমা, মুপী ভাক্ত অমা অস্নুম্ন তাম্নগনি।

লম্জেল্ মুক্না মুমিৎকি মুমিদাংদ হরাউথিব অদুগি অশোয়্ অঙাম্ পুম্নমক্ কোক্পিনব য়ুম্নক্ত মফম্ অমদ পেনা তাগনি। মা-সিবু কয়্নিঙ্ কুম্বা কৌই।

অসিগি মথংদ লাই লোইব মুমিৎতগি মঙানি শুদ্রিব ফাওব লাইথোঙ্ হাংদব, লাইবুঙ্ কাব য়াদব অদু মুমিৎ ৫ নি শুব মুমিৎত মাইবীন ফি কৎপদ য়াওথিব লৈ অদু লওথোক্লগ অনৌব লৈন লৈহুল্ তম্গনি। হান্নগি লৈ অদুদি লাইশঙ্ মমুংদ ফুম্থুন থম্-গনি। কৎলিব ফি অদুদি ওম্লক্প চহীগি হরাউব নত্রগ চাক্লোন কুম্চল্ য়ৌদ্রিব ফাওব লওথোক্লুব য়াদে।

---

## লোইরব।

# চাউরাকপ উমংলাই খণ্ড নব।

১। মোইরাং থাংজিঙ্

২। হৈভাঙ্ মারজিঙ্

৩। শুগ্নু ব্রাংবরেল্

৪। অব্রাং শেক্‌মাই কৌক্রু

৫। য়াইস্কুল্ নোংশাব

৬। শুগ্নু ল্যোক্‌নিংথৌ

৭। ,, সনামহি

৮। থাঙ্‌গা চিঙ্‌নিংথৌ

৯। কোইরেংগৈ পাখংব

১০। মাইবম লোক্‌পচিঙ্ লোইয়ারাক্‌প

১১। তোপ. চিংথা ঈ॰ামুং

১২। য়াইরিপোক্ নোংপোক্ পান্‌থোইবী

১৩। কোদোম্‌পোক্‌পী সোরারেল্

১৪। য়ুরেম্‌বম্ উনম্ সোরারেল্

১৫। য়াম্বেম্ য়াইরি নিংথৌ

১৬। তাইরেন্‌পোক্‌পী কৌক্রু

১৭। ফরুং চিঙ্‌খৈ গুরু

১৮। অব্রাং য়ুম্নাম্ খুনৌ পুথিব

১৯। খুরায় পুথিব

২০। ব্রাংঙু ব্রাংবরেল্

২১। নিংঙেল্ নোংপোক্

২২। চন্দ্রখোং য়েন্‌খুরাক্‌প

২৩। অন্দ্রো পনম্ নিংথৌ

২৪। ,, পুরৈরোম্‌ব।

২৫। স্নুঙঙু

২৬। লোকনিংথৌ তাংজেং

২৭। ফায়েং কৌক্রু

২৮। নাচৌ সোরারেল্

২৯। নিংথৌখোং পাঙ্গন্‌ব

৩০। ,, ওক্নরেল্

৩১। ঈথিং থাংজিং

৩২। ওইনাম্ নোংশাব

৩৩। হাওবিজম্ চাইরেল্‌লাক্‌প

৩৪। লাইশ্রম্ ঈরৈম

৩৫। মোইরাংথেম্ থাংজিঙ

৩৬। তোংব্রম্ লাইরেম্ম

৩৭। শালাম্ সোরেল্, স্নাহন্

৩৮। হৈস্নাম্ চিঙ্‌নিংথৌ

৩৯। ডাংঘ লয়াই থাংজিঙ্

৪০। মাইত্রম্ তম্পাক্ লাইনিংথৌ

৪১। লাইশংবম্ নোংশ ব

৪২। ফিলেম্ থোরিফাব

৪৩। লাইক্রাক্‌পম্ থানচাউব

৪৪। থোয়াংবম্ অয়াঙ্‌লৈম

৪৫। ফাইরেল্‌বম্ লোকলাংলৈম

৪৬। অহন্‌থেম্ সনামহী

৪৭। মাইরেন্‌বম্ লৈকোয় নিংথৌ

৪৮। কুমাম মহারাব

৪৯। হেমাম্ পাথংব

৫০। কোঞ্জেংবম্ সোরারেল্

৫১। কিয়াম্ উই নিংথৌ

৫২। থোংডাম্ থোংনাং নিংথৌ

৫৩। কুম্‌ফী শন্‌থোঙ্ নিংথৌ

৫৪। সগাং ”

৫৫। কোদোম্‌পোক্‌পী থোরিফাব

৫৬। পাৎশোই খুঞ্জাউ পাথংব

৫৭। ” খুনৌ নোংকাবী

৫৮। শাচেপ্ চিঙ্‌থৈ পুরি-পুরাব

৫৯। উথোংশাং নোংপোক্

৬০। উয়াল্ অরোংনিংথৌ

৬১। থোইরোম্ নোংপোক নিংথৌ

৬২। খারমান্ পাথংব

৬৩। ওইনাম তাংলৈহাদ ঈরৈম

৬৪। ওইনাম্ লাইফম্ ঈরৈম

৬৫। ওইনাম থিংঙেল্ ঈরৈম

৬৬। লম্‌দেং লাইখুরেম্বী

৬৭। লম্বাল্ কৌক্রু

৬৮। চঙাংগৈ খুবোম্বা

৬৯। শরোৎখাইবম্ ফৌইবী

৭০। য়াংথৈ লাইশ্রম ঈরৈম

৭১। য়াংজিঙ্ য়াংজিঙ্ নিংথৌ

৭২। লাইরেন্ শজিক্ কৌক্রু

৭৩। তেম্থা ঈকোপ্ নিংথৌ

৭৪। থৌদাম্ ঈরোঙ্‌লৈম

৭৫। খুরায়্ কোন্‌সম্ লৈকাই চিঙ্‌জ্রোইইবী

৭৬। লম্‌শাং ঈশিং চাইব

৭৭। উৎলৌ পান্‌থোইবী

৭৮। কিয়াম্‌কৈ পাথংব

৭৯। চিঙঙা মখা শোরাম্ য়ুম্জাউ লাইরেম্ম
৮০। মাঙ্গোম্ খুন্জাউব
৮১। থৌবাল্ শাবল্ তোংব থৌবান্ নিংথৌ
৮২। হাওগা সোরারেল্
৮৩। কোন্থা মারজিঙ্
৮৪। ফুম্লৌ কৈরোয়্ কৌব্রু
৮৫। " সিফাই কৌব্রু
৮৬। হাওরৈবী পাথংব
৮৭। সরাংথেম্ লাইরেম্ম
৮৮। লৈশাংথেম্ "
৮৯। হৈগ্রুজম্ লোইয়ারাক্পা
৯০। লৈমপোক্পম্ সিফাই থাংজিঙ্
৯১। " খুন্ফম্ শেবু লৈম
৯২। আরাপতি পুরৈরোম্ব
৯৩। অব্রাং পোৎশংবম্ কৌব্রু
৯৪। অঙোম্ য়ুম্জাউ লৈম
৯৫। লাংপোক্ নিংথৌ
৯৬। কাংঙবম্ য়ুম্জাউ লৈম
৯৭। পোৎশংবম্ থঙরীফি কৌব্রু
৯৮। কৈশাম্পাৎ য়ুম্জাও লৈম
৯৯। তাউবুঙ্থোক্ লোইয়ারাক্পা
১০০। পিশুম্ হুইদ্রোম্ য়ুম্জাও লৈম
১০১। কাইরং মারজিঙ্
১০২। লোইতাংখুনৌ কৌব্রু
১০৩। হাওরঙ্ শাবল্ কৌব্রু
১০৪। " কৈরেল্ কৌব্রু
১০৫। মোইতাংপোক্ কোরওহনব
১০৬। লম্লাই পুরৈরোম্ব
১০৭। য়ুরেম্বম্ হুইদোন্ পোক্পী
১০৮। ব্রাংগোই সনামহী
১০৯। " ব্রাংবরেল্
১১০। পাংশোই তাউমং নাউথিংখোং
১১১। " নোংগাবী
১১২। চিঙঙা মখা ঈরোম্ য়ুম্জাও লৈম
১১৩। শঙ্গ্রেন্বম্ কৌব্রু
১১৪। লমাংদোং য়াঙ্গোই নিংথৌ
১১৫। কাসিফাই পাথংব
১১৬। থিয়াম্ কোন্জিন্ ফুনান্ নিংথৌ

১১৭। ককচিঙ খুলেন্ থম্নাংব
১১৮। „ „ নাউহল্
১১৯। „ „ ঈরুম্ নিংথৌ
১২০। „ „ শেক্‌মাই নিংথৌ
১২১। „ খোরীফাব
১২২। ৱাইরি থম্নাংব
১২৩। আরাপতি ঈরৈম
১২৪। ঈরেংপল্ ঈরুম্ নিংথৌ
১২৫। পাওনম্ ঈশিং চাইব
১২৬। তৌবুল্ য়াঙ্গোই নিংথৌ
১২৭। কাংডমুং খুজোই লোইয়া-রাকপ
১২৮। ঙাইরাংবম্ লোইয়ারাকপ
১২৯। ৱাইতোন্ পুথিব
১৩০। খুন্দ্রাকপম্ মারজিঙ
১৩১। তিঙ্ গ্রি মারজিঙ্
১৩২। সাপম্ সোলাই থোংজোম্ নিংথৌ
১৩৩। শলুংফম্ ঈকোপ্ নিংথৌ
১৩৪। থৌবাল্ নোংগাংথোঙ্ থৌবাল্ নিংথৌ
১৩৫। কেক্রু নোংপোক্ পান্থোইবী

১৩৬। চবুংকম্পনি ৱাংবরেল্
১৩৭। ইরম্ সিফাই ঙাঙৌরাকপ
১৩৮। মুতুম্ ফিফৌ ঈরোং লৈম
১৩৯। ককৱা নাউরেম্ পান্থোইবী
১৪০। ঈরোইশেন্‌ব থোংঙাকমচা
১৪১। নারন্ কোন্‌জিন্ কৌক্রু
১৪২। ময়াংইম্ফাল্ খুমন্ পোকপ
১৪৩। লাইরেন্‌জম্ লাইরেম্ম
১৪৪। থংবিজ্রৌ থংবা
১৪৫। মৈত্রম্ শেবু লৈম
১৪৬। শগোল্ তোংব পাথংব
১৪৭। কৈনৌ খুল্‌লৈম
১৪৮। থোংঙাম্ মোন্দুম্ খুল্‌লৈম
১৪৯। সাত্রাম্ থোংজোম্ নিংথৌ
১৫০। লৌরেম্‌বম্ লাইরেম্ম
১৫১। কোঞ্জেংবম্ „
১৫২। তোপ্ লংমাই লৈম
১৫৩। থোংঙাম্ পাংগন্‌ব
১৫৪। থাউরোইজম্ য়ুম্‌জাউ লৈম
১৫৫। উরিবোক্ য়ুরেন্‌বম্ হুইদোম্ পোকপী
১৫৬। এলাংবম্ পাংগন্‌ব

১৫৭। ময়েংবম য়াওরৈবী
১৫৮। ময়াং লাংজিং মমাঙ্ কৌব্রু
১৫৯। „ „ মনিঙ্ „
১৬০। লাংমৈথেৎ পান্থোইবী
১৬১। খুম্বোং „
১৬২। অন্নাংখুনৌ কৌব্রু
১৬৩। ফোইজিঙ্ চনিং লৈম
১৬৪। তাউথোং কৌব্রু
১৬৫। উরিপোক্ খম্লাংব
১৬৬। অথাম্ „
১৬৭। উরিপোক্ লাইখুরেম্বী
১৬৮। এলাংবম্ থান্পোক্পী পাংগন্ব
১৬৯। লুকের খোইমোম্ লাইরেম্ম
১৭০। লম্বোইখুল্ ঈরৈম
১৭১। ন্নাক্চিঙ্কৈ পুথিব
১৭২। খোঙ্জামপাৎ লুন্নাংপোক্প
১৭৩। „ কৌব্রু
১৭৪। পরনাম্ খুল লোইয়ারাক্প
১৭৫। ভারিয়ান্বম্ কৌব্রু „
১৬৬। নম্বোল্ খোরিফাব
১৬৭। ফৌবাক্চাউ ফৌওইবী
১৭৮। থ। থৌনাউজম পাম্থোইবী
১৭৯। উচেক্কোল্ মোরিব
১৮০। নম্বোল্ কোন্থাম্ লোইয়ারাক্প
১৮১। খুন্দ্রাক্পম্ পাংগন্ব
১৮২। মৈনম্ লাইরেম্ম
১৮৩। অচান্বীকৈ মারজিঙ্
১৮৪। কাংঙমুং মাইস্নাম লোইয়ারাক্প
১৮৫। কৈরাউ লংচুম্ কৈরাউ লাক্প
১৮৬। ন্নাহেংবম্ য়ুম্জাও লৈম
১৮৭। তেক্চম্ ঈকোপ্ নিংথৌ
১৮৮। লাংমৈদোং পাথংব
১৮৯। ঈঙৌরোক্ নোংপোক্ নিংথৌ
১৯০। হৈনৌপোক্ লোইয়ারাক্প
১৯২। চিঙজা মথা মাইস্নাম্ লুন্নাংপোক্প
১৯২। পুথাউ অহল্লুপ্ ঈরৈম
১৯৩। খুরায়্ লাই অন্নাংব
১৯৪। ন্নাংবল্ ঈকোপ্ নিংথৌ

১৯৫। হিয়াংথাং লাইরেম্ব
১৯৬। হুইরেম্ চিঙ্বাল্ লৈম
১৯৭। নহারূপ পুরৈরোম্ব
১৯৮। পুঙ্দোংবম্ পান্থোইবী
১৯৯। নুঙ্গোয় পুথিব
২০০। শগোল্‌বন্দ পাথংব
২০১। লম্দিং ব্লাংজিঙ্ নিংথৌ
২০২। চিংথাম্ খোংজোম্ নিংথৌ
২০৩। নিংথৌখোং থংনরেল্
২০৪। য়ুম্নাম্ য়ুম্জাউ লাইরেম্ব
২০৫। শগোল্‌মাঙ্ ঈরৈম
২০৬। পাৎপল্ ঈরুম্ নিংথৌ
২০৭। মুংঙু লাইমনাই
২০৮। চরাংপাৎ মমাঙ্ অরোংনিংথৌ
২০৯। খাঙডবোক্ ঈকোপ্ নিংথৌ
২১০। পেঙ্গি অরোংনিংথৌ
২১১। মোইরাংপুরেল্ পশি লাইরেম্ব
২১২। পৌরাবী পুথিব
২১৩। খুরায় লাইনিংথৌহন্‌ব
২১৪। লোক্তোন্‌বম্ অরাই লৈম
২১৫। নাকল্‌বম্ চিঙ্গোল্ নিংথৌ
২১৬। খুরায় মমাঙ্ য়াঙ্গোই নিংথৌ
২১৭। খুরায় অভোব
২১৮। „ পুথিব
২১৯। শৌবোল্ লাইরেম্ব
২২০। তোপ লংমাই লৈম
২২১। শেক্তা লাইয়িংথৌ অচঙ্ব
২২২। থংখুই „
২২৩। খুরায় নিংথেম্ পোক্‌প
২২৪। মভোম্ পোক্‌প (লৈথোঙ্)
২২৫। অতোম্ খূমন্ পাখংব নিংথেম্ পোক্‌প
২২৬। লম্দেং থুম্‌গোং লাইরেম্ব
২২৭। „ পোইরৈতোন্ লাইখুরেম্বী লৈম লৈনাউতাবী
২২৮। লুরাংগুরু শংগোল্
২২৯। থাগি মাইবী য়ুম্ফম্
২৩০। থিম্নুংগৈ লোইয়ারাক্‌প
২৩১। „ রাম্জি নিংথৌ
২৩২। ঈথাই ফৌওইবী
২৩৩। থাঙ্তেক্ য়াঙ্গোই নিংথৌ
২৩৪। ডাইরাংবম্ খুনৌ পাখংব
২৩৫। খা য়ুম্নাম্ খুনৌ লোইয়ারাক্‌প

২৩৬। থুরাই শোবোন লারেম্মা
২৩৭। থাংতেক য়াঙ্গোই নিংথৌ
২৩৮। উচেক্কোন পাম্বোইবী
২৩৯। কোন্থৌজম লাইরেম্মা
৩০০। তংখেল নোংপোক নিংথৌ
৩০১। পুথাও লাইফম ইবৈমা
৩০২। অবোং ফৌওইবী
৩০৩। পুথাও থাবম ইবৈমা
৩০৪। হৈবোংপোকপী কৌব্রু
৩০৫। কাংড়মুং তোংত্রম লোয়াবাকপা
৩০৬। কুম্বী থাথোং পাথংবা
৩০৭। শাংপম খোংজোম্ নিংথৌ
৩০৮। খোকচোম অরোং ,,
৩০৯। অথোকপম , ,,
৩১০। কৈবক শেকমাই নিংথৌ
৩১১। খুবাই থারৈমা
৩১২। থাইথেম লোইয়ারাকপা
৩১৩। হৈবোক হকোপ নিংথৌ
৩১৪। য়াবগাই পাথংবা
৩১৫। লাইবেন কাবী কৌব্রু
৩১৬। চজিং লাকপা
৩১৭। ইরেংবম নামৈয়াকপম খুবোম্বা
৩১৮। খোইজুমান য়াঙ্গোই নিংথৌ
৩১৯। নিংথোম্বম শং শং ,,
৩২০। নাংপোক লৌরেম্বম অরোং ,,
৩২১। হৈশ্নাম পাম্বোইবী
৩২২। ওইনাম শগুম্বুং ইরৈমা
৩২৩। থৌবান নিংথোম্বম থৌবান
৩২৪। কোংপাল্ উরালৈমা (নিংথৌ
৩২৫। , পুবি পুবাবা
৩২৬। বামোনকম্পু পুরৈরোম্বা
৩২৭। তাংখম্ খুলৈমা (কালিকা)
৩২৮। চবাংপাং মনিং নোংপোক নিংথৌ
৩২৯। খোংজোম নিংথৌ
৩৩০। অহল্লুপ মাবজি
৩৩১। খোংড়াক লাইবেম্মা লাঙ্গোল
৩৩২। ইরেংবম খোবিফাবা
৩৩৩। লাঙ্গোল কমেং কৌব্রু
৩৩৪। কোংপাল লংমাইলৈমা
৩৩৫। য়াথারাকপা।
৩৩৬। পাঙ্গে মারজিং
৩৩৭। লম্মাবম ইরোংলৈমা

৩৩৮। কৈরাও লাকপা
৩৩৯। খেকমন ঋাংব্রেন
৩৪০। ,, পাখংবা
১। ,, লৈকাইরাকপা
২। ঋাখৈরাকপম মুমজাও লাইরেম্মা
৩। নিংথৌখোং ওক্ৰেন
৪। ,, থংনবেন
৫। লগোলমাং ইরৈমা
৬। নহাক্লপ পুরৈবোম্বা
৭। ভেকচম ইকোপ নিংথৌ
৮। মৈনম লাইরেম্মা
৯। লম্বোইখুল ইবৈমা
৩৫০। লাংমৈদোং পাখংবা
১। এলাংবম পাংগনবা
২। মৈদ্রাও লাকপা
৩। নারল কোঞ্জিন কৌব্রু
৪। শাইরেনজম লাইরেম্মা
৫। ক্যাম্পৈগ খাগেম্বা
৬। ,, মুংয়াম্বা পাখংবা
৭। সলুংকম নোংপোক নিংথৌ
৩৫৮। করোয়াকচিং লোইয়ারাকপা
৩৫৯। ইরেংবম খোরিফাবা
৩৬০। নিংথৌবুং পুরাবা
১। কাংজমুং সিভাই লোয়ারাকপা
২। পাঙন সিভাই মুংথেলনৈমা
৩। হিয়াংলম পাঙনবা
৪। কৌদেন পাখংবা
৫। ,, নোংপোক নিংথৌ
৬। হৈনৌখোংনেম্বী লাইশ্রম লাইরেম্মা
৭। নোংচুপ মণশেনবম কৌব্রু
৮। শামুরৌলাকপা
৯। ,, খ্বাই নিংথৌ
৩৭০। ,, লৈতোং নিংথৌ
১। মোবোক ইংখোল কৌব্রু
২। কৈনৌ অকোংশাংবম লাইরেম্মা
৩। ,, থোংথক কৌব্রু
৪। ভাইথোং য়াংগোই নিংথৌ
৫। কারাম নোংশাবা
৬। ব্লাহেং খুমল পাখংবা
৭। শগোলতোংবা শুবাইশম খাগেম্বা
৩৭৮। শৌবাম মরাও লৈমা

৩৭৯। খাইদেম ভান্নুলৈমা
৩৮০। মাইবখুল মারজিং
১। মাকলং মুংখিল লৈমা
২। হৈয়েন ইকোপ নিংথৌ
৩। হংগূণ কালিফা
৪। তেরা খুনৌ ইকোপ নিংথৌ
৫। তেন্থা ,, ,, ,,
৬। শিনাম কোম লাও নিংথৌ
৭। কবো মাকচিং নোংগাবি
৮। কৈবি ইবৈমা
৯। লাংগোল নিংথৌ
৩৯০। তকং লৈমা
১। ফুবল্লা পাথংবা
২। পেচি অরোং নিংথৌ। ইকোপনিংথৌ।
৩। থাংমৈবন কাংছজম নাওথিংখোং
৪। খুরাই লাই খুবেম্বী
৫। চরাংপাৎ ময়াই নোংপোক নিংথৌ
৬। লফুপাৎ কালিকা
৭। থম্মাপোকপি থাংজিং
৮। শাইরেম খুল কৌব্রু
৯। খাবি লাইরেম্বী
৪০০। মারোই চিং মালং হুংমোইবা
৪০১। মাইভং পোকপি হাওরৈমা শম্মুবি
৪০২। নোংপোক কমেং থমলাংব
৩। ককময়াই পান্থোইবী
৪। থোংডাম মোন্দুম মুংগাং মহারাবা
৫। কাবোকচিং তরাং শরাবা
৬। নিংডেল ফৌওইবী লোকচাও থম্মু বা
৭। চন্দ্রখোং নোংপোক; শরাং লালশম ফোরিবা
৮। কোইরেংগৈ পাথংবা খুমনপোকপা
৯। কোংমরু কোংলোতোন লোখিবা
৪১০। কৌব্রু ইনামুং। চান্দেবা, থোংদেবা,
১। কাওব্রুক কৌব্রু
২। খুরুখুল ইচুম লাইরেম্মা
৪১৩। সেকমাই মাংব্রেন।

৪১৪। ফ'ম্নেং শয়াং শোয়ারেন

৫। লৈত্রাম কৌক্র

৬। থোংজাও ময়াংডম্বা

৭ মুং শন্থোং. পান শন্দোং। মুংয়ুংবি

৪১৮। চোথে থাংব্লাই পাথংবা

৪১৯। কোন্দোং লাইরেম্মা

৪২০। চাইরেন খুনবু লৈমা খুন-
মাবি। পান্থোইবী তাংখুল
হুইথোক পাথংব

৪২১। নোংমাইজিং নোংপোক
অপানবা খল্লোংনচিংবা
লাইফম।

হায়রিবা লাইফমশিং পুম্নমক অসিদা নত্তনা লৈরিবা লাইফম কয়ামরুমস্থ উমংলাই খুন্তাবা কৌবা লাইরিক্তা ইরিবশিং অসিগী মরক্তা য়ুম্নাক্তা কোম্নবা লাইস্থ য়াউরি। মৈদিডঙু নিংথৌরোন মথং মথং নিংথৌ লাই হায়না চংনরকপগি মরমদস্থ য়াম্না মচা থাইন ইরি।



১ নং

# লৈকং লাইগী

## জগোই খুংথেক্কী মওং খরা



ইকুম জগোইগী অহোবা ঃ



১বা



২শুবা

## লাই হরাওবা

## লাইচিংথোকপগী জগোই মওং









## লাইচিংথোকপগী জগোই মণ্ডং











১২শুবা খজাই লেংওন শাবা



১৩শুবা মাতোনশুমাং শাবা



১৪শুবা চিনবাল মথক মথা শাবা



১৫শুবা য়া শাবা



১৬শুবা থদাং শাবা



১৭শুবা মাকোং শাবা

১৮শুবা নাকোং চক্র হাপ্পা



১৯শুবা লুখম শাবা



২০শুবা থৌরি তোংদম শাবা



২১শুবা লেংজুম শাবা



২৩শুবা লেংপাক শাবা



৩২শুবা খুপ'ক ময়ী হাম্না



৩৩শুবা খুজোম্বী ময়ী চক্র হাপ্পা



৩৪শুবা য়াং শাবা



৩৫শুবা থবাক মিছুনফম শাবা



৩৬শুবা থাবাক শাবা



৩৭শুবা ভানফম শাবা



৩৮শুবা থাজিল শাবা



৩৯শুবা লাকা শাবা



৪০ শুবা চনিং য়াফম শাবা



৪ শুবা খ্বাং শাবা



৪২ শুবা নিংজোল শাবা



৪৩ শুবা লৈম্নুংথোংলোনবা শাবা



৪৪ শুবা মিপোকলংখী শাবা



৪৫ শুবা কময়া শাবা



৪৬ শুবা কৈগল শাবা



৪৭ শুবা ফৈরু শাবা



৪৮শুবা ফৈবোম শাবা



৪৯শুবা খুউ শাবা



৫০শুবা খুরাই শাবা



৫১শুবা খুবোম শাবা



৫২শুবা খুজেং শাবা



৫৩শুবা খুমিং শাবা



৫৪শুবা খুনিং শাবা



৫৫শুবা খোংনম শাবা



৫৬শুবা খোংপাক শাবা



৫৭শুবা খুদোল শাবা



৫৮শুবা খোংশা শাবা



৫৯শুবা খুজিল শাবা



৬০শুবা খোংশা মতোনগি মরি হাপ্পা



৬১শুবা খুয়া থম্বাল শাবা



৬২শুবা হকচাং লংবুম শাবা



৬৩শুবা থরাই নিবা



৬৪শুবা থরাই হাপ্প।

মুদ্রা শাবগী জগোই খুথেক মওং।



১বা পরিং লাংশং হুনবা  ২শুবা চুক মুংবা  ৩শুবা লৈরুম জগোই



লৈতেম কায়াৎ  ৪শুবা পরিং হুনবা  ৫শুবা পরিং কোনবা



৬শুবা উখুল তানবা  ৭শুবা মুদ্রশাবা যাত্র হুনবা  ৮শুবা যাত্রা পাবা



৯শুবা থাংজেল হাপ্পা



১০শুবা মুখীয়েল হাপ্পা





১১শুবা ফক্লাং থাবা



১২শুবা থাংডাবু থাংগৎপা



১৩শুবা ছমদাং য়ানবা



১৪শুবা উক্না থাবা



১৫শুবা ই কুপ্পা



১৬শুবা শাই কাহ্নবা



১৭শুবা চিরেল লাংয়েং ১৮শুবা ককলাং য়াই তৈবা ১৯শুবা লৈমাই তৈবা

মমশাবা লোইরে ।

